# সেক্রেটরীগী ৱারোল

১৯৮৮ দা লিংখৎখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা হান্না লাইরিক ৬৩ পুথোকচখরে। হন্দক পুথোকচরিবা *ডা. চোংথাম যামিনী দেবীগী* **"অমেরিকাগী খোঙচৎ"** কৌবা লাইরিক অসিনা ৬৪ (হুম্ফুমরি) শুবা খুদোল ওইরে। মসিগীসু মথক্তা ফোঙনবাগী শেন্থুং পীজখ্রবা অতৈ লাইরিক খরসু লৈজরি। অদুগা হৌজিক চথরিবা ইকুই কুইদনা লোইশিল্লক্কদৌরবা অহুমশুবা ফেজ অসিগী মতুংদা মঙাশুবা ফেজ অমসু হৌদোকচনবগী থৌরাং তৌজরি।

ফোরম্মা ফোঙদোকচবা লাইরিকশিং অসি নৈনবগী মায়কৈদসু চঙশিনঞ্জে। লাইরিক অমা ফোঙলবা মতুংদা থা অমগী মনুংদা 'ইন্টরএক্সন সেসন' অমা ফমদুনা ৱা ঙাঙবিখিবা মীওই অমদি পেনেল স্পিকর অদুনা লাইরিক অদুগী মরমদা য়ারিবমখৈ মনুং থীৎনা নৈনবগী থৌরাং লৈজরি। মদুদগী ফংলকপদু ঐখোয়গী থা অহুমগী চেফোং 'সহিত্যগী পাউ'দা অমুক ফোঙদোকচগনি।

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা ৱার্কশোপ, সেমিনার কয়াসু মতম মতমগী ওইনা পাযখৎচবল্লি। পূম্নমক ঐখোয়গী মেম্বরশিংগী পুক্নিং লিংজেল অমদি সাহিত্যবু নুংশিবিবা খূদিংমক্কী মতেংদগী পায়খৎপা ঙমজবনি হায়না লৌজৈ। ফোরম অসিগী খ্বাইদগী অনৌবা লমকোয ৱারী অসি মীযামগী খুত্তা নোল্লক্না শিন্নজরি।

ইম্ফাল,
৯. দিসেম্বর, ২০০১

বি এস রাজকুমার
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

AMERICAGEE KHONGCHATTA
A travelgoue in Manipuri by Dr. Jamini Devi



অহানবা ফোঙবা ঃ ডিসেম্বর , ২০০১

মশীং ঃ ১০০০

অফোঙবা ঃ রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ফংফম থোকপা ঃ অইবীগী

নম্ফম ঃ অমর ওফসেট প্রিন্টর্স
উবিপোক কাংচুপ রোড, ইম্ফাল।

মমল ঃ ৬০/-

# ৱাহৌদোক

লাইৱিক অসি হন্দক ঐনা আমেরিকাদা চৎলুবদা থেংনরকপা অৱা নুংঙাই, হকথেংননা উরকপা তারকপা, ঐগী পুক্নিংদা ফাওরকপা ৱাখল খরগী পাউদম্নি।

ঐনা আমেরিকাগী মফম খরদা চৎলুবা, পিটস্‌বর্গতা ইউ আর আইগী গ্লোবেল পিষ কনফবেনসতা য়াওদুনা মীশিংগা উন্নবকপা, ৱারী ৱাতায় শান্নরকপা, মফমদুগী প্রকৃতিগী ফজবা, ইতিহাসকী, কলা সংস্কৃতিগী বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজিগী চাওখৎপা খরগী মখৈ উরকপা তারকপদু ঐগী এক্সপিরিয়েন্স ওইজরে। মদু ঐ ইতোমতগী ওইনা থমনিংদে। ঐগী মরুপ মপাংশিংগা শরুক য়ামিন্ননিংই। মী অমা অনীদংদা পাউদম্বগী মহুত্তা মীয়ামদা য়ৌহন্নবা ঐনা আমেরিকা চৎলুবগী ৱারীসি লাইরিক ওইনা ফোংদোকচবনি।

ঐনা স্কুল তম্লিঙৈদা ভুগোলগী পারাদা, পৃথিবী মতুম তাবগী রেডিয়সকী মতাং তাকপদা নোংমা অসুম্না হায়বীখি ওজানা – "আমেরিকা মহাদেশতি নংনা লেপলিবা মফম অদুদগী কিঃমিঃ ১২,৭৩৪ (রেদিয়সকী ডবল) শাংবা য়োৎচৈ অমনা পৃথিবীগী ময়ায় ফাওনা থিন্থরবদি অশোমথংবা মায়কৈদুদা আমেরিকা লৈগনি।" মখোয়গা ঐখোয়গা লাপ্লবিবসি স্বর্গগা পাতালগা হায়দুনী হায়না প্রমানসু তৌবিখি।

অদুদগী হৌরদুনা ঐনা আমেবিকাদা চৎনিংবা ফাওখি। য়েংনিংবা পোকখি। আমেরিকাগী মরমদা লাইরিক পাই। অদুবু লাইরিক্তগী খঙবগা মফম অদুদা চৎলগা উদুনা খঙলকপগদি খেন্নবা লৈ হায়বসি খঙনরবা ৱানি। চৎনিংই হায়দুনা পাক হেক চৎপা য়াবদি নত্তে। পাসপোর্ট, ভিসা লৌবা তাবনি। পৈশা মরাং কায়না লৈবা তাবনি। মরম চাদনা মফম দুদা চঙনবা ভিসা ফংবসু নত্তে।

ঐনা কোলেজগী লেকচবর ওইরিঙৈদা আমেরিকাদা চৎপা য়াবগী তাঞ্জা অমা লাকখি। মদু ইন্দো ইউ এস ফ্রেন্দসিপকী মখাদা পোষ্ট দোক্তরেল রিসার্চ তৌবগা মরী লৈননি। মদুগী খুদোংচাবদু লৌনিংদুনা ৱার্ক প্লান অমা শেমদুনা

য়াখিদে। থবক থাদোক্তুনা চৎপসু ওইথোকখিদে।

নিংবু নিংলবদি লাইনা তম্বা অমা লাকই হায়বদুনি। ঐনা থবক্তগী পোত্থারবা তুংদা ঐহাক আমেরিকাদা চৎনবগী বার্তন অমা ফংই। মণিপুর ইউ আর আই সিসিগী মেম্বর অমা ওইনা আমেরিকাগী পিটস্‌বর্গতা গ্লোবেল পিষ কনফরেন্সতা শরুক য়াননবা অমসুং ইউ আর আইগী চার্টর সহী তৌবদা শরুক য়ান্ননবা ইউ আর আইগী গ্লোবেল কাউনসিলনা বার্তন তৌরকপনি।

অতেনবা মতমগী খোঙচৎনি। জুন ১৫ – জুলাই ৮, ২০০০, ফাওবনি। আমেরিকা হায়বসিনা ওন্থোকনা পাক চাওরিবা। ষ্টেট ৫০ নি লৈরিবা। আমেরিকাগী মফমথুংনা চৎলুবসু ঙম্বা নত্তে। অতেনবা মতমদা মফম খরদং য়ৌরুবদুগী পাউদম্বসু লোইবা নাইবা নত্তে।

ঐনা য়ৌরুবা আমেরিকাগী ষ্টেটশিং খরদি পেনসিলভেনিয়া, ৱেষ্ট ভরজিনিযা, নিয়ুয়োর্ক, নিয়ুজরসিনি। অদুবু মী খুদিংমকনা মকর্মাশিং অদু য়ৌকবা নত্তে। অদুম ওইনমক আমেরিকাবু খঙদবা মী লৈতে হায়বসু য়াই। কবিনা মীশিংনা হোলিউদকী ফিলম পাম্ননা যেংনরিবনি। মী অতৈনস্ আমেরিকা চৎলুবগী লমকোই ৱারী ইদুনা পুথোকপা লাইবিক লৈখ্রে। অদুবু মীৎয়েং ম্যান্নদে। উবকপা মান্নদে। মী অমনা মহাক্লা য়ৌরুবা কোইকবা মফমদুগী মরমদা ইদুনা পাউদমদুদা অতৈদা খঙহল্লবদি পৃথিবী অসি হেন্না পীকশিনহনবা ঙমগনি হায়না থাজবা অসিনসু লাইরিক অসি পুথোকপগী মরম অমা ওইহল্লি।

আমেরিকাগা মণিপুরগদি খেন্নবদা স্বর্গগা পাতালগা হায়দুনি। খেন্নবা ময়াম অমা লৈদুনসু লমকোই ৱারীনা মীশিংদা নুংশি চান্নহনবা পুরকপদা, অমগা অমগা হেন্না নকশিন্নবদা অচৌবা থৌদাং লৌই হায়না খনবদগী লমকোই ৱারী অসি লাইরিক ওইনা ফোংদোকচরি। খেন্নববু খঙজিনদুনা, খেন্নববু ব্যবহার তৌনদুনা, ভাবনা শাজিনবা অরানবা ৱাখল কয়াবু কোকহন্দুনা নেসনেল এন্দ ইন্টরনেসনেল ইন্টিগ্রেসন পুরকপদা আমেরিকাদা চৎলুবগী পাউদমসিনা খরদং কান্নগদ্রা খনবদগীসু লাইরিক অসি পুথোকচবগী পান্দম অমনি।

ঐনা নোংমা নিনিখক আমেরিকাদা চৎলুরগা পাক চাউখ্রবা লম অদুগী মরমদা

চাউরক্লুনা চহী ৬৫ / ৬৬ শুরক্লবা ঐঙোন্দা আমেরিকানা করি ইথিল পীরকপগে হায়বদু ময়ামদা ফোংদোকনিংই। পীকচরবসু চায়োক, নাউয়োক হৈবী ইমা মণিপুরনি হায়না ঐহাকনা চাউথোকচৈ। অদুবু হোংলকলিবা মতমগী ঈচেলদা তুংদা লাক্কদৌরিবা মীরোলনা ময়ামগী মাংজিন থানা লুচিংবা তারবদি ঐখোয়গী মীৎয়েং পাকথোক চাউথোকপা তাই। অদুনা ঐগী এক্সপরিয়েন্স অদু ময়ামগা সেয়ার তৌনদুনা মণিপুর ইমাগী য়াইফবা পুরকপা তাই খনবদগী ঐগী আমেরিকাগী খোঙচৎকী অতেনবা পাউদমসি মীয়ামদা লান্থোকচরি।

অইবী

# য়াওরিবশিং

# আমেরিকাগী খোঙচৎতা

হন্দক ঐনা আমেরিকাদা চৎপা খোঙচৎতা কোরৌহনবনা ঐঙোন্দা নৌহৌনা মাগী খোঙচৎকী মরমদা পাখোঙ অমা ফোংলকই। কোরৌ মাদি লেঙদবনি, পৃথিবীনা মাগী মেরুদণ্ডদা উং উংদুনা নোংঙানবা নুমিৎ তাবা ওইহনবনি হায়না ভুগোলগী পারাদা ওজানা গ্লোবকী মতেংনা তাকপীখিবনি। মদু খুদম হায়বদুনি। তশেংনা মিৎনা উরুদুনা খঙবদি নত্তে।

ঐনা নিয়ুয়োর্ক য়ৌবদা ঐগী খুদাং ঘড়িদা নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ১০ তারে। ভারতকী পুংফমগী মতুংইন্না ঐগী ঘড়ীদা চাবী থারকপননি। মতমদু ঐগী পোক্ল ফম লমদম নুংশিবী, ভারতকী নোংপোক চিদাইদা পীক্লা লৈনম চেনজবী ইমা লৈবাক মণিপুরদদি মীশিংনা তুমখুন হুন্নরবা মতমনি। অদুবু আমেরিকাদুদদি কোরৌহনবদু নোংচুপথংবা অতিয়াদা দিগ্রী কুম্ব্লা মরী মঙারোম ঙামথনা ইরং লংনা ঙাম্থোইরমই।

ঐনা চৎলু চৎলুবা মফম কয়াদা কোরৌহনবনা তোঙান তোঙানবা শকলোন উৎথোক্তুনা লৈরম্বা হেক হেক থেংনরকই। কোরৌ মাগী শুমহৎয়াই চেল্লবা শক্তমনা ঐবু হেক হেক শুমহৎলি।



কোরৌহনবগী শক্লোন অমা

পশোৎকুম ঙৌরবা উনতনা শিন্থুংনা কৃপশিল্লবা কাঞ্চনজঙ্ঘা চীংগী মরুমদগী কোরৌ মানা খোঙদোইরকপদু নোংমা ঐনা উখি গেঙটোকতা লৈরিঙৈদা। কোরৌ মাগী মশেকনা য়েবদা চীংমায়দুদগী উনদু লাইজগী শক্তম লৌদুনা লুপা মহিগুম ইরং লংনা চেন্থরকপদুনা ঐবু পুমশুম শুমহৎখি।

কোরৌহনবনা সনা অহিংবা মচুগী ফিজোল থোল্লদুনা বঙ্গোপ সাগরগী ইরোন্নুংদগী ঈংনা তপ্না খোঙদোইরকপদু ঐনা পণ্ডিচেরী চৎঈদা উবা ফংলকখি। মাগী মেঙলবা মঙালদুনা পাক্লবা সমুদ্র ঈপাক্কী লাইজদু নীক নীক লাউনা ইপোম হৌহনখি।

কবিগী শৈথা শৈহেকশিং পারুরগদি কোরৌহনবদি লেংদবানি হায়বসি থাজবা ঙমদনা লাকই।

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা কৈশামথোংদা ঐজ্ঞা ফুরাইলাৎপম চন্দ্রখোইগী রাধা মাধব মান্দবতা ৱারী লিবা তোলচৌনা রামায়নগী ৱারী লিবদু পুক্লিং চঙনা তাখি। "ইন্দ্রজিৎকী তেন্না পান্দুনা ৱান্থরবা লক্ষ্মনবু হিংগৎহন্নবা হনুমাননা মৃতঞ্জয় সঞ্জীবনি পাম্বী হৌবা চীংদু ফুকতুনা পুরকই। নুমিৎ তাথ্রবদি লক্ষ্মনবু হিংগৎহনবা য়ারোই হায়বদগী হনুমাননা অশিববু হিঙ্গৎহনবা ঙম্বা পাম্বীদু থিবদা নুমিৎ তাশিনখিদৌরদুনা চীংদু ফুকলগা পুরকপনি। ৱারী লিবনা অতাবা ঐখোয়বু নুংঙাইহল্লি — সুর্য্যদেবদু অতিয়া মকোয়দগী তাখিগদবা খুদুপ অমুক্তমক মঙায়রে। হনুমাননা সুর্য্যদেবদু তাপ ফারগা শেগ্রাকতা য়েপশিল্লি। মখুৎ নামনা পর্ব্বত অদু থাঙ্গৎলগা পাইরকই। ৱারী লিবদুনা ঐখোয়বু মঙগী সংসার অমদা হোইদুনা পুই। মদু ৱারী হায়বদুনি। কল্পনানি। অদুবু বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা অচুম্বা থিনরিবা মতাং অসিদা ৱারীনা, শৈবেংনা অঙাংশিংবু অতোপ্পা মায়কৈ অমদা থৈদোকতুনা পুবসু য়াওদবা নত্তে।

ঐনা আমেরিকাদা চৎপদু আরব লৈবাক্কী অমন ফাওদুনা চৎপনি। ইন্দিয়াগা অমনগা (জোরদান) পুং ২.২ খেন্নে। অমনগা অমষ্টরদমগা পুং ৭ খেন্নে। অমষ্টরদমগা নিয়ুয়োর্ককা পুং ৭.৩০ খেন্নে। পুংগী ৱাফম, কোরৌহনবগী খোঙচৎ ভাব মেন অমতা তাদ্রে। খোঙচৎতুদা নুমিৎতি শুকলেং লেংদে হায়বসিদি চপচানা খঙবা ঙমলকখি পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফমশিং অদুদা ফাওদুনা চৎপদা। সনা মতুমগুম লেঙদনা ঙান্দুনা লৈবা কোরৌহনবা, মাবু শুনতরংদগী এষ্ট্রোনোটশিংদুনা উবদা মখোয়না কয়াদা পেনজরমগবা!

ঐনা আমেরিকাদা চৎপদু ইংকুমজা ২০০০ গী জুনগী ১৫ দগীনা জুলাইগী ১৮ ফাওবদনি। মদু মালেমসিদা শান্তি পুরক্লবগী মতাংদা খন্ন নৈনবা URI Global Summit Conference ২০০০ দা শরুক য়াবগীনি। লোয়ননা ইউনাইটেদ রিলিজনস ইনিসিয়েটিভ (URI) গী চার্টর সহী তৌবদা শরুক য়াবগীনি।

ইউ আর আই হায়বসি করিনো? মতৌ করম্না অদুগা মরী লৈননা নংনা আমেরিকাদা চৎলিবনো? অসুম্না মী কয়ানা ঐঙোন্দা হংই।

**ইউ আর আইগী মতাংদা শমলপ্না শুম্ন পাউদমনিংই ঃ**

ইউ আর আই হায়বসি পৃথিবীদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা, চৎনবী, থাজনবী তোঙানবা মীশিংবু নকশিন্নহন্দুনা ব্রারী ব্রাতায় শান্নরগা, খন্ন নৈনরগা পৃথিবীসিদা শান্তি পুরক্লবা হোৎনবা প্রোজেক্ট অমনি। মসি ধর্ম্মগী সংস্থান অমা নত্তে। অধ্যাত্মিক ভেল্যুদা য়ুমফম ওইবা তোপ তোপ্পা মখলগী ওইবা শান্তিগী খোঙজং অমনি। মসিনা ধর্ম্ম খুদিংমকপু ইকাই খুম্নে, খেন্নববু ব্যবহার তৌনৈ।

ইউ আর আই করম্না শেমখিবগে হায়বসিগী ব্রারীদু কনফরেন্স অদুদা শরুক য়ারিবা কালিফোরনিয়াগী বিশোপ উইলিয়ম দবলিউ স্বীংনা ময়ামদা অসুমনা ব্রারী লী – 'ইউ এন ওগী চহী ৫০শুবগী নীংশিং পালন্দা মেম্বরশিংনা ফোংদোক্লরকখি – অনীশুবা লাঞ্জাওগী তুংদা পৃথিবী অসিদা লাল অমুক থোরকপা থিংনবা ইউ এন ও শেমখিবনি। অদুবু চহী ৫০ হেন্না হোৎনরবদসু পৃথিবী অসিগী মফম কয়াদা খৎন চৈনবা, উংখৎনবা, হাৎন শুনবা, লাল কয়া থোক্লি। মসিবু থিংদুনা শান্তি পুরক্লবগী মতাংদা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা শিনবীয়ু হায়না বিশোপ স্বীংদা দায়িত্ব শিন্নখি। মদু করম্না ওইবা য়াগদগে খনবদা অহিং কয়া তূম্বা য়াখিদে হায়না মহাকনা সভাদুদা পাউদমখি।

মহাক্লা ধর্ম্মগী লুচিংবশিং খরগা ব্রারী শাবা হৌখি – "ঐখোয়না ধর্ম্মগী মিংদা খৎন চৈনবা, ইনশিন্নবা, নুংশিনদবা অসি তোকতুনা লাল থোকলিবসি থিংনবা হোৎনসি। ঈশ্বরদি অমত্তনি। যীশু, আল্লাহ, কৃষ্ণ হায়না তোঙান তোঙাননা লাৎলিবা, পুজা তৌনরিবা ঈশ্বরদি অমত্তনি। তোঙান তোঙানবা

ধৰ্ম্মশিং অসি অমত্তা ওইবা ঈশ্বর মহাকপু ফংনবা লম্বী ঙাকনি। ব্রাফমশিং অসিবু য়ান্নরবদি ঐখোয়না শোয়দনা পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লবগী লম্বী অমদি লৈগনি। মসিগীদমক ধৰ্ম্ম অমগা অমগা মতেং পাংনসি। ধৰ্ম্মগী মিংদা ঈনশিনদুনা খৎনবা, হাৎন শুনবা, লাল তোক্তুনা অচুম্বা বিচার ফংনবা শান্তিগী কলচর অমা শেমগৎলসি" হায়বা ব্রাফমশিং অসিদা যুমফম ওইদুনা খৃঃ ১৯৯৬ তা সানফ্রানসিসকোদা ইউ আর আই হৌদোকখিবনি। হৌজিক্তি মসি পৃথিবী পূমবগী ওইবা সংস্থান অমা ওইরে। পৃথিবীগী মফম কয়াদা ইউ আর আইগী কোওপরেসন সার্কলস শেমদুনা লৈখ্রে। কোওপরেসন সার্কল খরনা পূনসিন্দুনা মলটিপল কোওপরেসন সার্কলস্ অমুক শেমগৎলি। কোওপরেসন সার্কল নত্রগা লন্নাই ওইবা ইউ আর আইগী গ্লোবেল কাউনসিলদা এফিলিয়েট তৌবা য়াই। ইউ আর আই অসি নোংমদি ইউ এন ও গী শক্তম লৌরক্কদৌরিবনি। ইউ আর আইগী চার্টর সহী তৌবদা শরুক য়ানবগীদমক মণিপুর কোওপরেসন সার্কলগী মেম্বর অমা ওইনা ঐবু বার্ত্তন তৌরকখিবনি। মণিপুরদা ইউ আর আইগী কোওপরেসন সার্কল ইংশোক ২০০০ গী জানুৱারী ৪ দগী শেমখ্রে। মণিপুরদা লৈরিবা ধৰ্ম্মশিং ইসলাম, বাহাই, জৈন, সিখ, খৃষ্টান, রাগাং ট্রেদিসন, সনামহি পাখংবা লাইনিং লুপ, হিন্দু বৈষ্ণবকী লুচিংবশিংনা পূনশিন্দুনা শেমখি। মসিগী পান্দমদি চরাংনরবা লৈতাফম খঙদ্রবা লমদমসিদা মীপূম খুদিংনা অমগা অমগা নুংশি চান্ননা শান্তি ওইনা লৈমিন্নবা ঙম্নবগীদমক হোৎনবনি।

পৃথিবীগী মফম অতৈদা তৌবগুম্না মণিপুরদসু পুং ৭২ চৃপ্না পিস বিলদিং প্রোজেক্ট অমা পাঙথোকখি। মণিপুরগী ওইনদি থৌরমদু ইম্ফালগী ধৰ্ম্মশালাদা ইকাইখুম্নরবা মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর শ্রীব্রাহেংবম নিপামচা সিংহনা অথোইবা অতিথি ওইদুনা খৃঃ ১৯৯৯ দিসেম্বর ৩ দগী ২০০০ গী জানুৱারী ২ ফাওবা পাঙথোকখি। মদুগী মপুংওইবা থৌরম খরদি – মীয়াম পূন্না ধৰ্ম্ম খুদিংগী ওইবা লাইশোল শোনমিন্নবা, মেদিটেসন তৌবা, পূন্না চামিন থকমিন্নবা, ধৰ্ম্ম খুদিংগী কলা সংস্কৃতিগী ঈশৈ জগোয়নচিংবা উৎপা, পিছ রেলী চৎপনা ওইখি। পুং ৭২ গী শান্তিগী প্রোজেক্ট অসি পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লম অষ্ট্রেলিয়া,

ফিলিপীনস্, পাকিস্তান, ইথোপিয়া, মোজাম্বীক, জেরুজালেম, হঙ্গেরী, আইরলেণ্ড, স্লোভেনিয়া, বোসনিয়া, ইংলণ্ড, স্কোটল্যাণ্ড, আইরল্যাণ্ড, মালটা, ব্রাজিল, ইউনাইটেদ ষ্টেটসনচিংবা মাগী মাগী লমগী চূনবা প্রোগ্রাম থৌরম ২০০ হেন্না পাঙথোকনখি।

মসি মালেম অসিদা অহোংবা অমা পুরক্লবা ধর্ম্ম খুদিংগী অপূনবা অনিংবা (টেষ্টামেন্ট) অমনি। ইউ আর আইগী মেম্বরশিংনা মখোয় মশাবু শান্তিগী লান্মী




মণিপুরদা ধর্ম্ম খুদিংগী মী ওইশিংগী পাঙথোকখিবা শান্তিগী রেলী

অমমতি অমনা লৌই। পুং ৭২ গী ইন্টরফেইথ পিছ প্রোজেক্ট অসি মহাত্মা গান্ধীনা পামজবন্না - "We must be the change we wish to see in the world" হায়বা রাখল্লোন অসিবু ফংনিংদুনা হোৎনবা খোঙজং অমনি। প্রোজেক্ট অসিমক্তি অইংবা, অতপ্পা, শান্তি লৈবা মালেম অমা শেমগৎপদা শরুক যান্নবা মীশিংবু বার্ত্তন তৌবনি। বার্ত্তন তৌদুনা কৌবা অসিদা মীয়ামনা হরাওনা তরাম্না ওকপসি অঙকপা অমা ওইখ্রে। লৈবাক ৬০ দগী কাংলুপ ৪০০ গী মী মিলিয়ন অমা হেনবনা শান্তি পুরক্লবগীদমক চংশিনদুনা থবক তৌবা হৌখ্রে। নহা অহল খাইদনা অধ্যাত্মিক্কী, রাজনীতিগী লুচিংবশিং, কৈশুমশঙদা শিবগী দণ্ডি ঙাইদুনা লৈরিবা বন্দিশিং য়াওনা বাহাই, ব্রহ্মকুমারীশিং, বুদ্ধিষ্ট, খৃষ্টান, হিন্দু, ইনদিজিনস

পিপল, জৈন, য়হুদি মুসলীম, সিখ টাওইষ্ট, কাওদাই অমসুং অতৈ অতৈ কারবারগী মীওই, তামলবা খুঙ্গংগী মীওই পূম্নমক্না ঐখোয় অসি অপূনবা মীওইবা কাংলুপকী শরুক অমনি হায়বসি মীকুপ অমতং খন্থদুনা পন্থদুনা শান্তিগী খোঙজং অসিদা শরুক য়াই।

ইংশোক ২০০০ গী মার্চ্চ ৫ দা ইউ আর আই গ্লোবেল কাউনসিলগী একজিক্যুটিভ ডাইরেক্তর রেভবেন্দ চার্লস গীভস মণিপুরদা লাক্নুনা মণিপুর কোওপরেসন সার্কলনা চথরিবা থৌরমশিং য়েংলখি। মেম্বরশিংনা মণিপুর রাইফলসকী বেঙ্কোইট হোলদা সভা অমা লাংদুনা মহাকপু তরাম্না ওকখি। মীয়ামগা ৱারী ৱাতায় শামিন্নদুনা ইউ আব আইগী মরমদা হেন্না ভাব তামিন্নখি। জূনগী তাং ২৬ তা পিটস্‌বর্গতা চার্টর সহী তৌনগনি হায়বা গ্লোবেল কাউনসিলগী ৱারেপ অদুস্ মহাক্না খঙহল্লমই।




ইউ আর আইগী লোগো

"করিগীদমক পিটসবর্গতা ইউ আর আই চার্টর সহী তৌগদৌরি-বনো।" মাদুনা হংবদা মহাক্না অসুম্না খমলমই।

"আমেরিকাগী পিটসবর্গ অমর থোঙগী সহর কায়না খণ্ডনে। মফম অসিদা চোল্লবা মক ওইবা তুরেল অহুম ওহাইও, এলিগেনী, আলবামা তুরেলগী মথক্তা থোং যাম্না শাদুনা মফম অমগা অমগগী মীশিংবু নকশিন্নহল্লি। থোঙ হায়বসিদি মীয়ামবু পুনশিনহন্নবগী, তিন্নহন্দুনা নুংশি চান্ননা হেনগৎহনবগী পাম্বে অমনি। ইউ আর আইনা মালেমদা শান্তি পুরক্নবা হোৎনরিবা অসিসু থোংনা লৌরিবা থৌদাং অসিগুম্বনি হায়বা ৱাখল্লোন অসিদা যুমফম ওইবনা থোংগী সহর পিটসবর্গতা চার্টর সহী তৌবগী ৱারেপ অসি গ্লোবেল

কাউনসিলনা লৌখিবনি।"

মফম অদুদা চৎতুনা চার্টর সহী তৌবদা শরুক য়ান্নবা বার্ত্তন ফংই হায়দুনা পাক হেক য়াদে। পাস পোর্ট, ভিসা য়াওদনা মফমদুদা চঙহনবা নত্তে। মদুগীদমক ইউ আর আই মণিপুর সিসিগী অতোপ্পা মেম্বর সরদার সটনম সিংহনা মেগী তাং ২১ দা কলিকাতাদা এরোপ্লেননা চৎলে। মণিপুর ভবন্দা লৈদুনা ভিসা লৌবগী থবক চখরে। হো চি মীন সরনীদা লৈরিবা ইউ এস কোনসুলেটতা মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা ঙন্তানা সটনম ঐখোয়নি চৎমিন্নরে। য়াম্না থুনা লোয়শিননিংবদগী এজেন্ট অমগী খুত্থাংদা বেঙ্ক ড্রাফট লুপা ১৯৮০ গী অমা লুপা ৩৩০০ গী অমগা ককলে। ঙহাক্তদা নুপামচাদুদা কমিশন লুপা ৩০০ পীথোকলে। মতম শাংনা কিউদা ঙাইরবা তুংদা ঐখোয়গী এপ্লিকেসন অদু লন্তুমগী প্রমান চে, মী মশাদুগী শকতাক চেচাং ব্রাৎলি হায়দুনা হন্দোরকলে।

ভিসা লৌবগী থবকতু য়াম্না কূপখ্রে। হান্না মদুগী মরমদা খঙদবনা য়ুমদগী শেমশাদুনসু পুরক্তে।

মণিপুরদগী লাকপা ঐখোয়দি কলিকাতাদা লৈবদা য়াম্না শাই। ফেন মখাদা লৈ হায়দুনসু ইশাদা অঙ্গৎবা ফাওদে। অদুনা য়ুমদা য়াম্না থুনা হন্নিংবনি। অদুবু য়াখিদ্রে। দরকার লৈবা চে চাং থাবীরক্লবা য়ুমদা পাউ থাখ্রে।

কুরিয়র সাভির্সতা থাবীরকপা চে চাং অদু তাং ২৩ গী নুংথিলদা ফংলে। তৌ হেক ইবসু তাং ২৪ দু কোনসুলেটকী ছূটি ওই। অদুগা তাং ২৫ দুনা বেঙ্গল বন্দ ওইরে।

বন্দ অদু ত্রিনামুল কংগ্রেসকী মী ১০ হাৎপগী পেন্দবা ফোংদোক্তুনা ওপোজিসন ওইরিবা কংগ্রেসনা কৌবা বেঙ্গল বন্দনি হায়বা খবরদগী খঙই। বন্দগী ব্রাবুদি মণিপুরদা য়াম্না তোয়না থোকপনিনা ঐখোয়দা অনৌবা নত্রে। অদুবু বন্দ অদুনা মরম ওইদুনা ইউ এস কনসুলেটতা চৎপদি য়াদ্রে। তাং ২৬ তা উচিন নাচিন্না ঐগীদি ভিসা ফংলে অদুগা সটনমগীদি ফংদ্রে।

য়ুম য়ৌরগদি ইমুং মনুংগী মীশিংনা ঐহাক আমেরিকাদা চৎতনবা হায়রে। মতমদু ঐগী খ্বাং নাবদু কন্না হৌবা তাঞ্জা থোকলে। ঐগী চহি মতাং অসিদা,

হকচাংগী ফিভম মতা অদুদা, মণিপুরদগী কনা অমতা লোয়নদনা আমেরিকা তান্না ইদোম চৎপা হায়বদু ইমুংগী মীনা য়ানিংবা হৌনদে হায়বসি ঐসু ভাব তাই। পুক্লিংদদি ঐহাক শোয়দনা চৎকে নীংদুনা লাইদা কন্না খুরুমজে নাবা ফহনবীয়ু হায়দুনা।

ঐনা আমেরিকাদা চৎকনি হায়বা তাবদা ঐগী ইবুং ইপুব্রা ইনাওশিং যাম্না হবাওবা ফোংদোকলরে। আমেরিকাগী নিয়ুয়োর্কতা লৈরিবা ঐগী তরামাথোয়শুবা ইনাও নুপী শীলানা ই মেল থারকই। হায়রকই – "ইচেম্মনা আমেবিকাদা লাকপদা মণিপুরদগী রাস জগোয়গী, কৃষ্ণগী, রাধাগী, খম্বা থোইবীগী, মাইবী জগোয়গী পোৎলোই কষ্ট্যুম পুবিরকউ" শীলানা মণিপুরদা আকাসবানী ইম্ফালগী প্রোগ্রাম প্রোদ্যুসর ওইরম্বদু থাদোকলম্লগা আমেরিকাদা মাগী নুপাগা চৎখিবনি। মখোয় অনীমক অষ্টীন ইউনিভরসিটিদগী পি ঐচ দি লৌরগা নিয়ুয়োর্কতা লাকখিবনি। শীলানা মতম খর অষ্টীন ইউনিভরসিটিদা ওজা ওইরম্বনি। অদুবু মাগী নুপা নির্ম্মল চৌধুরীনা জর্ম্মন কম্পনী অমগী কম্প্যুটর ইঞ্জিনিয়র ওইনা নিয়ুয়োর্কতা থবক তৌবদুদা মহাকসু মচা অদুগা অষ্টীনদা লৈবদু নুংঙাইতে হায়দুনা থবক থাদোকলমলগা নিয়ুর্কোতা লাকখিবনি। মফম অদুদা মহাক পরিক্ষা অমা লৌদুনা ইনভেষ্টমেন্ট কম্পনী অমদা থবক তৌবনি।

ঐগী ইনাওনুপী অতোনবী বীনাগা শীলাগা মখোয় অনীসি ইমানা লুনা তৌদুনা মখোয়বু জগোয় তমহল্লি। মখোয়না পীকলিঙৈদা রাস জগোয়, লাইহরাওবা জগোয় তোয়না য়াওখিবনি। মরৈবাক্তগী থাপ্লা লৈরবসু মরমদমগী কলচরবু নীংশিংদুনা জগোয়গী কস্ত্যুম পুরকউ হায়বদুনা ঐঙোন্দদি দশা অমা তাহল্লে। ঐগী হকচাংগী ফিভমদুদা অদুক থাপ্লা লমদমদুদা পোৎচাও পুদুনা চৎপদু য়ানিংদদুনা ঐনা অমুক মঙোন্দা হংশ্রে – "মফমদুদা জগোয়গী পোৎলোইদু কৈদৌনগগে?" মানা অমুক হায়রকই – "ঐনা লৈরিবা মফম অসিদা হিন্দুগী মন্দির অমা লৈ। মদুদা কৃষ্ণজন্মদা জগোয় শাদৌরিনি। মসিদা লৈরিবা ইন্দিয়ানশিংনা মাগী মাগী নাৎকী কলা সংস্কৃতিগী থৌরম হেক হেক উৎনৈ। ঐসু মণিপুরগী জগোয় উৎনিংই। জগোয়গী পুং ঈশৈগী কেসেটসু লোয়নবীরকউ।"



অইবীগী ইমা, ইনাওনুপী শীলানা য়েৎতা বীনানা ওইদা

ঐহাক নান্থোকপা য়াখিদ্রে। মানা হায়্যরিবা ৱাকম অদুদি অফবনি। আমেরিকাদা মণিপুরগী কলচর উৎপদবু ঐনা করম্না থিংগদৌরিবনো খল্লে।

হয়েং চৎকনি হায়বদুদা ঐগী ইনাওনুপী গুনীলৈমনা কস্তুম হাপ্পা ট্রঙ্ক অদু পুদুনা থল্লরে। নরেন, রীতা, নলীনী মথং মথং লাক্লুনা পুক্লিং থৌগৎলবে। ঈশ্বরগী কৃপা নিদুনা চৎপদা লেপলে।

ফোরেনদা তোযনা চৎকনবা দাঃ নবদগী সজেসন কয়া লৌরে, ব্রেষ্টেন্দ ট্রেভেলসকী মেনেজর জষ্টীন পেরেরাদা মানা ঐগীমদক টিকেৎনচিংবা থৌরাং তৌবীনবা টেলিফোন তৌবীরে। কলিকাতা য়ৌরগা মমুৎতানা থৌরাং তৌনবা জুনগী তাং ১৩ দা চৎনবা শেমশারে।

ইম্ফালগী এয়ারপোর্টতা এরোপ্লেন লাকপা ঙাইদুনা নুংথিল ফন থেংলবফাওবা লৈ। নুমিৎতু নোংচিংগী ফিভম ফত্তবনা নোং তাবদুদা এরোপ্লেন অদুম পাইরকখিদ্রে।

মথংগী নুমিৎতা কলিকাতাদা থুংলে। মণিপুর ভবনদা পোৎচৈ থনল্লগা

টেক্সিনা ষ্টেট বেঙ্ক তানা চৎলে। বেঙ্কতগী দ্রাফট ককপা ফোরেন একচেঞ্জ লৌবা, টিকেৎ লৌবনচিংবগী মতমদু য়াম্না খুয়ৌননা থোকখি। এরোপ্লেননা থেংনা য়ৌবনে, কলিকাতাগী ট্রাফিক জামদুনে বেঙ্ক য়ৌবদা থেংলে। মতম হেল্লে য়াররোই হায়রে। ঐগী খুদোংচাদবা ময়াম ঙরাং এরোপ্লেন লাক্তবা, কলিকাতাগী ট্রাফিকজাম, চৎকদৌরিবা খোঙচৎ অদু য়াম্না মরুওইবা মালেমদা শান্তি পুরক্লবগী অসিনচিংবা মেনেজরদুদা কন্না হায়জদুনা তৌফম থোকপশিংদু পাঙথোকলে। য়ুমদা টেলিফোন তৌদুনা পাউ খঙহনখ্রে।

তাং ১৫ গী অয়ুক পুং ১১.৩০ তাবদা ভবন্দগী থোরক্লে। ইন্টরনেসনেল ফ্লাইটকীদমক চেকীং তৌবদা মী অতৈ লোয়নবসু য়াদে। পাসপোর্ট, ভিসা, কস্তমসনচিংবা চেক তৌরবা তুংদা নুংথিল পুং ৩ তাবদা রোয়েল জোরদানিয়ান এয়ার লাইনগী ফ্লাইট নম্বর ১৫৮ না আমেরিকা লোমদা মায় ওল্লে।

ঐনা জোরদানিয়ান এয়ারলাইনসকী এরোপ্লেন তোংবা মদুনা অহানবনি। অদুনা মদুগী খরদং পাউদমনিংই — মদুগা ইন্দিয়ান এয়ারলাইনসকী ফ্লাইট সার্ভিসকা খেন্নবা থেংনৈ। পেসেঞ্জরদা খঙহনগদবা ৱাফম, তোংবগী চেকশিন নিতী নিয়ম পুম্নমক কম্প্যুটরদা উৎলকই। লাওথোকপসু আরবীক লোন্দা অয়াম্বা তৌই।

এরোপ্লেনদু য়াম্না চাউই। মী ফমফম পরেং অহুমনি। মরক্তা মী থৈনফম ফজবা লৈ। মনুংদু য়াম্না লূ নাল্লি। মাঙদা লৈবিবা মেপ অদুদা এরোপ্লেন মচা অমা পাইহন্দুনা তেনজৈনা থিন থিন্দুনা তোয়না উৎলি — এরোপ্লেন অদু লৈমায়দগী কয়া ৱাংনা পাইরিবা, কয়াম যাঙনা পাইরিবা, মতম কয়া হৌখ্রবা অসিনচিংবা।

ঐনা হায় — "ঐগীদি শা ঙা য়াওদবা ভিজিটরিয়ান দিশ পীয়ু।" এয়ার হোষ্টেসনা — "ঐখোয়গীসিদা মদু য়াওদে। নংনা মদু পাম্লবদি টিকেৎ চেক তৌবা মতমদা, হায়হৌগদবনি।" ঐগী অপংবনি - মদু ঐনা তৌহৌদে। ঐনা অমুক হায় — "অদুদি ঐগী শরুকসি পুবীখ্রো।" — "নংগী শরুকসি নংগী ননাক্তা থমগনি। চাগেরা চারোইরা খঙদে। হোরেল ময়াম্না চান্নবা লোইরগা পুল্লপ খোমজিল্লগনি।

মহীসু থক্করোইদ্রা?"

মাগী ট্রোলীদা হাপ্তুনা পুরক্লিবা মহীগী কৌটাশিংদু য়েংবদা য়ুগী মখল ঙাকনি। ঐনা খঙখিবা 'পেপসি' হায়বা অমা থেংনরে। মদু পীরো হায়রে।

হোষ্টেসনা কৌটা ফক্কাইরগা গ্লাস অমদা পীরকই। অপাম অপান্বা য়ু মখল লোয়না থক্লে। ঈশিং অমত্তা থক্কুদে। ঐদি পিকলিডৈদগী হৌনা শা ঙা চাবা হৈনদবনিনা ময়ামনা অচাপোৎশিং চাবগী মনম অদু য়াম্না হৈনদ্রে। ঐগী পুক অসি থুক থকু লাউদুনা ওনিংবনা মহা ওইবে। ঐগা মতৌদু উরগা অঙাং নুপামচা অমদি চংশিল্লকগা ঐঙোন্দা হায়রে – "অনাটি আপ থিকসে খাইয়েগা। নহী তো কৈসে তাকত মিলেগা।" নুপামচা অদুগা ঙহাক ৱারী শান্নে। মহাক্কী মমিং সিদ্ধার্থ বাজাজ কৌই হায়। পঞ্জাবীগী কোকয়েৎ য়েৎলি। মহাক মমা মপাগা লোয়ননা ফিন্দল্যান্দদা মখোয়গী মবীমতা উনবা চৎলিবনি হায়।

অদুক য়াম্না মী ২০০/৩০০ ফল্লিবা মী অতৈগদি ৱারী শামিন্নবা অমতা তৌদে। মখোয়গা ৱারী ৱাতাই শাবদি লাইরদনা ৱা অমতং হংলুবদা হরাও হরাও তৌদে। নিবোদ সি চৌধুরীনা মাগী লমকোই ৱারী 'এ পেসেজ টু ইংলণ্ড'' হাযবদুদা ইখিবদু নীংশিংলকই। "ইংলিস মেন আর অন ফ্রেন্দলী পিপল" হায়বদু, মানা হায়রিবদু ভারতকী মী নত্তবা নোংচুপকী মী অতৈগীসু চুম্মালে খল্লি।

জোরদান য়ৌরমদাই টি ভি দা "ৱেলকম টু জোরদান" হায়বা ফিল্ম অমা উহল্লি। অহানবদা লমদমদুবু শিংথারকই – জোরদান অপীকপা লৈবাক্লি। পোরটুগালমুক্তা চাউবনি। মসিদা লৈরিবা মীশিংনা ৪,৫০০,০০০ দনি খরদং পাউদমনিং। অদুগা মসিগী কোনুং ওইরিবা অমনগী মীশিংনা ১,৬০০,০০০ নি। জোরদানগী ওফিসিয়েল ওইবা মিংদি দি হাসেমাইট কিংদম অফ জোরদান হায়বনি।

জোরদানদা চৎনবা মতমদি জিএমটি (Greenwich Mean Time) দগী পুং ২ ঙনখৎলি। আমেরিকাগী ইষ্টর্ন তাইমসতগী পুং ৭ অদুগা পেসিফিক তাইমসতগীনা পুং ১০ ঙনখৎলি। অমনগী কুইন এলিয়া ইন্টরনেসনেল এয়ারপোর্টতি সহরগী খা পাংবদা কিলোমিটর ৩২ লাপ্না লৈ। মদুদা টেক্সিনা

চখোক চৎশিন তৌবা য়াই। টেলিফোন নম্বর ৪৪৫২৭০০ তা এরোপ্লেন পাইথোক পাইশিনগী ঈ পাউ লৌবা য়াগনি অসুম্না হায়না খঙহল্লি।

মথং মথং অসুম্না লাওথোরকই। পীকখ্রবা লমদম অসিদা পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈতবা মচু কয়াগী সেন্দষ্টোনদা ফজনা হকতুনা শেমলবা সহর, পৃথিবীদা খ্বাইদগী নেম্বা মফম মরুভূমিগী লমপাক, আরব লালহৌ মতমদা লোরেন্স অফ আরবিয়াগী হেদ ক্বাটর ওইরম্বা মফম, নীংথিনা ঙাক শেন্দুনা থল্লিবা রোমানশিংগী আউট পোষ্ট লোয়ননা কোরেল রীফশিং মফম অসিদা উবা ফংগনি। বেকগ্রাউন্দদা ব্রা ঙাংলগা মফমশিং অদু টিভিদা উৎলকপদুদদি পেসেঞ্জর পুম্নমকতু জোরদান শিন্নুংনা কোয়বগুম ফাউহল্লে।

পেট্রা হায়বা থায়নগী মতিক মগুন লৈরম্বা শীংথাদুনা সহবদুগী ফজবা শক্তমদু উৎলকই। উৎ তোংদুনা পাকলবা উ-ব্রা হৌদবা মরুভূমি লম মানবা মফমদুদা চৎলিবা মীশিংদুগী ফিজোলদু উবদা নীংশিংহল্লি আরবিয়ান নাইটসকী ব্রারীশিং আলীবাবাগী, আল্লাদিনগী, সিন্দবাদকী।

জোরদানগী কোনুং অমন হায়বসি বাইবলগী মতমদদি ব্রাবাথ অমোন তাইগা, টোলিমীগী মতমদনা ফিলাদেলফিয়া হায়না কৌনরমই হায়। অঙনবা অমনদি




মহৌশাগী ওইবা চীংদোং মচা তরেৎকী মথক্তা ঙাম্নোইরি। মফমদুদা খৃষ্টগী সতাব্দীদগী লৈরক্লবা রোমান থেটর, তেকথ কাইথরবা সহর, চীংথক্তা শেম্বা

লানবল, হৌজিক মতমগী কৈথেলনচিংবা মথং মথং উৎলকই।

জেরাহ্ সহরদা লৈরিবা কোয়না খাজিন্দুনা থল্লিবা মমাংঙৈদা রোমানগী নিংথৌশিংনা শেমলম্বা শান্নবুং, রোমান আরকিটেকচরদা শারম্বা য়ুম্বীশিং, মখোয়না শগোলনা চিংবা দোলাই তোংদুনা চৎলম্বা লম্বী শোরোকশিংদু উবদা ঐখোয় পূম্নমক অনীশুবা সতাব্দীদা মখোয়গা লোয়ননা লৈরবগুম ফাওই। মদাবা হায়বা মফম অদু উবদা জোরদানগী তোপ তোপ্পা খুঙ্গংগী শক্তমদু খঙহল্লি। মফমদুদা লিরবা গিরজাশিং লৈরিবদু উবা ফংই।



মরু সাগর (Dead sea) উৎলকপা মতাংদু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওই। ভুগোল তম্বদা খঙখিবনি। মরু সাগরদি সমুদ্রগী লৈমায়দগী মিটর ৪০০ নেম্না লৈ। মাগী ঈশিংদি অতৈ সমুদ্রগী ঈশিংগী শরুক নিপাল হেন্না থুমহি চেল্লি। মদুদা মেগ্নেসিয়ম, পোটেসিয়ম, কেলসিয়ম ক্লোরাইদ মরাং কায়না য়াওবনা মরম ওইদুনা মরু সাগরগী ঈশিং অমসুং লৈখোমদি অনাবা ফহনবগী শক্তি চেল্লি। মরম অদুনা পৃথিবী শিন্থুংনা মমিং চৎলি। য়াম্না ঙকপদি ইরোইবা হৈতবা মীসু ঈশিংদুদা কুম্বদা মশাদু তাওখৎতুনা লৈ হায়বসিনি। মদুদা লোংনা হিপ্পগা চা কপ অমা থকতুনা, খবর পাদুনা লৈবা মী অমা টিভিদা উৎলকপদু য়েংবদা ঙক্লা থোকই।



জেরাহ সহরগী থাম্বনগী শক্তম

খৃষ্টান ধর্ম্মগী শেংলবা তীর্থ মফম উৎলকই। মদু অঙনবা মতমদা খৃষ্ট ধর্ম্মগী দীক্ষা গুরু জোননা যিশুবু দীক্ষা পীখিবা মফমদুনি। মদু ইতিহাসকসু মরী লৈনবা য়েংবদা য়াম্না ফজবা অমনি। জোরদানগী কোনুং অমনগী নোংচুপথংবা মায়কৈদা কিঃমিঃ ৪৫ দং চৎলগা লৈবনি। ইন্টরনেসনেল আরকিওলোজিষ্টশিংনা মফম অদু তৌথোক্লগা লমকোইবশিং অমসুং তীর্থ যাত্রিকাশিংনা লাকনিংবা পোকহন্নবা হেন্না ফজনা শেমগৎলে। মফম অদুদা


যিশুবু বেপটাইজ তৌখিবা মফম

য়ৌরুদ্রবসু এরোপ্লেন মনুংদা ফম্না ফম্না মফম অদুগী ফজবা শক্তমদুদি উবা ফংলকলে।

পুং ৭ চঙনা পাইরবা তুংদা অমনগী কুইন এলিয়া ইন্টরনেসনেল



মরু সাগরগী ঈশংদা লোংনা হিপ্তুনা খবর পার

এয়ারপোর্টতা য়ৌরে। মতমদু ঐগী খুদাংগী ঘড়িদা পুং ১০ তারে। অদুবু কোরৌ মাদি সনা অহিংবা মচুগী ফিজোল থোল্লদুনা নোংচুপথংবা অতিয়াবু ঙাঙ্গানহল্লদুনা ঙান্থোইরম্বা থেংনরে। কোরৌহনবা ইবুংঙোদো মাগী মচা মনাই পূম্বা শেন্নবদা পোত্থানি কাউরমাল্লে। অমদা চৎলুই মঙাল পীদুনা লৈরমই, মফম অমদা থুংলুই কোরৌ মাদি পোত্থারমদে।

এয়ার পোর্টতগী ঐখোয়বু বসনা এলিয়া গেটৱে হোটেল তানা পুরে। লম্বীদু কিলোমিটর অমগীনি। মফমদু য়ৌবগা ঐখোয়গী পোৎচৈ, পাসপোর্ট, কস্তমস, ইমিগ্রেসন চেক তৌনবা মথক থংবা মথোলগী গেলেরীদা কাখৎহল্লে। পোৎ অনীদগী হেন্না এয়ার ক্রাফটতা হাপ্লা য়াদে হায়বদগী সুটকেশ অমদি খুৎনা পায়বা তাখি। সুটকেশনে, হেন্দবেগনে, মিনরেল ৱাটর লীকলি অমনে পায়রগা এস্কেলেটরদা ঐনা কাখৎপদু শ্বাই শ্বাই লাউবা পোকই।

এলিয়া গেটৱে হোটেলদা চেক তৌরবা তুংদা পেসেঞ্জরশিংদুগী লৈনবা কা পীরে। মরুপ মপাং, মরী মতা লোয়নরকপা মীশিংনা হান্না লৈফম পীখ্রবা তুংদা ইদোম লাকপা ঐবু কোন্নথংদা অহুমশুবা মথোলগী কা নম্বর ৩১৯ দা লৈননবা হায়রে। কাথোক কাশিনগী লিফ্ট শীজিন্নবা অদু লন্নাই তৌবা ঙাকনি। মী অতৈ লোয়নদবদগী ইদোম তরক তাবদু ফাওই। হংফমসু খঙদে, হৈতে হায়রবসু অতৈদা

খঙহন্নিংদা ইদোম মদু খঙনবা হোৎনখি। মদুনা ঐঙোন্দা এক্সপরিয়েনস্ অমদি ওইহৌই।

সহরদগী কিলোমিটর ৩৫ লাপ্পা লৈরিবা কুইন এলিয়া গেটৱে হোটেলদু মথোল মঙাগীনি। ফাইভ ষ্টার হোটেলনি। মফমদুদা মী অমনা নুমিৎ নিনি লৈবদা আমেরিকান দোল্লর ৫৯ নি। ঐখোয়গী পৈশাদা লুপা ২৬৫৫ নি। মদুদা ব্রেক ফাষ্টকী, এয়ারপোর্টতগী হোটেল ফাওবা চখোক চৎশিনগী টেক্সি ভাড়া, মতেং পাংথোক পাংশিনগীসু য়াওরবনি। হোটেলদুদা এয়ার কন্দিসনগী কাশিং ইরুজফম, টেলিফোন, টি ভি, বোলরুম, দাইনিং রুম লৈ। মপালদনা সুইমীং পুল অনী, টেনীস কোর্ট অনী, সোপীং সেন্টর এয়ার লাইন অফিস, [illegible]ইনবগী কার অমক অমৌগী কার লিমোসিন, বিউটি সেলুননচিংবা লৈ।



ঐঙোন্দা পীবা কা অদুদা পোৎচৈ থমল্লগা ঐনা মখাদা রেষ্টুরেন্ট লৈরিকুদা চঙশিল্লে। রেষ্টুরেন্ট অদুদি পুং ২৪ অদুম হাংদুনা লৈবনি। মদুদা চানিংবা চাবা য়াই। অচাপোৎশিংদু ফিঙৌ থাদুনা নিংথিনা থেন্দুনা থমই। লূবা নানবগীদি করি হায়রুনি। উফুল মরিক অমা পকপা নত্তে। চেজেৎ চেকুম অমতা চাইথোকপা নত্তে। ফি নাননা শেৎপা টাই পুনবা পাখংমচা খর পোৎচৈ থমলিবা মনাক্তুদা লেপ্পুনা লৈ। অদুগা চাবগীদি লন্নাই সারভিসনি। মথেলদু য়াম্না য়ামই – ষণ থোংবা, ওক থোংবা, য়েন থোংবা, অতৈ অতৈ মথেলশিং। মীশিংনা মানা মানা পাম্বা পোৎ অদু লৌদুনা অপাম্বা মহী থকনৈ।

এরোপ্লেন মনুংদসু করি অমতা চারক্তবদুদা ঐনা চাবা হৈনবা করিনো থিরে। চাক খরগা, করি অমতা থাকতবা চকৱাই অফুৎপা খরগা লৌদুনা চারে। কোফি অমা শেমদুনা থকলে। রেষ্টুরেন্টনিনা মীশিংনা মফমদুদা কুইনা কুইনা ফমদুনা ৱারী শাদুনা লৈহৌই। ঐগীদি ৱারী শামিন্নবা খঙনবা কনা য়াওদবনা ইদোম অমুক থুনা লিফ্টতা কারকলে। মরীশুবা ফ্লোর য়ৌরে ঐগী কাদু থিবা ফংদ্রে। ৱাখল অমুক তৌই – ঐগী রুমদুগী নম্বরদু ৩ না হৌবনি অদুনদি মদু অহুমশুবা ফ্লোরদা ওইরম্বা তাই হায়দুনা কুমথরগা ঐগী কাদা চঙদুনা ফমুংদা হিপথরে। পাক তুমথবা য়াদে। মঙল মঙল খন্দুনা লৈ। হয়েং অয়ুক পুং ৭ তাবদা করম্বা মতমদা চৎকদগে

পাউদু টেলিফোননা খঙহল্লক্কনি হায়বনি। তাহৌদ্রবদি ইদোম লৈহৌদুনা আমেরিকা য়ৌদনা তোক্লদ্রা খন্দুনা লৈ।

অয়ুক পুং ৪ তাবদা ইরু মাইথজবা লোইশিল্লে। পুং ৭ ফাওবা ঙাইরবদসু টেলিফোন লাকত্রে। কৈদৌরবনো খন্দুনা পোৎচৈ পুথরদুনা মখাদা কুমথরক্লে। অদুগদি পুং ১০ তাবদা চৎকদবনি হায়রে। রেষ্টুরেন্টতা চঙদুনা চানুং থকলে। মদুদগী থোরকলগা মপালদা ফন কুইনা হোটেলদুদা চখরিবা থৌওংশিংদু কোইচৎ চৎতুনা য়েংদুনা লৈরে। হোটেলদুমক্তা লৈরিব: জোরদানিয়ান রোয়েল টুরসকী ইনফোরমেসন সেন্টর অমা লৈরিবদুদা চংশিন্দুনা ঈ পাউ খর লৌরে। ঐনা এরোপ্লেন মনুংদা টিভিদা উরকপা জোরদানগী মরুওইবা মফমশিংদুদা চৎতুনা য়েংবগী খুদোংচাবদু লৈ। অদুবু ঐনা চৎনিংই হায়দুনসু মফম অদুদা চঙনবা নৌনা ভিসা লৌবা তাবনা তেনখ্রবা মতমদুদা মদুদি ওইথোকপা য়াখিদ্রে। সেন্টর অদুদগী ফোটো, অমদি ইনফোরমেসন পীবা চে চাং খর লৌরগা রিসেপসন কাউন্টর মনাক অদুদা ঙহাক ফমদুনা লৈরে। ঐগী ইনাক অদুদা বুরকা লিৎপী নুপী অমসু ফমদুনা লৈবা উই। মহাক্কী মখুৎ খুৎশাশিংদা সনাগী খুদোপ য়াম্না শি, খুজেংদা খোঙজি। নুপীদু ঐনা কলিকাতাগী এয়ারপোর্টতা মাগী নুপাগা লোয়ননা চেকীং তৌরিঙৈদা উখ্রবনি। নুপীদুনা ঐঙোন্দা ৱারী শাবা হৌরকই বাংলা লোন্দা।

ঐনা হায় – "বাংলা লোন্দা খরদি খঙই অদুবু ঙাংবদি ঙমদে। হিন্দিদা ওইরবদি য়াগনি।" ঐগী ৱাদু তাবদা নুপাদুনা ৱা পাংশল্লকই। "মাগা ইংরাজীদা ৱারী শান্নবা য়াগনি।"। ঐখোয় অনী ৱারী ঙহাক শান্নরে। ৱারী শাবদুদগী খঙবদি মখোয় অদু কলিকাতাদগী হোংদুনা ৱেষ্ট ইন্দিজদা লৈবা চহী ২০ হেল্লে। মরমদম্বু নুংশিদুনা, মরী মতা উন্ননিংদুনা কলিকাতাদা চৎলুবনি।

ঐনা নুপীদুদা হংই – "নংগী নুপাসি করি থবক তৌবগে?"

"ডাক্তরনি"।

নুপীদু য়াম্না অহল ওইনা উরে।

"অদোম্বু চহী কয়া শুরবগে?"

নুপীদুনা – "চহী ৬০ শুরে"।

ঐনা হায় ঐদি – "চহী ৬৫ শুরে"।

ঐখোয়বু এয়ারপোর্ট পুবীগদবা বসতু ঙাইরিঙৈদা ঐখোয়গী ৱারী কয়া শামিন্নরে। মখোয়না আমেরিকাদা লৈবদা থেংনবা অৱা নুংঙাইগী, ইন্দিয়াগা আমেরিকাগা খেন্নবা, ঐনা আমেরিকাদা চৎলিবগী মরম অসিনচিংবা কয়া অমা মঙোন্দগী খঙহৌরে।

ঐনা নুপাদুদা ওনশিন্দুনা – "দাক্তর সাহব। ঐগী খ্বাং নাবা অসিগী মতাংদা করি করি তৌগদগে? হিদাক লাংথক খর ইবীরম্মু।"

হরাও হরাওনা মানা ওইন্টমেন্ট অমা শীজিন্নবা অমসুং মতম শাংনা ওষ্টো কেলসিয়ম চান্নবা ইরমই ঐগী দায়রীদা। মখাদুদা মানা সহী তৌরমই – ডাক্তর এ আর মোন্দল। আমেরিকা চৎপসিদা ঐসু খঙনবা মী অমদি ফংলেদনা হায়না খনবদা নুংঙাই।

আমনগী ক্যুইন এলিয়া ইন্টরনেসনেল এয়ারপোর্টতগী অয়ুক্কী পুং ১০:৩০দা এরোপ্লেন পাইখৎলকপনি, নুংথিলগী পুং ৪ তাবদা নেদরল্যাণ্ডগী কোনুং অমষ্টরদমদা থুংলে। এয়ারপোর্টতুদা মিনিট ৪৫ রোম লৈ। মদু মফম অদুদা এরোপ্লেনদা থাউ হান্নবগীদমক্তনি।

অমষ্টরদমদা য়ৌরে হায়বদুদা ঐনা খৃ: ১৯৫২ গী অমষ্টরদম ওলিমপিক গেমসপু নীংশিংঙি। শান্নবুংদু য়েংনিংই। গেমস ভিলেজদুসু য়েংনিংবনি। অদুবু খোঙচৎ অদুদদি মদুদি ওইথোকপা য়াবা লৈত্রে। এয়ারক্রাফতগী কুমথরগা এয়ারপোর্ট অদুগী অকোয়বদু ঐহাক অমুক্তা য়েংগে হায়বনি। অদুসু ক্রু ষ্টাফশিংদুনা ঐঙোন্দা মদুগী অয়াবা পীদ্রে। ঙহাক্কী তুংদা অমষ্টরদমদগী এরোপ্লেনদু অমুক পাইখৎলক্লে।

অমষ্টরদমদগী নিয়ুয়োর্ক য়ৌবদা পুং ৭.৪৫ চঙই। অদুক শাংবা মতমদু এয়ারক্রাফট মনুংদা ফম্বদু ওষ্হোক্লা ৱাই। ঐনা অমুক হৌগৎ, অমুক গাড়ী মনুংদা হঙ্গৎ হন্দা চৎ তৌদুনা নিয়ুয়োর্ক য়ৌই। মফমদু য়ৌরগা অমুক কস্তমসকী, পাসপোর্টকী, ইম্মিগ্রেসনকী সিক্যুরিটি চেকীং ময়াম অমা অমুক তৌরে।

মীশিংগী কোওপরেসন ফংদে। অমগা অমগা ৱা ঙাংনদে। ৱা অমতং হংলুবদা

খুমলকপদু ওম্ব্লোকনা এব্রপ্ট ওইখ্রে। অনীরক হংলুবা য়াবা নত্রে।

ঐনা ঐগী লগেজ অদু ট্রোলী অমদা হাপ্তুনা পুরকপদা এয়ারপোর্টকী মী অমা "পোৎ অসি ঐ পুবীরম্লগে। নহাক অসোমদা চৎতুনা ইমিগ্রেসনগী চেকীং তৌরগা অসোমদা লাক্লগা পোৎ অসি লৌরবা য়াগনি হায়রে"। মানা হায়বা মতুংইন্না কাউন্টর অদুদা চঙদুনা চেকীং তৌহল্লে। থোরকপদদি ঐহাক চৎফম খঙদ্রে। ব্রাং চাউথ্রবী, কুচু মুবী ষ্টাফ নুপী অমদা পোৎচৈ লৌগদবা মফমদু হংলে। মানা – গো দেৎ রে, ও কে" দং হায়রকই। ঐনা অমরোমদা অমুক চৎলি। অমরোমদা অমুক চৎলি। খল্লি – অদুক ব্রানা অদুক শাংবা লম্বীদুদা পোৎশিংদু পুরক্লগা মাঙখিবা তাবব্রা?

কোন্থংদা মায়কৈ অমবোমদা শাংনা চৎলবা তুংদা গেৎ মনাক অদুদা ঐগী পোৎতু লৈবা থেংনরে। ঐনা পোৎ থিরিঙৈদা এরোপ্লেন্দুদা লাকমিন্নবা মী পূম্নমক লোইনা চৎনখিরম্লে।

গেৎ অদুগী মপান্দা শীলা নির্ম্মল অমসুং মচানুপা চহি ৬ কী অঙাং করন ঐবু ঙাইদুনা লৈরমই। মী পূম্নমক চৎনখ্রবা অদুদা মখোয়দি ঐহাক য়াওরকত্রমাল্লে খল্লুরে হায়।

জোন এফ কেনেদী এয়ারপোর্টতুদগী মখোয়গী লৈরিবা নিয়ুয়োর্ককী পিকিপসি হায়বা মফমদু কিলোমিটর ১০০ লাপই হায়। গাড়ী য়াঙনা থৌরকই।

লম্বীদা খোঙনা চৎপা মী অমতা উদে। কারগী কার ঙাক্তা। শীলাগী ময়ুমদু য়ৌবদদি পুং ২ রোম্ম চঙই। চোকথবনা ঐগী হকচাংদি পদ্রাক তারে। ইরু মাইথজবা, চাবা থকপা অমত্তা তৌদনা হিপথরে।

*    *    *    *

শীলাগী ময়ুমদু নিয়ুয়োর্ককী টু নোর্থ ড্রাইভ, পিকিপসি হায়বা মফমদুদনি। মখোয়গী মশাগী ইংখোলদা শাবা য়ুমনি। আমেরিকাগী য়ুমশানি — মপান্দা য়েংবদদি য়াম্না চমলগা মনুংদদি হৌজিক মতমগী ওইবা ইমুং অমদা লৈনরিবা পোৎচৈ ইব্রাৎ ব্রাৎতে। চাকখুম, বেদরুম, স্টদী রুম, কমপুটর রুম, মীফম ফমফমদা টি ভি, বাথরুম, মথক মখাগী কাদা, লোন্দরী অসিনচিংবা। মপান্দনা পাক চাউরবা লোন, সুইমীং পুল, লৈকোল, গেরেজ অনী — মাগী নুপাগী কারগী, মাগী কার, মচানুপাগী সাইকল থমফম, শান্নপোৎ থমফম, ষ্টোর রুম অসিনচিংবা। মথক থংবা মথোলদুদা উচেক্কী অচাপোৎ থাদুনা থল্লিবগী মপানগী ফন্বাক্কী চিদাই অমদা নুংশা য়াইনবা থল্লিবদুদা ফজ ফজবা উচেকশিংনা মচিঞ্জাক খুল্লে। মহৌশাগী ফজবা থা থব্রানমিচাক অথাপ্পদা পাইরিবা সেটলাট এরোপ্লেনচিংবা য়েংনিংলগা টেলিস্কোপ পুথোকতনা হেক হেক য়েংই।

মখোয়গী ময়ুম অদুদা মতম খর পোথারে। ঐনা লৈরিঙৈদুদা শীলাগা নির্ম্মলগনা মখোয়গী কারদা পুদুনা মফমদুগী য়েংবা য়াম্বা মরু মরু ওইবা মফম কয়া য়েংহল্লে। ঐনা হৈনগদবা ইনশাং হঙ্গাম, য়েন্দেমনচিংবা থোংদুনা কাংঙৌ ঙৌদুনা পিজরে। মমল তাংবগী ব্রাদনি আমেরিকাদা ফংদবা পোৎ লৈতে। ইন্দিয়ানশিংনা পাম্বা পোৎচৈ, ইনশাং মনা মশীং য়োনবা দুকান লৈ মদুদগী পোৎচৈ লৈরুনি হায়দুনা শীলানা কার থৌদুনা চৎখি। হঙ্গাম পাম্বী মচা অমদা দোলর অনী, লফোই অমখকতা সেন্ট ৯০, নব্রাব অমদা দোল্লার ৩ নি হায়দুনা পুরকই। ফদিগোম, পাখোল তোনীকোকসু কংলায়েনসু য়াওরকই। পোৎচৈশিংদুনা তাংলিবগী মরমদি মদু ইন্দোনেসিয়াদগী এক্সপোর্ট তৌরকপনি হায়।

খর পোথাদুনা লৈবা, হৈনবা চাক ইনশাং চাদুনা মতম খর লৈদুনা আমেরিকাগী ঈশিং নুংশিৎ অদুদা খর চুশিন্নরে অহানবদদি তূম্বা চাবা ইওন ওন্নে। মীনা তূম্নবা মতমদনা তূম্বা য়াদে। মীনা হৌগৎনবা মতমদনা তূম্নিংই, হাকাম চল্লি, কোক ঙাওরি তৌদুনা লৈ।

মসিগী মরমদি আমেরিকাগা ইন্দিয়াগা থক খা ওন্নবননি। ঐনা নুমিদাংগী পুং ১০ তাবদা ইম্ফালদা ফোন তৌই। মতমদু অয়ুক্কী পুং ৭.৩০ তারে হায়না

যুমদগী হায়রকই।

ঐনা নিয়ুয়োর্কতা লৈরিঙৈদা শীলাগা লোয়ননা হিন্দুগী মন্দির অমদা চৎমিন্নরুই। মদু শীলাগী মমান্নবীগী মচা মমিং থোনবগী থৌরম পাঙথোকপদা শরুক য়ামিন্নবগীনি।

ঐখোয়না লৈরিবা পিকিপসি হায়বা মফম অদুদগী কিলোমিটর অহুমলোম চৎলগা ব্রাপিঙ্গরস ফোলস হায়বা মফমদুদা মন্দিরদু লৈ। মন্দিরদুদা রাধা কৃষ্ণ, গনেশ, লক্ষ্মী, রাম সিতা ভেঙ্কটেশ্বরগী মুর্ত্তি লাৎলি। সাই বাবাগী মুর্ত্তিনা ময়ায়দা। পুরোহিত নহা অমনা নাম করন মীং থোনবগী থৌরমদু মরুপ মপাং মরী মতাগী মমাংদা হৌনবী মতুংইন্না পুজা তৌদুনা মন্ত্র থিদুনা পাঙথোকলমই।

পুরোহিত অদু বাঙ্গালোরদগীনি, থিওলোজিদা পি ঐচ দি নি। মন্দির অদুগী পুজা লাংজা লাইগী সেবাগীদমক মফমদুদা লৈরিবা ভারতমচা শিংদুনা তলব পীদুনা মহাকপু থমলিবনি হায়।

মিং থোনবগী পুজাদু বুদ্ধি লৌশিংগী মবুঙো, য়েখায়থিনগায়ববু কোকহনবিবা শ্রীগনেশদেবগী পুজানা হৌরগা, নবগ্রহ পুজা তৌরে। মমিং থোনবগী মতাংদুদি অঙাং অদুগী মপোক্কী চান্নবা গ্রহ অদুগী মতুংইন্না ময়েক অমা লৌরগা মমা মপানা পাম্বা হান্না খল্লবা মিং অদু অঙাংদুগী য়েৎথংবা নাকোংদা তুমিন্না ইমুংগী মী অমনা হায়রে। অদুদগী অঙাং অদুবু চেং মরু অমদা মাগী মমিং ইহনবদা মতেং পাংবীরে।

মী অমগী মিং হায়বসি য়াম্না মরুওইবনি। ঈশ্বরনা পীরকপা মগুণ, শক্তি অদু ফুদোকহন্দুনা পুনসিদা অচৌবা থৌদাং পাঙথোকপদা মিং অদু য়াম্না মরু ওইবনি হায়না থাজনবদগী অদুম্না পাঙথোকলিবনি।

অদুগী তুংদা মফমদুদা সাই লাহিরি গ্রুপনা লাইশোল ঈশৈ মথং মথং শকই। ভারত্তা শক্করিবা ভজন অমসুং ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক অমসুং দিভোসনেল শোংশিংনি। থৌরমদু য়াওরুবদা আমেরিকাদা ভারতমচাশিংনা মশাগী ধর্ম্ম, কলচর ঙাক্না চৎলিবা অদুগী মরমদা খরদং খঙজিন্নবগী তাঞ্জা অমা ঐঙোন্দা ফংলকই।

খেন্নবা খরসু উরকই। মণিপুরদা মৈতৈগী কলচরদা লাইগী থবক থৌরমদা নুপীশিংনা ইনফি অঙৌবা ইন্দুনা, উরৈরোম মচুগী ফনেক শেৎতুনা য়াম্না চম্না

শরুক য়াই। মফমদুদা লাইগী মন্দিরদুদা লাকপা নুপীশিংদুদি য়াম্না মকে শেম্মদুনা সনাগী লৈতেং তৌদুনা অকে অমৌগী ফিজোল মমল য়াম্লবা সারী, সালব্রার, জিন খোংগ্রাওনচিংবা শেৎতুনা লাকনৈ।

"মখোয়গীদি উৎফম লৈতবনিনা অসিগুম্বা থৌরম অমা, পার্টি অমা চৎপদা ঙমজবী থাদুনা লৈতেং তৌজরিবনি"। হায়না শীলানা মাগী মোং পীরকই।

মীং থোনবগী পুজা লাংজা লোইরগা শিল্লি লাংলিবশিংনা ময়াম্মু পিজ পিথক তৌরে। সাউথ ইন্দিয়ানগী ওইবা নিরামিষ, অথুম অহাও অচা অথকশিংনি। ঐখোয়সু মদুদা য়াওরগা হল্লকপদা লম্বীদা মহৌশাগী ফজবা দৃশ্য অমা য়েংলুসি হায়দুনা চীংজাও নাপোম অমদা পাকচাউরবা ঈচেল অমনা ঙাথু থেংথুনা চেল্লিবা তোর্ব্বান অমগী মনাক্তুদা য়ৌরে। শীলানা ঐঙোন্দা তাকই – চীংজাও অসি কেটেসকীল মাওনটেননি, ঈচেল অসিনা হদসন রিভরনি।

কেটসকীল মাওনটেন ! হদসন রিভর !

খঙনীং নীংশিংলকই – ৱাশিংটন অরভিংনা ইবা রিপভান ৱিংকলগী ৱারী। রিপভান ৱিংকলনা কেটসকীল চীংথক্তা চহী ২০ চুপ্পা তুমখুল হুন্দুনা লৈবগী ৱাবীদো। আরভিংনা ইখিবনি - হদসন তুরেলগী ঈচেলদা তুংইন্ননা লমকোয়রবদি, তুরেলদুগী নোংচুপথংবা মাইকৈদা এপালেচিয়ান চীংশাং নাপোমগী শরুক ওইরিবা, ৱাংচাওনা, চীংলেম্না অতিয়া পক্লা ৱাংলবা অকোয়বদা লৈরিবা লমদমবু ঙাক শেন্দুনা লৈরিবা কেটসকীল চীংজাওবু শোয়দনা উগনি। ঋতু হোংবা খুদিং, নুংশিৎ নুংশাগী ফিভম হোংবা খুদিং পুংজ খুদিং মাদি শক্লোন হোংবনি। করিগুম্বদনা ৱাওথাংনবা, করিগুম্বদনা শংবান্নবা শক্তম। নুংথিল নুমিদাংৱাইরম লৈচিল নোংফাই থাংদবা নুমিত্তগী ৱাদেং খোইবী মচুগী মনিল কাখৎলক্তুনা চীংদোল অদুবু লুহুপকুম্না উপশিল্লি। অনকপা অরাপ্পদা লৈবা খুঞ্জা য়ুম্নুরেম্বীশিংনদি অঈং অশাবু তাকপিবা ঙম্বা বেরোমিটর যন্ত্রগুম্বনি হায়নরিবনি।

নহালখৈদি মদু ৱারী ওইরম্বনি। ঙসিদি হায়রিবা চীংজাও অদু মীৎনা উবা ফংলে। পুক্লিংদা ফাওরে কয়াদা ফজখ্রবা, কয়াদা চীং লেমখ্রবা কেটসকীল চীংনিংথৌ নংগী শক্তম, হদসন কৌবী তুরেল নংগী ঈচেল। তোর্ব্বান্দুদা ফমদুনা পুক্লিং শুমহৎপা দৃশ্যদু য়েংদুনা ঙহাক লৈরে। নুংথিল নুমিদাংৱাইরমদুদা হদসন তুরেলগী ঈচেলদা নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈররি। চীং নাপোমগী উপালদা তোংদুনা উচেক ৱায়ানা মনিং তম্না, নুংশিনা শৈশক্লদুনা ঐখোয়বু তরাম্না ওকপগুম ফাওহল্লি। পুক্লিংদা ফাওরকপদু ঐনা ঐগী দায়রীদা অসুম্না ইশিল্লি –

আমেরিকাগী নিয়ুয়োর্ক সহরদা
থেক্ল খোয়না চেল্লিবী,
কেটসকীল চীংজাও নাপোমদা
ঙাথু থেংথুনা, চেল্লিবী
হদসন হায়না মিংথোনবী
চীংলেন্নবী তুরেল নংবু উবদা
নীংশিংলকই
লমদম তাম্না লৈহৌবী ইরমদমগী
ঈচেল পীক্লবী নম্বুল তুরেল।
কবি কমলনা শৈথাজবা
ঈচেল কংখ্রবী চন্দ্রনদী।
অমুক্কসু
গঙ্গা যমুনা, ব্রহ্মপুত্র
অৰাং ভারতকী তুরেলশিং
লোয়ননা
ঈচেলশিংদুগী হৌরকফম
চীংগীনিংথৌ হিমালয়
গঙ্গা তুরেলগী হৌরকফম গঙ্গোত্রি
অদুগা
বিন্ধ্য চীংগী মমোমলোই
কৃষ্ণ, কাবেরী গোদাবরী।
থাগৎচরি নহাকপু
হদসন তুরেল শকহেনবী,
নংনা য়ৌরুবা খুদিং
শান্তিগী পাউজেল য়েল্লম্মু।

ঈচেলদুনা ঐঙোন্দা ৱারী অসিমসু লিবীরকই — হেনরী হদসন কৌবা

ললোনবা নুপা অমনা ইংকুমজা ১৫০৯ দা ইহান হান্না হি হোন্দুনা নিয়ুয়োর্ক য়ৌরকখি। মফম অদুদগী লম্থুম ললোনপোৎ পুরগা অতৈ লমদা য়োননিংবদগীনি।

ঈচেল অদুগী খুদুং ইন্দুনা সহর অদুদা ইহান হান্না য়ৌরকখিবা মহাক্কী মমিং লৌদুনা ঈচেল অদুগী মীং হদসন তুরেল কৌখিবনি।

ঐখোয়না লেপ্তুনা লৈরিবা তোর্ব্বান ব্রাংমদুদা কেটসকীল চীংজাওগী হাইথরকপা নাপোমদুদা মরেপ ব্রাংলবা উপাল কয়া অমা ইশং শংনা হৌরি। উচেক ব্রায়া কয়া অমনা অতিয়ারোমদা অমুক পাইখৎ অমুক ঈমায়রোমদা অমুক মশা খপথ তৌদুনা শান্নরি।

তোর্ব্বান অদুদগী খর থাপতকনা পাকচাউনা শন্দোকতুনা লৈখ্রিবা লম্পাক অদুনা হদসন ভেলী হায়বদুনি। মদুদা পীকনীক তৌবা লাকপা মীশিংনা দম্বুর খন্দুনা মদুদা অচা অথক চাদুনা ম্যাজিক খোংদুনা নুংঙাইনা লৈরিবদু উরে। মনাক অদুদা অঙাংশিং খরনা চেন চোংদুনা, বোল হুন্দুনা সাইকল মচা থৌদুনা শান্নরি।

অদুগুম্বা দৃশ্যদুনা ঐগী চোকথরম্বা হকচাংদু খর তেকখৎহনবিরে।

মফম অদুদগী হল্লকপদা লম্বীদা মফম কয়াদা তুরেল অদুগী তোঙানবা শক্লোন কয়া অমসু উবা ফংলে। পাল্লবা ঈচেল অদুগী শাথেক, ঈথক ঈপোম, চীংলেম্বা মতৌদু য়েংদুনতা লৈনিংই। কদায়দগী হৌরক্লগা কদায় তানা শান্তিগী পাওজেল পুদুনা চৎলিবগে হায়বদুদি ঐহাক থিজিনবা তৌরুদ্রে। অসুম্নদি খল্লি হদসন তুবেলগী ফজবা শক্তমসি উদনদি কল্পনানা শাগৎতুনা মহাক্কী শক্তমগী মরমদা ইবদি ওইথোকলোই।

অসুম অসুম চৎপনা ব্রাশিংটন ব্রীজ লান্দুনা লাক্লে। থোঙখা অদুদা মোটরবোৎ তোংদুনা শান্নরিবা নহা কয়াদু অমুক উরে।

তুরেল অদুগী খুদুং ইন্দুনা কোয়রিবা জহাজ মচা অমসু লাপতক্লা উরে। মদু হদসন ক্রুজ হায়বদুনি।

অদুগুম্বা জহাজদু তোংদুনা তুরেলদুবু কোয়না য়েংনবগী মদুনা চহী ২০ গী মমাংদগী শিন্দুনা লৈরক্লবনি হায়।



হদসন ক্রুজ

অদুগুম্বা খোঙচৎ অদুনা তুবেল অদুগী ১৭শুবা সতাব্দীদগী শক্তম ঙাকনা লৈরক্লিবা তোর্ব্বানগী তোঙান তোঙানবা শক্তম কয়া যাত্রিকশিংদা উবা ফংহল্লি। যাত্রীকশিংবু লমজিংলিবা জহাজগী গাইদশিংদা থিন থিন্দুনা তাকলি – আদগীসিনা লাইট হাউসনি, আদা উরিবসিনা অঙ্গুরগী হৈকোলনি, অসিনা লৈকোলনি। য়ুম অসিনা আমেরিকাগী ইনাক খুনবা মীওই অদুগীনি অদাগীনি। থাপতক্লা উইরুম উইরুম তৌদুনা লৈরিবা খুঙ্গংগী শক্তমগা লোয়ননা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা শক্তম অমসুং বিজ্ঞানগী মতেংনা অয়ৌবী থাক্তা শেমগৎ শাগৎলবা সহরগী শক্তম অনী পূন্না জহাজ তোংদুনা চংলিবা মীশিংদুনা উবগী খুদোংচাবা ফংই।

তুরেলনা থেকপা খুদিং তোঙানবা নীংথিবা তোপ তোপ্পা শক্তম অমমম উৎথোকই।

সভ্যতা অমা শেমগৎপদা তুরেলনা অচৌবা থৌদাং লৌই হায়বদু হদসন তুরেল উরুবদা হেন্না ময়েক লাহল্লে। তুরেলনা সভ্যেতা শেমগৎপগী ৱারী অতৈসু নাইল তুরেলনা, কোঙ্গোনা, টেমসনা, য়াংশি তুরেলনসু লীরিবনি। হোৱাংহো তুরেলবু 'সোরো অফ চাইনা' হায়না কৌনরি; মাগী কল্লবা ঈচেলদা নোংজুথাগী মতমদা মীগী য়ুমকৈ লম্ভুম মাঙহন তাকহনবদগীনি।

হদসন তুরেলনা ঐগী ৱাখলবু হেন্না পাকথোক চাউথোহল্লে। ঐগী মিৎয়েংবু শান্না চিংলে। আমেরিকানশিংনা তৎতনা হায়জবা – "তুরেল হায়বসিদি চুম্মগী চৎনবা লম্বী, পোৎচৈ পুথোক পুসিন তৌবা লমগী ঙমখৈ ওইবতা নত্তে। মীওইবনা হেন্না হেন্না থিজিন্দুনা, খঙজিন্নবগী, মীৎয়েং পাকথোক চাউথোকহন্নবগী

খুদোংচাবসু তুরেলনা ফংহল্লিবনি" হায়বদু চুমই হায়না থাজবসু পোকলে।

হদসন তুরেলগী ৱাখলনা ঐবু প্রয়াগকী ত্রিবেনী সঙ্গম তানা চিংদুনা পুবীরে। গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী তুরেল অহুমগী তিন্নফমদুগী তোর্ব্বানদা ভারতকী লিরবা সংস্কৃতিগী, অধ্যাত্মিক্কী মেলা অমা চহি মরী মরী লৈরগা পাঙথোকপা কুম্ভমেলাবু হদসন তুরেল উবদা নীংশিংহল্লে। অনীগী খেন্নবা সংস্কৃতিবু ময়েক লাহল্লে।

ঐনা এলাহাবাদ ইউনিভরসিটিদা লাইরিক তম্লিঁঙেদা ত্রিবেনী সঙ্গমদা কয়ারক হন্না চৎলুরে। সরোজিনী নাইদু হোস্টেলদা লৈমিন্নবী ইমান্নবী খরা হৌনদুনা নোংমা নীনী ছুটি ফংবদা সঙ্গমদা হেক হেক চৎলি। মদুগী মরমদি পাক্লবা ঈপাক অদুগী নীংথিবা ফজবনা ঐবু হেক হেক কৌবদগীনি। তোর্ব্বান অদুদা ফমদুনা মীশিংনা হি তোংদুনা শান্নবদু য়েংদুনা লৈ। আকবর নিংথৌগী মতমদা শাদুনা থনম্বা অকবর ফোর্ট মনুংদা চঙদুনা য়েংবসু য়াওই। নোংমদি ঐহাক ইমান্নবীশিংগা লোয়ননা হি তোংদুনা সঙ্গমগী ঈপাক ইয়াইদুদা চৎলি। আকবর ফোর্টকী ৱাংলবা চেকপল অদুগী ময়ায় চবুক য়ৌনা ঈপাক্কী ঈরৈ অদুনা জম জম য়ৈবদুদা, পীক্লবা হিদুগী হিবাল অদুনা ঈশিং অদুদা লুফেৎ লুফেৎ তৌনা হোন্দুনা চৎপা অদুদা কিবা পোকলকই। ঐগী মিহুলসি দং দং হুল্লকই। ঐনা হি হোনবদুদা হায় – "নাওৱালা হমলোগ জলদি ৱাপস জানা হৈ"। পুং অমা হি হোন্দুনা শান্ননবগী ঈচেলদুগী ফজবা য়েংবগীদমক পৈশা হান্না পিথোকখ্রবনিনা হিহোনবদুদি হরাও হরাও য়ারকখি।

ত্রিবেনী সঙ্গমগী ঈচেলদুনা হদসন তুরেলগীদগী হন্থবা নত্তে। খেন্নবা হায়ববু হদসনদদি মীনা হোনবা হি মচা উদে। ইঞ্জিন পানবা হি মচা, জহাজ ঙাক্তনি মদুদা হোল্লিবা। তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা হদসনগী পাক্লবা ঈমায় অদুদা য়ৈবদা লাইজনা নীক নীক লাউবদুগী মফজদু সঙ্গমগী লাইজ ঈমায়দসু ঐহাক্লা কয়ারক উবা ফংখ্রবনি।

হদসন তুরেলনা, মিসিসিপী মিশৌরীনা আমেরিকাগী সভ্যতা শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবগুম গঙ্গা তুরেলনা ভারততা "ইন্দস ভেলী সিভিলাইজেসন" শেমগৎখ্রিবনি। গঙ্গ, যমুনা, সরস্বতী তুরেল অহুমনা তিন্নদুনা

প্রয়াগতা ত্রিবেনী সঙ্গম শেমলিবনি। মফম অদুদা চহি ৪ খুদিংগী কুম্ভমেলা, চহি ১২ খুদিংগী মহাকুম্ভ মেলা পাঙথোকলিবনি। মদু ভারতকী অধ্যাত্মিকী সংস্কৃতিগী সভ্যতা উখোকপা তোপ তোপ্পা মখলগী মেলানি। তুরেলগী ৱারীনি। মতমদু সঙ্গমগী ঈশিং অদু অমৃত চেল্লি হায়না থাজনৈ। মমাংঙৈ সমুদ্র নৈবা মতমদা লাইগা হিংচাবগা অমৃত চফু মুন্নবগী ৱারী নিংশীংহল্লি। চফুদা অমৃত চেনবা ঈশিং হাপ্তুনা বেদগী মন্ত্র থীদুনা পুজা তৌদুনা কুম্ভ মেলা হৌদোকলিবনি। কুম্ভ মেলাদা পৌষ পূর্ণিমাগী অহিংদা ঈংখ্রবা ঈশিং অদুদা ইরুপ্পরিবনি, ইরুজরিবনি। মদুনা পাপ কয়া কোক্তুনা পুন্য ফংই হায়না থাজরি। মদুগীদমক মী কোটি কয়ানা সাধু সন্ন্যাসী, ভক্ত বৈষ্ণব, অহল নহা, নুপা নুপী খায়দনা সঙ্গমদা মেলা য়াওবা লাক্লরিবনি।

হিমালয় চীংদা তপস্যা তৌদুনা লৈবা মুণি, ঋষি কয়া সঙ্গম তম্না পরেং পরেং লাকই। মখোয়দুবু দর্শন তৌনিংবা, খুরুমজদুনা আশীর্ব্বাদ ফংনিংবা ভক্ত কয়া অমসু মফমদুদা য়ৌরকই।

মীয়াম্না ইরুজরিবা, তীর্থদুদা আরতি কৎলিবা, লৈখিদ্রবা মপা মপুগী আত্মাদা তর্পন কৎনরিবা, অচাকপা বর্ত্তিগী দোনানা পরেং পরেং ঈচেলদা তাউথরিবা, তোর্ব্বানদা মুণি ঋষিনা যজ্ঞ তৌরিবা হোম পীরিবা, ভক্ত বৈষ্ণব যাত্রীক কয়ানা কীর্ত্তন শকলিবা য়েংবদা অঙকপা তোপ তোপ্পা শক্তমনি মেলাদুগী। অদুগুম্বা অধ্যাত্মিকী মেলা অদুদি পৃথিবীগী মফম অতৈগী তুরেলশিংদা, হৃদসন তুরেলগীদা পাঙথোকপা নত্তে।

ত্রিবেনী সঙ্গমদা পাঙথোথলিবা কুম্ভ মেলাদি সুপ্নগী অধ্যাত্মিকী সভ্যতা অদুদা উখোকপদা নত্তে, জাৎ বিজাৎ ধর্ম্ম, শকচু, নহা অহল, নুপা নুপী খায়দনা, বার্ত্তন তৌদুনা কৌরুবা নত্তনা তিল্লবনি মফমদুদা। নুংশি চান্নবা, অমত্তা ওইবগী ৱাখল পোকহনবা কুম্মৈ মখল অমসুনি প্রয়াগকী কুম্ভ মেলানা পীরিবা পাউজেল। মদু তরাই তরাইনা লৌবা য়াবা থৌদোক অমা নত্তে। মতমশাংনা নীংথিনা শেমশাদুনা মেলাদু পাঙথোক্লবা মফমদুগী এদমিনিষ্ট্রেসনননা হোৎনরিবনি। লাক্লিবা মীয়াম অদুগী লৈনবগীদমক আখরা, মান্দপ কয়া শাদুনা থম্লিবনি। থোং কয়া অমা, লম্বী

কয়া অমা নৌনা শেমগৎলিবনি, অনৌবা ঈশিংগী পাইপ লাইন, টিউব ৱেল, ইলেকত্রিসিটি শেমলিবনি। যাত্রীকশিংগী তেক্ত কায়দনবগীদমক্তা হোৎনবিবনি পুলিস অমসুং সিক্যুরিটিগী মীওই কয়া থমদুনা মীয়ামগী সেবাগীদমক মরমদি মসি ভারতকী সংস্কৃতিনি, সভ্যতানি, পরমপারানি। মসি ঙাক্তুনা চৎপা হায়বসি ভারতমচাশিংগী তৌফম থোকপনি।

আমেরিকানশিংনসু ঙক্কা য়েংনরিবা ভারতকী তুরেলগী কুম্মৈনি। মসিনা আমেরিকাগী তুরেলগা ভারতকীগা খেন্নবদুসু তাক্লিবনি। হদসন তুরেলদদি কুম্ভ মেলা তৌবা নত্তে। বিজিনেসকী, হরাও তয়ামবগী কোইবা, মোটোর বোৎ তোংদুনা শান্নবগুম্বদনি তৌরিবা।

*   *   *   *

জুনগী তাং ২৪ দা ঐহাক পিটসবর্গকীদমক নিয়ুয়োর্ক থাদোকলে। আমেরিকান ইগল হায়বা এরোপ্লেন অদুনা অয়ুক পুং ১০ তাবদা জোন এফ কেনেদী এয়ারপোর্টতগী পাইখৎলি। এরোপ্লেন অদু অপিকপনি। মী ৩০ দং তোংই। পাইলোৎ অমগা এয়ার হোষ্টেস নুপীমচা অমগনা মীশিংদুগী দায়িত্ব লৌই। এয়ার ক্রাফট মনুংদা পেসেঞ্জরগী পিজ পীথক তৌদে। ঈশিং গ্লাস অমদি এয়ার হোষ্টেসতুদগী লৌদুনা ঐনা থকই। প্লেন অদু য়াঙনা থৌদে। নেম্মসু পাই। মীহুৎথোংদগী য়েংবদা নিয়ুয়োর্ক অমসুং পিটসবর্গ সহরগী ফজ ফজবা বিলদিং, চীং তুরেল ফেক্তরি, কারনচিংবা উই। ইকুই কুইদনা মিনিট ৪০ গী তুংদা পিটস্বর্গকী কারনেগী এয়ারপোর্টতা থুংলে। মফমদুদসু মেছিননা কম্পুটরনা থবক অয়াম্বা তৌই। মীগী মতেং লৌনিংঙাই ইরৈ লৈত্তে। ইশানা লন্নাই থবক তৌবা তাই।

অবাংবা বিলদিং কাথোক কাশিন তৌবদু লিফট অমসুং এক্সকেলেটরগী মতেংননি। য়াম্না অথুবী, অয়াংবী ঙাক্তনি। মদুদা ঐনা সুটকেশ অমা পায়রগা কাথোক কাশিন তৌবদু ঐঙোন্দদি অরায়বা ওইদে। হৈতে খঙদে হায়বসু মীঙোন্দা খঙহননিংদে।

এয়ারপোর্ট অদুদগী এক্সকেলেটরদা কুমথরগা ট্রেননা লম্বী মতেক অমা অমুক

চৎলে। মদু তেনজৈ য়েক্তুনা ইদুনা লৈরিবদুগী মতুং ইন্দুনা চৎপনি মীগী মতেং য়াওবা নত্তে। গেট মনাক অদুদা নুপী অমনা URI হায়না থাবা চে অমা পায়দুনা লৈরম্বা থেংনরে। পুক্লিংদা নুংঙাইবা অমা পোকই। মী অমদি লৈরেদনা খল্লি। মহাক্কী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ঐনা ইশাবু শকতাকচরে। নুপীদুনা ঐবু কোল্লগা চুপলকই (হগীং)। মানা লমজিংদুনা এয়ারপোর্ট অদুগী মফম অমদা লাকমিন্নরে।

গাইদ ওইরিবা নুপীদু কুচু ঙৌই। তুপী অপাকপা অমা উপই। মচিনবান্দু য়াম্না ঙাংনা লিপষ্টিক তৈ। মহাক মশা পাই। ৱাং চাউবদি ঐনা হেল্লি। ঐখোয় অনী ৱারী শামিন্নদুনা লাকই। মদুদগী খঙবদি মহাক চহী ৬০ শুরে মচা ৬ লৈ। মদুগী মনুংদা হান্নগী নুপাগী মচা ২ নি। অকোনবগী নুপাগী মচা ৪ নি হায়। মদু ফোংদোকপদা মহাক করিসু হঙ্গোইদে। ঐনা হায় ঐহাক চহী ৬৫ শুরে। ইচানুপা অনী লৈ। মখোয় ময়ুম পাল্লে। ইশু নুপা অমমম লৈরে মখোয় অনিগী।

মহাক্লা ঐবু বস ষ্টোপ ফাওবা থিল্লম্লগা ঐখোয়নি বিদায় তৌনরে।

কনফরেন্স অদুদা য়াওবা লাকপা নুপী মরী, নুপা অনী য়াওনা বস অমনা পুদুনা ঐখোয়বু কনফরেন্স তৌগদৌরিবা মফম কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটিগী রংগোজ হোল অদু ফাওবা থিল্লমলে। বস অদু নুপী অমনা থৌরকপনি। মহাক্লা অমুক ঐখোয়বু ভলুনটিয়র ওইরিবা ইউনিভরসিটিদুগী ছাত্র ছাত্রীশিংদা শিন্নরমই।

*        *        *        *

কনফরেন্সতি মথংগী নুমিত্তা হৌগদবনি অতৈ মীসু ইরাক লাক্লদ্রি। অরাকপা মী খরদি পিটস্বর্গতা লৈবা পুকচেল চাউবা মীওই খরনা মখোয় মখোয়গী ময়ুমদা লৈহন্দুনা পিজ পিথক তৌ তৌদুনা অতিথি সেবা তৌগদবনি হায়রে। ঐখোয় অতিথি মরীগী সেবা তৌবিরিবা পুকচেল চাউবা নুপাদুদি মিষ্টর রীচার্দ দবলিয়ু রীদনি। মহাক মবুদ্ধি মরৌশিং খর হনথরবা অঙাংশিংগী স্কুল অমগী দাইরেক্তরনি। মহাক্লা নুপী ঐখোয় মরীবু রংগোজ হোল অদুদগী পিটস্বর্গকী নোর্থ ড্রাইভ, পেরী হিলস্ তানা মাগী স্কুল ভান অদুদা পুরে। মফমদুদা লৈবা মহাক্কী ময়ুমদা পুং ২ রোম লৈরে। ইরু মাইথজরে। চানুং থকলে। অদুদগী অমুক মফম অদুদা লৈরিবা ওজাশিংগী ট্রেনীং তৌফম বিলদিং অদুদা পুদুনা লৈহল্লে।

বিলদিংগী মথকথংবা অমসুং মখাদা নীংথিনা মচাক মথুম য়াওরবা কা ফমুং, মী ফমফম, টি ভি সেট, টেলিফোননচিংবা লৈ। ঐখোয়গীদমক চান থক্লবা হৈ রা বিস্কুট দবলরুটিনচিংবা থনমই। অরাৎ অপা করি করি লৈবগে টেলীফোন্দা হাইবীরকউ হায়দুনা মাগী কার্দ ঐখোয়দা অমমম পীরমলে।

মফমদুদা লৈমিন্নখিবা কনফরেন্সকী দিলিগেট নুপী মরী অদুদি ইন্দোনেসিয়াদগী মিসেস ইবু ওকা, ব্রাজিলদগী লিয়া, আরজেনটিনাদগী রোজালিয়া অমসুং মণিপুরদগী যামিনী অসিনি।

নুমিদাং ফনা থেংবা ফাওবা ঐখোয় ৱারী শাদুনা লৈমিন্নরে। চামিন থকমিন্নরে। মফমদুদা লৈরিবা ইলেকট্রিক ওভন, মাইক্রোৱেভনচিংবদু ঐদি করম্না শীজিন্নবগে হায়বা খঙদে। লিয়ানা মহাক্তি সোসিয়েল ৱার্করনি ঐনা অতৈগী সেবা তৌজরগে হায়দুনা চোংথোকলে। চান্নবদু শাহনবা, কোফী শেম্বনচিংবা মানা তৌরে। মহাক অদু কুচু ঙৌই, মী পীকই। নহা ওইরি। মশাদা লৈতেং শীজিন্নদে। সনা য়ানবা লীক শিবা তৌদে ঐখোয়দৌনা। মদু মখোয়গী চৎনবীনি, খেন্নবনি। মহাক ব্রাজিলদা ইউনিভরসিটিদা ফিলোসোফিগী প্রোফেসর ওইরি। মহাক্না সংস্কৃত তম্ন বা ইন্দিয়াদা থা খর লৈরমই হায়।

আরজেনটিনাদগী রোজালিয়াদি য়াম্না হেন্না নহা ওইরি। লৈশাবী মচানি। মশম কোইনা ককই। ট্রাইবেলনি। কুচু মুই। নেমই। মানা উপ্পা তুপ্পীদুদা উচেক মতু থেৎলি। মখোয়না ইয়োংদা শাবা অরাংবা মচুগী ট্রাইবেল শাল অমা ইল্লি। মহাক্তি ইংরাজীলোল খঙদে। মাগী লোন্দু লিয়ানা খঙই হায়দুনা ঐখোয়না ঙাঙনবা ৱাদু মানা হন্দোক্লুনা মঙোন্দা খঙহল্লি। মানা হায়বা ৱা অদুনা ইংলিসতা হন্দোক্লুনা ঐখোয়দা অমুক তমই। মহাক্না ফোংদোরকপা মতুংইন্না মখোয়দি ধর্ম্মদা থাজদে। থায়নগী ওইবা মহৌশাগী পোৎশকশিং— ঈশিং, নুংশিৎ, মৈবু ইরাৎ থৌনি তৌই হায়। ধর্ম্ম শন্দোকপা চাওখৎলবা জাতিশিংনা মখোয়গী লমদা লাকপিদুনা মখোয় মশেল নুংশি চান্ননা লৈজরম্বা মীশিংবু তোখায়না তাহনবীরে হায়না মানা ৱারৌনা ফোংদোকই।

ইন্দোনেসিয়াদগী লাকপী ইবু ওকাদি মহাত্মা গান্ধীগী ভক্তনি, শিষ্যনি। বালীদা

মহাক্লা গান্ধী আশ্রম অমা লিংখৎতুনা থবক চখবা চহী কুন হেল্লে। মহাক চহী ৭৮ শুরে। শা ঙা চাদে। মহাক অহল ওইরে। মশাসু শোল্লে, অদুবু ইন্দোনেশিয়াদগী পিটসবর্গ তানা কনফরেন্স অদু য়াওবা লাক্লিবনি। মহাক্কী থৌনা শক্তি অদু উবদা ঐহাকপু হেন্না থৌনা হেন্না ফগৎহনবিরে। ইবু ওকাদি ঐঙোন্দা নৌনা থোকত্রে। মহাক্কা ঐহাক্কা শোক ১৯৭৫ দা ৱার্ধাদা উন্নখ্রে হায়বা ৱারী শান্নবদগী খঙনরে। ৱার্ধাদা বীনোবা ভাবেগী আশ্রমদা নুপীগী ওইবা কনফরেন্স অমা অন্তরজাতিগী থাক্তা পাঙথোকখিবা অদুদা শরুক য়ামিন্নখিবনি। কনফরেন্স অদু নুপীগী শক্তি য়াকাইহন্নবগী মতাংদা বীনোবা ভাবেগী আশ্রমদা লৈবা ব্রহ্মবিদ্যা মন্দিরনা শীনবনি। মদুগী থিমনা "ৱুইমেনস পিলগ্রিমেজ টু স্পিরিচুয়েল ফ্রিদম হায়বসিনি।"

আমেরিকাদা পাঙথোকপা শান্তিগী কনফরেন্স অসিদা শরুক য়াবদা ঐখোয় অনী অমুক হন্না উন্নরে। গান্ধীজীগী, বীনোবা ভাবেজীগী মতাংদা ৱারী কয়া অমা শান্নরে। ঐখোয়গী ৱারী অদুনা ব্রাজিলগী, আরজেনটিনাগী, মণিপুরগী, ইন্দোনেসিয়াগী চৎনবি ব্যবহার সংস্কৃতিগী মরমদা খরগী মখৈ পাউ ফাওদোক্লবা ঙল্লে। নহালমখৈদি লমদমশিংদু মেপতদা খঙলম্বনি। কনফরেন্স অদুনা তোঙান তোঙান লমদগী মফম অমত্তদা ঐখোয়বু পুরক্লুনা খঙনহল্লে, নকশিন্নহল্লে, নুংশিনহল্লে। ❑



**দামুদর স্বামী, যামিনী, ইবু ওকা**

# কনফরেন্স হৌবা

মথংগী নুমিৎ তাং ২৫ গী অয়ুক্কী পুং১০ তাবদা নোর্থ সাইদ পেরী হিলস এপার্টমেন্টতগী কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটি তানা রিচার্দনা ঐখোয়বু থিনবীরক্লে। মফমদুদা দাক্তর টি দি সিংহ (দামুদোর স্বামী) উন্নরে। মহাক্কা লোয়ননা ইন্দোনেসিয়া অমসুং আমেরিকাগী মফম অতৈদা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতি উৎলুবা পুংয়ৈবা শ্রীথোকপম রাজেন, মাইবম ইনাওচা, মাইবম মাইপাক অমসুং ভক্ত অজিৎদাসসু য়াওই। সরদার সটনম সিংহ সেটিয়াসু ইউ আর আইগী গ্লোবেল কাউনসিলগী মতেং লৌদুনা মফমদুদা য়ৌরক্লে। ঐখোয় ৱারী ৱাতায় শান্নরে। রেজিস্ট্রেসন তৌরে। ঐখোয় ঐখোয়গী লৈফমদা চঙনরে।

ঐনা লৈবা মফম অদু ইউনিভরসিটিগী ব্রেষ্ট ৱীংগী কা নম্বর ৩৩০ দনি। কা অদুদা সুট অহুম লৈ। সুট নম্বর ৩৩১ দনা মণিপুরদগী লাকপা ঐ, সুট নম্বর ৩৩২ দনা ফিলিপীনদগী লাকপা কেথোলিক নন লিলিয়ান কোরামীং, সুট নম্বর ৩৩৩ দনা লেটিন আমেরিকাদগী লাকপী দোবোরা লাইটনি। লৈমিন্নরিবা ঐখোয় অহুম শক তাকনৈ । অদুবু মখোয়দু ৱারী শাবদা কয়া নুংঙাইতে। চৎমিন্নসি হৌদে। মানা মানা থোকপা চৎনখি। নুমিদাং হঞ্জিল্লকপদা কৌনৈ – মদু 'হাই' হায়বসিদনি।

দামুদোর স্বামী মহারাজনা রেসনীককী কা নম্বর ৫৮৪ অমসুং অতৈনা কা নম্বর ২৩২ দা লৈ। অদুবু টেলিফোননা ঐখোয় মশেল পাউ ফাওদোক্লবা অদুম য়াই।

নুংথিল পুং ৩ তাবদা ফোরমেল ওইবা মওংদা কনফরেন্স অদু হৌদোকই। হৌদোকপগী সভা অদু য়াম্না নুংঙাইবা তোপ তোপ্পা মওং অমনি। পৃথিবীগী লৈবাক ২৫০ দগী লাকপা দিলিগেৎশিংদু কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটিগী ষ্টেদিয়ম মনাক্তা পরেং লেপ্লরে। মণিপুরদগী লাকপা পুং য়ৈবা কলাকার অহুম্না পুং য়ৈরগা লুচিংদুনা ময়ামদু ইউনিভরসিটিগী হোল তম্না চংশিল্লে। ষ্টেজদা কাখৎলগা মখোয়না পুং লোংহুন, উপলৈনচিংবা তৌদুনা পুংখায়মুক পুং

চোলোম উৎলি। মীয়ামগী খুবাক মখোলনা হোলদু পুমনিল নিলখি। আফ্রিকাদগী লাকপা মাসাঙ্কো বান্দানসু মাগী পুংজাও অমা থিন্দুনা ঙহাক অমুক লৈ। অসুম্না সভাদু হৌদোকলে।



Manipur drummers from India announce the birth of the URI at the Pitsburgh, Pennsylvania, USA Charter Signing in June 26, 2000

অদুগী তুংদা দিলিগেৎশিংদু শকতাক্লুরে। অমমম ওইনা শকতাকপদি ওইথোকপা নত্তে। দিলিগেৎশিংদু পৃথীবীগী মফম কয়াদগীনি। আফ্রিকাগী উগান্দা, মালাৱী, নাইজেরিয়া, সিয়েবা লিয়োন, কেপটাউন, জাম্বীয়া, মোজাম্বীক, এসিয়া সব কন্টিনেন্টতগী ইন্দিয়া, পাকিস্তান, শ্রীলঙ্কা, ফিলিপিন, ভিয়েটনাম, সিঙ্গাপুর, থাইলেন্দ, নোংচুপ মায়কৈদগী ইউনাইটেদ ষ্টেট অফ আমেরিকা, ফ্রান্স রোমানিয়া, স্পেন, জর্ম্মনী, ইউনাইটেদ কীংদম, লেটিন আমেরিকা, আরজেনটিনা, অষ্ট্রেলিয়া, সাউথ আমেরিকাদগী ব্রাজিল, মেক্সিকোনচিংবদগী দিলিগেট ২৫০ না শরুক য়াবনি।

সভা অদুগী অশিন অরাং ওইরিবা শকতাকপা নুপাদুগা নুপীদুগনা শক তাকপগী মওংদু য়াম্না নুংঙাইবা নোকনিংবা ফাওহল্লি। মখোয়না হায় – কনফরেন্স অসি য়াওনবা লাকপদা নুমিৎ ৫ নিদগী হেন্না চঙনা লাকপশিং লেপখৎলু।

এরোপ্লেন অহুমলক শিল্লগা য়ৌরকপা কনা কনানো?

বসনা মতেক খর, ট্রেননা মতেক খর, জহাজনা এরোপ্লেনন মতেক খর লাকপশিংদি?

অহিং তুম্না ফংলকতবা, চরা হেন্দুনা লাকপশিং কনা কনানো?

হায়রকপা খুদিং মী ফন য়াম্না হেক হেক মশক তাকই, মাগী মাগী লমদু ময়ামদা খঙহল্লি।

লম্বীদা লাকপদা নশাগী নপোৎ লগেজ মাংহৌবা কনা কনা য়াওই?

আফ্রিকাগী কেন্যাদগী নুপী অমনে, মণিপুরদগী সটনম সিংহ লেপখৎলকপদা ময়ামদু ব্রা নোকই।

ময়ামদা পূন্না হংবা ব্রাহং অমদি –

নখোয়না মতম শাংনা, পৈশা য়াম্না চঙনা, অদুক ব্রানা করিগীদমক মফম অসিদা লাক্লিবনো?

মদুগী পাউখুমদি মীশিংনা শান্তি পাম্বগীনি অমসুং মতৌ করম্না ইউ আর আইনা মালেমসিদা শান্তিগী ইরা খিকপা ঙমগদগে হায়বনা খন্ন নৈনবদা শরুক য়ানিংবদগীনি। মীওইবা জাতিগী য়াইফনবা, মালেমদা শান্তি পুরক্লবা হোৎনবদা থৌদাং লৌমিন্নবগীদমক্তনি।

নুংথিল পুং ৬ তাবদা পিটস্‌বর্গ ইউনিভরসিটিগী কেমপসতা লৈরিবা কেথেড্রেল অফ লারনীংদা দিলিগেৎশিংবু বিসেপসন পীবগী থৌরম পাঙথোকই।

মদুদা শরুক য়ান্নবগীদমক কাবনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটি হোলদগী কেথেড্রেলদু তম্না দিলিগেটশিংদু লাক্লে। মণিপুরদগী লাকপা পুং য়ৈবশিংনা পুং য়ৈদুনা ঐখোয় খরনা করতাল খিংদুনা ময়ামদুবু অম্লক লুচিংলে। কেথেড্রেলগী চংফম লৈরিবা লোন (লম্পাক) অদুদা আফ্রিকাদগী লাকপা Umoja African Arts Company গী কলাকার কাংবু অমনা জগোয় শাদুনা ময়াম্বু ওকলমই। লাক্লিবা মীশিংদুসু চিংশিন চিংশিন্দুনা মখোয়না জগোয়দুদা য়াওহল্লি।

নোংঙানবদদি খবরদা মণিপুরগী পুংয়ৈবা কলাকারশিংগী ফোটোগা কোন্ননা কনফরেন্সকী রিপোর্ট অহানবা লামাইদা ব্রাই চাইরকপা উবদা নুংঙাইবা পোকই। পিকচরবসু মণিপুরগী কলচরদি তোপ তোপ্পনি, মশক নাইবনি হায়না পুক্লিংদা চাওথোকচবা পোকচৈ।

* * * *



সোলজর্স এন্দ সেলর্স বিলদিং মমাঙদা মণিপুরী পুংয়ৈবশিংনা ধোলক অমসুং ধোল য়ৈরি

পেনসিলভেনিয়াদা লৈরিবসি ইউনিভরসিটি অনীনি অমনা কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটিনি। অমনা পিটসবর্গ ইউনিভরসিটিনি। অনীমকতু ইনক নক্না লৈ। কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটিনা এনদ্রু কারনেগী হায়বা মফমদুগী ইনাক খুনখ্রবা নুপা অমনা লিংখৎপনি। মহাক্কী ফোটোদু কা অমদা চাউনা থেৎতুনা লৈ। মহাক অদু ষ্টিলগী বিজিনেজ তৌবা নুপানি। মাগী মরল অদু অফবা মহৈরোই শেমগৎনবগীদমক্তা দান তৌদুনা ইউনিভরসিটি অদু লিংখৎপনি হায়। ইউনিভরসিটি অদুদা মহৈরোই ৩৫০০ রোম লৈ। আর্টস অমসুং কর্ম্মসকী ষ্ট্রীম অনিমক্তা মহৈ তম্বীরি। ইউনিভরসিটি অদুগী পাক চাউখ্রবা কেম্পসতা একাদেমীক বিলদিংস, এলুমনী হাউস, কোলেজ অফ ফাইন আর্টস, স্কুল অফ ইন্দসত্রিয়েল এদমিনিষ্ট্রেসন, জিমনাসিয়ম, লাইব্রেরী, ইউনিভরসিটি সেন্টর, স্টুদিও সেন্টরনচিংবা লৈ। টেনিস কোর্ট, সুইমিং পুল, ষ্টেদিয়ম ফজবা লৈ। অদুগা লোয়ননা রেসিদেন্স বিলদিংমক্তদা কুনহুমদোইনি লৈরিবা। ভিজিটরশিংগী গারী থাফম কেম্পসকী তোঙান তোঙানবা মফম তরেৎ নিপালদা ফজনা শেমদুনা থমই।

প্রিটস্বর্গ ইউনিভরসিটিদনা সাইন্সকী, মেদিকেলগী ষ্ট্রীমদা মহৈ তম্বী। য়ামদ্রবদা চহি ৫-৬ চঙনা মেদিকেল গ্রেজুয়েট ওইগদবনি। এদমিসন ফংবা য়াম্না লুই। অকনবা কমপিটিসন তৌদুনা, চাংয়েং তৌদুনা মহৈরোই খনবনি।

ইউনিভরসিটি অনীমক্তু ওম্নোকনা ফজনা নান্না লূনা লৈ। ম্যুজিক হোল লাইব্রেরী বিলদিং মমাংদুনা চাউনা চাউনা মুর্ত্তি খিন্দুনা লৈ। মদু কনা কনাগীনো হায়বদুদি খঙবা ঙমলকত্রে। চংফমদা ফজনা লৈকোল শেমদুনা, ঈশিং পেরে কাপহন্দুনা থমই।

লৈকোলদা, গমলাদা শাৎলিবা লৈশিং অদু অহিংদা কমপুরটরনা ঈশিং চাই হায়। ইউনিভরসিটিগী কেমপসতদা নত্তে লম্বী শোরোক্কী মতায়দসু লৈ ফজনা শাৎলি পিটস্বর্গ সহরদুদা।

ইউনিভরসিটি অনীদু উরুরগা মণিপুর ইউনিভরসিটিগী ফিভম নিংশীংবদদি পুক্লিং নুংশিরকই। মফম অদুদা লাইরিক তম্লিবা মহৈরোইশিং অদুনা ফংলিবা খুদোং চাবশিং অদুদি মণিপুর ইউনিভরসিটিগী মহৈরোইশিংনা ফংবা ঙম্বা নত্তে।

ঐখোয় পূম্নমক কেথেদ্রেলদুগী মনুংদা চংশিল্লে। মনুংগী ষ্টেজ অদুদা জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপা, তবলা য়ৈবনচিংবা মথং মথং পাঙথোকই পিটসবর্গ সহরদা লৈরিবা তোঙান তোঙনবা কাংলুপকী মীওইশিংদুনা। অথুম অহাও, উহৈ ৱাহৈ ময়াম অমা ষ্টেজদুগী নাকল অমদা থেন্দুনা লৈরমই। মানা মানা চানিংবদু লৌরগা টেবলদা ফমদুনা কুম্মৈদু য়েংনা য়েংনা চানৈ। অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা ৱারী ৱাতায় শান্নৈ।

ঐখোয় খরদি (দামুদোর স্বামী, স্বামী অগ্নী বেশসু য়াওই) কেথেদ্রেল মনুংদুদা লৈবিবা কাশিং অদু য়েংলুসি হায়দুনা পারমিসন লৌরে। ইউনিভরসিটিগী লেকচরর নহা অমনা গাইদ ওইদুনা কাশিং অদু উহল্লে, খঙহল্লে।

কেথেদ্রেল অফ লায়নীংগী বিলদিংদুগী ফজবা, চাউবা চীংলেম্বা মওংদু উবদা অঙকপা পোকই। য়ুন্বীমখোং অমমম্মা চাউরিবা ৱাংলিবা করম্নবু শারিবা য়ুমসাবশিংদুনা। পৃথীবীদা মমিং চৎপা লৈবাকশিং জর্ম্মনী, ফ্রান্স ইটালি, আমেরিকা, জাপান, ইন্দোনেসিয়া ইন্দিয়াগী য়াওনা মনুংদা কা অমমম মদুদা লৈ। কাশিং অদুদা লম লম অদুগী মৈহৌরোনগী মতমদা খুন্দাদুনা লৈরম্বা মীশিংগী য়ুম্বাল কৈবালগী মওং মীশিংগী ফিজেৎ লাকচেৎ চৎনলোল কলা সংস্কৃতিগী শক্তমদু লাই ওইনা য়েক্তুনা থেৎলি, মুর্ত্তি ওইনা শাদুনা, থমই। ময়ায়দুদনা লম অদুগী লোল অদু তম্বা ছাত্রশিংগী ফম্নবা টেবলনচিংবা ওজানা লেকচর তৌবগী তাকপগী বোর্দনচিংবা লৈ। গাইদ অদুনা য়াম্না ফজনা ঐখোয়দা লেকচর তৌদুনা পূম্নমক অদু খঙহল্লি। কাশিং অদুবু ফজ ফজনা লৈতেংলিবা পূম্নমক লোইনা তেনথ্রবা মতম অদুদা চঙদুনা য়েংবদা লোইবা ঙম্বা নত্তে।

পূম্নমক অদুবু শানবা, শেম্নবা, ঙাক্লনবা শেল পুথোকলিবা এন্দ্রু কারনেগী-অয়েকপা চিত্র অমা থেৎলিবদু য়েংলগা মাবু হন্না হান্না পুক্লিংদা থাগৎলদুনা হল্লকই।

* * * *

ঐহাক ভারতকী মফম কয়ামুকতা কনফরেন্স য়াওরুবগী খুদোংচাবা ফংখরে। ভারতকী ৱাংমদা চৎতুনা য়াওবদি হন্দক্কীসিনা অহানবনি। আমেরিকাদা

পাঙথোকলিবা গ্লোবেল সমীৎ ২০০০ অসিদা করম্না শিল্লি লাংলিবগে হায়বদুদা কৃপ্না খঙনিংখি। অদুনা কৃপ্না য়েংশিল্লি।

ইউ আর আইগী গ্লোবেল কাউনশিলগী হেদ ক্বাটরদি সানফ্রাসসিকোদনি। গ্লোবেল কাউনশিলগী একজিক্যুটিভ মেম্বরশিংনা সানফ্রাসসিকোদগী পিটসবর্গতা লাক্লগা মফম অদুগী মীওই কয়াগা খুৎশম্নদুনা মদু শিললাংলিবনি। থৌবুশিংদুনা ওন্থোকনা মথৌ চিন্না কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনৈ। ঙহাক লৈতনা চত্থগদবা প্রোগ্রাম লাউথোক্লুনা ময়ামদা খঙহল্লি। খন্ন নৈনবগী মীফমদু জুলাই ২৬ কী অয়ুক্তগী হৌই। গ্রুপ মচা মচা খায়দোক্লগা মদুগী লিদর অমমম খল্লগা খন্নৈনবদু অমুক অপূনবা সভাদা পাউ তমই।

খন্ন নৈনবদু চত্থনবা ইউনিভরসিটিগী রঙ্গোজ হোল অদু ঙহাক্তদা উপাক শৎ শৎ চিংশিন্দুনা কা ৩-৪-৫ থোক্লা খায়দোকই। ময়ামনা চা থকপা থোকখিৱৈদা অমতা অমুক ওইনা শেমদোক্লগা চৌকী কোয়না থাদুনা থমই। ময়াম পূন্না ফমিন্নরগা গ্রুপশিংনা পুখৎলকপা মোৎ অদু লিদরশিংদুনা পাউ তমই। থৌশিল পুরিবা পুরিবীদুনা ব্রাফমদু বোর্দতা ইদুনা ময়ামদা খঙহল্লি। মদুদা ব্রা ঙাংগে হায়দুনা খুৎ থাঙ্গৎনৈ। ব্রা ঙাংবদা মতম শাংনা লৌবা য়াদে। ব্রাচোই য়াওদনা মচং ওইবা ব্রাদুতা হায়বগী খুদোংচাবা পী। ব্রা শাংনা ঙাংদুনা মশক তাক্লবা অহৈ অশিং উৎলকপা য়াওরবদি ময়ায় ফল্লিবদুনা হেক হেক ব্রাতেমলকই।

নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা ইউনিভরসিটিগী আর্টস এন্দ ম্যুজিক হোলদা ইউ আর আইগী চার্টর সহী তৌবগী থৌরমদু পাঙথোকই।

মদুদা শরুক য়াননবগীদমক দিলিগেৎশিংদুনা মাগী মাগী নাৎকী ফিজোল শেৎ চারদুনা লৈ চবুল অমমম পায়রদুনা মফমদু ফাওবা পরেং শানা চৎলি। মণিপুরগী দিলিগেৎ ওইবা নুপী ঐনা ফনেক ইনফি শেৎ ইল্লে, নুপাশিংনা কোকয়েৎ য়েৎ ফৈজোম শেৎলগা পুং য়ৈদুনা করতাল য়ৈদুনা মফমদু য়ৌনা চৎপদুদা লম্বী চৎপা অউবশিংনা ঙকনা য়েংনৈ। হোলদু য়ৌরবদা মীয়ামদু পূন্না হরাওবা ফোংদোকমিন্নদুনা মৈতৈ পুংগী চোলোমগী পুংখোলগা চান্ননা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা, মশা নিকতুনা জগোয় শাগৎলে। মহা কুম্মৈনি ময়ামদুনা তৌরিবদু। দিলিগেৎশিংনা

পুরকপা লৈ চবুনশিংদু শান্তিগী যুম্বীদুদা কৎলে।

সহী তৌরমদাইদা অমুক হন্না ষ্টেজদা মণিপুরগী পুং চোলোম অমুক হৌরে, মোইবুং খোঙগৎলে। দামুদর স্বামীজিনা নট সংকীর্ত্তন ঈশৈ শকলে। শকলমদাইদা ঈশৈদুগী অর্থ হন্দোকতুনা ময়ামদা খঙহল্লে। শকখিবা ঈশৈ অদু স্বামীজিনা ইরগা মশানা ছন্দ পানবনি। মদুদি –

পুল্লপনা, নিমিন্নসি পুল্লপনা
ঐখোয় পূন্না চঙমিন্নসি ভগবানগী মফমদা।
লোল কুচু খেন্নরবসু মচা মনাই ঙাক্তনি
পুল্লি পুন্নমক মাগী প্রেমগী লংলানা
থোঙগী সহর পিটসবর্গতা
ঐখোয় পুন্নমক পুন্দুনা ইউ আর আইগী সহী তৌরেদে
মীরোল মীরোল কয়াদা শোন্নগনি পুন্নমক্কা
মমল নাইদ্রবা খুদোলনি, মীওইবগী অনৌবা আশানি
হন্না হন্না প্রার্থনা তৌমিন্নসি, অশোয় অঙাম লৈতনা
পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা শান্তিগী খুঙ্গং লৈহন্নবা
ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি

অদুগী তুংদা ইউ আর আইগী একজিক্যুটিভ দাইরেক্তর ওইরিবা রেভরেন্দ কোনোন চার্লস গীভসনা ময়াম্বু তরাম্না ওকলে। মফমদুদা ময়াম্না চার্টর সহী তৌগদৌরিবদুগা মরী লৈননা ব্রাফম খর থম্লবা তুংদা ময়ামনা ইউ আর আইগী চার্টরদু সহী তৌই। অদুগী তুংদা অমুক ময়াম্না চেদা ইবা লাইশোল অমা অমুক পামিন্নরে।

# UNITED RELIGIONS INITIATIVE

We, people of diverse
religions, spiritual expressions
and indigenous traditions
throughout the world,
hereby establish
the United Religions Initiative
to promote enduring, daily
interfaith cooperation,
to end religiously motivated violence
and to create cultures
of peace, justice and healing
for the Earth and all living beings.

GLOBAL CHARTER SIGNING • JUNE 26, 2000
PITTSBURGH, PENNSYLVANIA, USA

# An Appreciative Litany

*Celebrating the Charter Signing of the*
*United Religions Initiative June 26, 2000*

TO BE READ SLOWLY IN UNISON, WITH A BELL RUNG BEFORE EACH STANZA

Awake sisters, brothers awake! Sons and daughters,
Mothers and fathers, the family is here!
We come from north and south,
We come from east and west, from mountains and plains,
From islands, green forests, hamlets and huge cities,
We come to join the whole family.

Say a blessing for the human family reborn today!
Say a blessing for your story, for mine, for theirs!
Say a blessing for every story told new today under this tent –
Tales of a family with roots everywhere, with spiritual resources deeper than words,
With diversities no one imagined, no one – till we met, strangers
Who recognized each other with our first stories.

Accept a blessing from the Names we bring, hundreds,
Thousands of names for what is most precious to us –
*Adonai. Allah, Brahma. Buddha, the Christ, the Spirit, the Tao,*
*Father Sky & Mother Earth*... Precious names, sacred names,
And many, many more become our blessings for each other,
Offered and accepted in wonderment at love's infinite directory.

We claim this site as sacred space – a place of humble thanksgiving,
A place safe for imagination and fearless with the future,
A place for best memories inspiring best visions of a world
We're willing to work for and celebrate every morning.

We claim this site as sacred space a furnace forging a new peace
Among all peoples, a peace inspired by the best impulses of our traditions,
A peace empowered in understanding that our differences *honor* the One we
worship, the reality we seek.
Hearing your best and mine – listening like family listens,
Opens our hearts to appreciation and thanksgiving for us all.

Thanksgiving is our blessing, then, sustaining us as we wend
Our ways home after the last story, eager to share new possibilities
With family members who could not come today. Their stories wait
To be told when we return, and will enrich anything good we have done.
Om Shanti, Shalom, Salaam – the peace which passes understanding
Our shared heritage, is deeper and wider than we knew,
Allowing Joy the final word.

অদুগী তুংদাময়াম্না মেডিটেসন তৌমিন্নে। গান্ধীজিগী সেবক, ইন্দোনেসিয়াদা গান্ধীগী আশ্রম লিংদুনা চংঙারবা চহি ৭৮ শুরবী মিসেস ইবু গেদোং বেগোজ ওকানা মেদিটেসন তৌবদু লুচিংহল্লি।

ইবু ওকানা মামিৎ উষ্টাশল্লদুনা হায় – "ঐগী ওইনদি মেদিটেসন হায়বসি লাইশোলনি। ঐনা ময়ামগী ওইবা লাইশোল অমা শোঞ্জগে মদুদা মযামসু য়াওবিয়ু হায়রগা মহাক্না তপ্না তপ্না অসুম্না হায় –

| | |
|---|---|
| অসতো মা সদগময় | - Lead me from unreal |
| তমসো মা জোর্তিগময় | - Lead me from Darkness to light |
| মৃত্যো মা অমৃতং গময | Lead me from Death to Immortalely |
| ওঁ শান্তি শান্তি শান্তি | - Om Peace, Peace Peace |

অহুমমলক হন্না লাইশোলদু শোনমিন্নরে।

শান্তিগী কনফরেন্স অদুদা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা অযুক অঙনবদা ব্রেষ্ট ৱাংগী গ্রাউন্দ ফ্লোরগী কা অমদা মেদিটেসন তৌবগী থৌরাং তৌই। য়াওনিংবা মীনা মদুদা শরুক য়াই। মদুদা নোংমনা ব্রহ্মকুমারীনা, নোংমনা বাহাইনা, নোংমনা খৃষ্টাননা, নোংমনা সিখনা লুচিংদুনা মেদিটেসন হেক হেক পাঙথোকই। মেদিটেসনগী তুংদা ব্রেক ফাষ্ট লৌরগা কনফরেন্স হেক হেক চৎখে।

ব্রেক ফাষ্টকীদমক শিল্লি লাংলিবশিংনা য়ারিবা মখে মখল মথেলগী চান্নবা ময়াম অমা থেন্দুনা থমই উহৈ ৱাহৈ যঙ্গোম, সিরিয়েল, শা, য়েরুম, ব্রেদ অতৈ অতৈ। মানা মানা পান্দা পোৎ লৌদুনা চানৈ। চাক ইঙ্গাং হৈনবা ঐঙোন্দদি মযামদু ইহৈ হৈনদে।

* * * *

নুমিৎ মঙানি চুপ্পা কনফরেন্স অদুগী অয়ুক্কী নুংথিলগী তোঙান তোঙানবা সেসন লৈ। মদুদা তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কগী লাকপা মী অনীদং মরীদং, তরাদং উন্নদুনা ৱাৰী শান্নহন্নবগী তাঞ্জা পী। মদুদা মীশিং অদুনা অমগা অমগা ৱাৰী

শান্নহনদুনা হেন্না নকশিননহল্লি।

মী অনীদং ৱারী শান্নবগী মতাংদুদা মণিপুরদগী লাকপা চিকাগোদগী লাকপা ঐগা বোব কা ৱারী শামিন্নৈ।

বোবতি কুচু ঙৌবা, চাউশাংবা নহানি। মহাক নোকমি নোকমি তৌদুনা ৱা তপ্লা তপ্লা ঙাংই। অদুনা মহাক্কা ৱারী শাবদা পাউ ফাওনবা ঙমই। অয়াম্বা আমেরিকানশিংনা ৱা ঙাংবদা মখোয়গী প্রননসেসন, একসেন্ট অদু ঐখোয়গা খেন্নবনা খঙবদা ৱানা থোকই।

মহাক্কা ৱারী শান্নবদগী খঙই – মহাক পারলিয়ামেন্ত অফ রিলিজনগী বোর্দ অফ ট্রষ্টীগী মেম্বরনি। মহাক্না হোৎনদুনা খৃষ্টান কেথোলিক অমসুং খৃষ্টান প্রোটেসটেন্টশিংবু ফমিন্নদুনা ৱারী শান্নহন্নবা, মখোয় মশেলগী মরক্তা নুংশি চান্নবা পুরক্নবা ৱাকশোর্প কয়া শিনলাংখ্রে।

ঐহাক অসি মণিপুরদগীনি হায়না শক তাক্লবা তুংদা ঐনা হায় – “ঐদি নুপীশিংগী ফিভম ফগৎহন্নবগী থবক্কা মরুওইনা লৌখৎলি। ঐগী শিনফমদি ওজানি। নুপীশিংদা লাইরিক তম্বীবগা লোয়ননা, লাইরিক ইদুনা, লেকচর তৌদুনা মরু ওইনা মণিপুরগী নুপীগী মশক তাক্লবা হোৎনৈ। ৱারী অসুম শান্নবদুদা ঐনা মঙোন্দা মণিপুরগী শান্তি রক্ষাগী ফিভমগী মতাংদসু খঙহল্লমই লোয়ননা মণিপুর ইউ আর আই কোওপরেসন সার্কলনা লৌখৎলিবা প্রোগ্রামনচিংবসু খঙহল্লি। মানা ঐবু চিকাগোদা পারলিয়ামেন্ট অফ রিলিজনগী মীফমদা য়াওনবা বার্ত্তন তৌরকই। ঐনা হায় – ঐগীদি পৈশা লৈতে। আমেরিকাদা লাকপদি পৈশা য়াম্না চঙই।

ঐনা অমুক নিংশীংই – মতৌ করম্না স্বামী বিবেকানন্দনা চিকাগোদা চৎতুনা, পারলিয়ামেন্ট অফ রিলিজনগী মীফমদা শরুক য়ারুবা। মাগী ৱাঙাংনা পৃথীবীগী ধর্ম্মশিংগী মীওইশিংবু শুমহৎখিবা! মহাক্ননি ভারতপু, হিন্দু ধর্ম্মবু আমেরিকাদা মশক খঙহনখিবা!

পৃথীবীগী তোঙান তোঙানবা মফমশিং আফ্রিকাদা ইউরোপতা, বুদাপেষ্টা, বোসনিয়াদা, জর্ম্মনীদা, ফিনলেন্দদা, মোসকোনচিংবদা থোকলিবা হিংসাগী গ্রুপ

ৱারীশিং, লোয়ননা ইন্দিয়া পাকিস্তানদা মুক্করিবা, লেটিন আমেরিকাদা ব্রাজিলদা, নেদরলেন্দদা, নাইরোবীদা সানফ্রানসিকোদা, মোজাম্বীকতা থেংনরিবা কনফ্লিক্টশিংদুগী মরমদসু অপূনবা সভাদা পাউদম্লবদগী খঙবা ঙমলে।

হৌজিক্কী মতমসিদা পৃথীবীগী মফম অয়াম্বদা শান্তি লৈত্রে হায়বসি তশেংলে। অদুমক্তনা শান্তি করম্না পুরক্কদগে হায়বগী খন্ন নৈনবদা শরুক য়ান্নবা মী কয়ানা পিটসবর্গ তানা লাক্লরিবনিকো হায়না খল্লকই। কনফরেন্স অদুদা ময়াম্না ৱারেপ লৌই — মালেমদা শান্তি পুরক্লবা ঐখোয়না ধর্ম্মগী মিংদা খৎন চৈনবা, হিংসা থোকহনবা, লাল তৌনবা তোকলসি।

নুমিৎ খুদিংগী সভা হৌদোকপদা ধর্ম্মগী লুচিংবা অমমমনা লাইশোল শোল্লি। অদুগী তুংদা হৌখিবা নুমিৎতা খন্নখিবদু অমুক নিংশীংনৈ। তাং ২৭ তা খন্ন নৈনবগী হিরমদি রিজনেল গ্লোবেল ষ্টাফীং অফ ইউ আর আই, পার্টনরস ইন লিদরসিপ, ফন্দিং এন্দ ফাইনানসিং, কম্যুনিকেসন, নোলেজ অমসুং এমপাৱারমেন্ট হায়বসিদনি।

তাং ২৮ গী সভা হৌদোকপদা বুধিষ্ট লম্বোইবা-অমনা লাইশোল শোল্লি। নুমিৎতু খন্নবা হিরমনা ইন্টরফেত পীষ বিলদিং অমসুং কনফ্লিক্ট রিজোলুসন হায়বসিনি। গ্রুপ মচা অমগী লিদর ওইম্না ঐবু খল্লে। ঐখোয়গী গ্রুপ অদুদা য়াওখিবশিংদুদি সাউথ আমেরিকাগী কোলোম্বীয়াদগী লাকপা জেমী ভেলেজ কোরিয়া, ৱাশিংটনদগী মেরী এলেন গেলোর্দ, ওক্সফোর্দতগী মেরী ব্রেবুক, পাকিস্তানদগী আল্লামা ফতেহ্ চিষ্টি। পাকিস্তানদগী লাক্লগা আমেরিকাদা খুন্দাদুনা লৈরিবা ইফটেখর হৈ, মেক্সিকোদগী জোনাথান রোজ অমসুং ইংলণ্ডদগী জোৱান স্কোবাকনি।

ঐখোয়না খন্নরগা য়ান্নখিবা ৱাফমদি জষ্টিস ফোর ইনজষ্টিস, পুরক্কদবনি। ভাব তান্নদবা, মুক্লবা লৈবা খুদিং ৱারী ৱাতায় শান্নদুনা ভাব তান্নদুনা লোয়শিনগদবনি। নুপী অঙাংদা ওৎ নৈবা, হিংসা শীজিন্নবা তোকতুনা সমাজদা অহিংসাগী কলচর অমা শেমগৎকদবনি। ধর্ম্ম খুদিংমক অমনা অমবু ব্যবহার তৌনগদৱনি।

খুদিংনা ব্রাহং অমমম পুথোকনৈ। ঐখোয়গী গ্রুপনা পুথোকপা ব্রাহংদি – "হাও ইজ দি ইউ আর আই টু এড্রেশ দি রুটস অফ ভাইওলেন্স অসিনি।

নুংথিলদনা দাঃ টি দি সিংহ (দামুদর স্বামী) না কনভেনর ওইবা গ্রুপ অদুদা ঐহাক শরুক য়ারে। খন্ন নৈনবদু সাইন্স এন্দ রিলিজন হায়বা হিরমদনি। দাঃ টি দি সিংহনা মোৎ পিবদুনা খন্নবদু হৌদোকই – মানা হায় – হৌজিক্কী বিজ্ঞান চাওখৎলকলবা মতম সিদা বিজ্ঞাননা পুথোকপা খুৎলাইশিং মীশিংনা হাৎন শুনবদা লালদা শীজিন্নে। ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনসু ভাব তান্নদবদগী অমনা অমদা ইনশিন্দুনা খৎনহনবা লাল থোকহল্লি। অদুনা সমাজদা শান্তি লৈতবা ওইহল্লে। বৈজ্ঞানিক অমসুং ধর্ম্মগী লুচিংবশিংগী ওইবা ইউ আর আই কোওপরেসন সার্কল শেমগৎপা লোয়ননা গ্লোবেলগী ওইবা শান্তিগী খুঙ্গং অমমমসু শেমগৎপা দবকার ওই হায়না সজেসন পীখি।

অরোইবা নুমিৎকী অয়ুক্কী সেসনদা গ্রুপ অহুম থোক্লা খায়দোল্লগ্য খন্ন নৈনৈ। সাউথ ইষ্ট এসিয়াগী মী মখৈগী গ্রুপ অদুদা ঐহাক শরুক য়াই। গ্রুপ অদুগী কনভেনরনা দিল্লী ইউনিভরসিটিগী প্রোফেসর মহিন্দর সিংহনি। শরুক য়ারিবশিংনা মখোয় মখোয়না থেংনবা সমস্যা কয়া পুথোকনৈ, মদুবু সোলভ তৌদুনা শান্তি করম্না পুরক্কদগে হায়বদু ময়ামদা খন্নে।

ঐনা হায় – "ঐখোয়না পৃথীবীদা শান্তি পুরক্নবগী ব্রা অসিদা খন্নরি। অদুবু ঐনা হায়নিংবদি ঐগী ঐগী ইমুংদা শান্তি লৈত্রিবমখৈ ঐখোয়না করম্না পৃথীবী পূম্বগী ওইবা শান্তিগী ব্রা খল্লুবা ঙমগদগে? হৌজিক ঐগী ইরমদম মণিপুরদা খান্বী মৈহৌরি। শুফম নোমফম লৈতে, শেল থোকফম লৈতে। লাইরিক লাইশু হৈরবা নহাশিং নিংবা কায়। মফমদুদা ইনসরজেনসি লৈ। মদু নমথনবা আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাৱার এক্ট চলাইরি। আর্মী পেরামিলিটরী ফোর্স মফমদুদা কৌশিন্দুনা লৈঙাক শাসন পাইবশিংনা ইনসরজেনসি নমথনবা কন্না হোৎনরি। কোম্বীং ওপরেসন চৎখরি। মদুদা নুপী অঙাং মীচম প্রজা কয়ানা অৱাবা নংলি। নুপী অঙাংদা ওৎনৈবা, রেপ, মোলেষ্টসন তৌবগী থৌদোক কয়া থোকলি। মসিদা ইউ আর আইনা করি তৌবা য়াবগে?

মহিন্দর সিংহনা থুনা রুলিং পিরকই – “মদু নখোয়গী প্রোব্লেমনি। নখোয়না মদু সোলভ তৌজগদবনি। ঐখোয়দি গ্লোবেলগী ওইবা ইসুদা খন্নগদবনি” অসি হায়রগা অতোপ্পা দিলিগেৎ অমদা ব্রা ঙাংনবগী তাঞ্জাদু পিখ্রে।

ঐহাক য়াম্নদি নুংঙাইত্রে। অদুবু তুমিন্না লৈবা তাখি। খন্ন নৈনবদু লোয়শিল্লকপগী তাঞ্জাদুদা কনভেনরনা মাগী মোৎ পীরকই। মতাং অদুদা ঐহাক তুমিন্না লৈবা ঙমলকত্রে। ঐনা খোঞ্জোও থাদুনা, মরক খৎলদুনা হায় – “মিষ্টর মহিন্দর! ঐনা মফম অসিদা লাকপগী মরমদি ধর্ম্মগী মিংদা, শান্তি পুরক্লবগীনি হায়দুনা নুপী অঙাংগী হক মাংহনবিরিবা, মশিং য়ামদ্রবা কাংলুপকী ব্রা তাবিদবা কয়া অদু শন্দোকনা মচা খায়না নৈনরকপা অসিগী ব্রা কয়া ফোংদোকনিংবদগীনি ঐনা খল্লুই – “ইউ আর আইনা নুপীগী অধিকারগী, মখোয়গী তুংগী আশাগী মতাংদা ব্রারেপ খর শোয়দনা লৌগনি হায়না। মদুমক নত্রগসু মীফম অসিদা ঙসি তিল্লিবা ঐখোয়না ভাইওলেন্স এগেনষ্ট রুইমেন ইন মণিপুর এন্দ এলজহোয়রবু কনদেম তৌইদসু হায়য়ুনা”।

ময়ামদু তুমিন্না লৈ। মুরুম মুরুম শোন্নে। চুমই চুমই হায়বসু য়াওই। মতুংদা অপুনবা সভাদা ইউ আর আইগী প্রেসিদেন্টনা দাইরেক্তরনা ইউ আর আইগী প্রিনসিপলবু শন্দোকনা মচা খায়না নৈনরকপা অদুদগী খঙবদি মদুদি ইউ আর আই হায়বসি অচৌবা ব্রারেপ লৌবা, ব্রায়েন তৌবা মীওই খরনা চলাইবা সংস্থান অমা ওইনা খ্বাইগী মকোক্তা লৈবা নত্তে। লম লমগী ওইনা কোওপরেসন সার্কল শেমদুনা লম অদুনা থেংনরিবা সমস্যা অদু মতৌ করম্না থেংনগদগে হায়না হোৎনজগদবনি। অতৈ কোওপরেসন সার্কলদগী মখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং, ব্রাখলগী মতেংদি পাউ ফাওনদুনা লৌবা য়াই।

ইউ আর আইগী প্রিনসিপল, পরপজবু মুন্না খঙবা ব্রাৎপদগী ঐনা মহিন্দর সিংহদা ফোংদোকখিবা মতৌ অদুগীদমক ঐহাক ইতোমতা কোনথংদা ইকাইজরকই।

খন্নবদুগী মখা চত্থরকপদা পাকিস্তানদগী লাকপা আল্লামা ফতেহ চিষ্টিনা হায় – “ঐখোয়না লাইশোল তৌরগা করি তৌনগনি? অদুগী শরুক প্রাকটিকেল

ওইবা থবক খর লৌখৎলসি।”

ইন্দোনেসিয়াগী ইবু ওকানা হায় — “ঐখোয়না ৱাদা পংঙাং ঙাংদুনা লৈ। থবক ওইনদি ইতৌ তৌদে। ঐখোয়না অচুম্বা ঙাংলবা, অচুম্বা থবক তৌরবদি অৱাবসি খরদি হন্থগনি। ঐখোয়নবু তৌগে নিংলবদি ঐখোয়না কনাবু কিরুগনি? অসিনি মন্ত্র হায়বদু।”

আর্য্য সমাজগী স্বামী অগ্নীবেশনা হায় — “ঐখোয়না চিন্দনা লাইশোন শোল্লগা নমথাক তৌবগী মহুত্তা মীওইবা সমাজগী মরুওইনা অঙাং অমসুং নুপীদা তাথি তাওইনা তৌবীবা, ওৎপী নৈবীবা, পীকলিবা অঙাংবু নমদুনা থবক শীজিন্নদুনা মখোয়গী হক মাঙহনবিরিবা কয়া অসিগী মায়োক্তা থবক লৌখৎতুনা সোসিয়েল জষ্টিস পুরক্লবা হোৎনসি। অসিগীদমক মীশিংবু ভাব তাহনসি। ইউ আর আইগী ফজরবা পাউজেলশিং অসিবু মীয়ামদা খঙহন্দুনা ময়াম পূন্না চংশিনমিন্নবা ঙম্লবা নুমিৎ ৭২ গী ওইবা পৃথিবী শিন্থুংনা তীর্থ যাত্রা (সেভেনটি টু দেজ পিলগ্রিমেজ) অমা শিনসি। মদু করম্না ওইথোকপা য়াগদগে খন্নসি।”

অরোইবদা ময়াম্না য়ানখি — ঐখোয়না ধর্ম্ম, জাতি, নুপা নুপীগী খেন্নবা থমলোইসি সমাজদা অরানবা তৌরকপদা ঐখোয়না য়ানিংদবগী খোল্লাও লাউবা তাই। হৌরকলিবা ইচা ইশুদা মীপুম তিংনা নুংশি চান্নবগী ৱাখল্লোল পোকহনবা ঙম্লবা শিক্ষা পীবা তাই।

কনফরেন্স অদুগী য়াম্না নিংশীংনিংঙাই ওইবা নোকনিংবা পোকপা মতাং অমা য়াওই। মীশিংদু অমগা অমগা ৱারী ৱাতায় শান্নহন্নবা, অমগা অমগা খঙনদুনা হেন্না নকশিনহনবদা ইউ আর আইনা মতৌ করম্না মদু মীয়ামগী ৱাখল চিংশিন্দুনা মখোয় মশেল পাংনবগীদমক শেম্বা প্রোগ্রাম অমনি।

মদুগীদমক দিলিগেৎশিংদুদা অপাকপা চেবাং অমমম য়েল্লে অদুগা অসুম্না হায়রে — “চেবাং অদুদা ইউ আর আইগা মরী লৈনবা ৱাফম অমমম ময়েক চাউনা ইরো। চেদুগী ময়ায়দুদা হোগায়রগা নকোক থিংজিল্লো। অদুগা ইরিবদু থবাক্তা য়ান্দুনা হোল অসিদা কোয়চৎ চৎলো। নংনা নংনা ইরিবা অদুগা মান্নবা, মরী লৈনবা য়াওরবদি মীদুদা ফমিন্নদুনা ৱারী শান্নরো। নখোয় নখোয়না য়ানবা

ব্রাফমদু সভাদা তন্নরো।

অচৌবা ক্রেয়োন পেনসিল অমনা মানা মানা পাম্বদু ফোংদোক্লুনা চেদুদা ইনরে। চেবাং হোগায়দুনা মঙকশমদা মদু য়ান্দুনা দিলিগেৎশিংদুনা মফমদুদা খবরগী হোক্করগুম্না কোয়চৎ চৎনরে। ঙহাক্তি মফমদুদা কোইরাং লাংই।

ঐনা – "ফন্দিং ফোর দি দিভেলপমেন্ট অফ রুইমেন সি সি। নাকল অমরোমদনা সেয়ারিং আইদিয়াজ এন্দ লিংকীং"। অসুম হায়না ইবে।

মখাদা ঐগী মিং – যামিনী চোংথাম মেম্বর ইউ আর আই সিসি মণিপুর (ইন্দিয়া) হায়না ইরগা চেদু ঙকতা হুকচিন্দুনা কোইচৎ চৎলে। ঙহাক লৈরগা ঐগী নাক্তা নুপী অমা চংশিল্লকই। মহাক অদু নেদরলেন্দদগী এনী আইবেনস ফ্রানসেননি। মহাক অদু নুপীগী চাওখৎপা পুরকপগী মতাংদা রিসার্স তৌবিনি। মানা ঐগা ব্রারী শামিন্নসি হায়দুনা খুৎ পায়দুনা পুরে। হোলদুগী মতায় অমদা ফমিন্নদুনা ব্রারী শামিন্নরে।

মহাক চহি কয়াদগী অন্তরজাতিগী ওইবা কনফরেন্স কয়াদা শরুক য়ারুরে হায়বসি ব্রারী শান্নবদুদগী খঙই। মহাক্না নুপীগী হক মাঙহনবগী নুপীদা তাথি তাওইনা তৌবীবগী মায়োক্তা ইদুনা, সেমিনার কনফরেন্সতা চে পাদুনা ফোংদোকলি। মানা ইবা রিসার্সকী চে অমা ঐঙোন্দা পীরকই। মতুংদা ঐখোয় পাউ চৎনসি হায়রকই।

মাগী চে অদু পাবদগী খঙই – মদুদি খৃষ্টান ধর্ম্মনা বাইবলনা নুপাগা নুপীগা মান্নে হায়দুনসু নুপীবু করিগী প্রিষ্ট ওইহনবা য়াদ্রিবনো হায়না এলিজাবেথ কেদি স্টৈনটননা খৃঃ ১৮৯৫ দা ফোংদোকখিবদু এনীনা শৌগৎলি। ইউ এন ওনা নুপীদা রাইট কয়া পীরবসু লমদম খুদিংদা, ধর্ম্ম খুদিংদা নুপীবু তন্থবা থাক্তা থমই। মদু তৌবোইদবনি হায়বসিনি এনীনা ফোংদোকলিবদু। মহাক্না লেপ্পা লৈতনা কন্না হোৎনবদগী মযামনা মহাকপু মশক খঙদুনা সানফ্রানসিসকোদা কৌদুনা ইউ আর আইগী চার্টর শেমগৎপদা মহাকসু শরুক য়ারুবনি।

ঐখোয় অনীনা ব্রারী শারিবঁে তাঞ্জাদুদা আফ্রিকাগী মালাব্রী হায়বা মফমদুদগী লাকপা ব্রাং চাউখ্রবা, মুশিন মুবা নুপা অমা ঐখোয়গী নাক্তা চংশিল্লকই। মাগী

মণ্ডক্তা য়াল্লিবা, চে অদুদা ইরি – "পারটিসিপেসন অফ ৱুইমেন ইন ইউ আর আই"। মানা ঐখোয়দা হায়রে – "ঐসু নুপীগী য়াইফনবা খনবা মীনি। নুপীগী মরমদা খনবা ঐখোয় অহুম লেঙ্গোন্নদুনা কোয়চৎ চৎসি"। অদুদগী ঐখোয় অহুম লেঙ্গোন্নদুনা হোলদু থুংনা চৎলে। ঐখোয়গী ঙক্তা য়াল্লিবা চে অদু ময়ামদা উৎলে। ফল্লিবা নুপা খরনা লাউরকই – "নুপাদু থাজরুনু। মানা নুপীনা য়ান্নবা তৌশিন্নরিবনি"। ময়ামদু ব্রা লাউনা নোকই।

ওস্থোক ওস্থোকপা থৌওং কয়ানি কনফরেন্স অদু য়াওরুবদা থেংনরকলিবা।

তোঙান তোঙানবা লৈবাক্তা লৈবা ইউ আর আইগী কোওপরেসন সার্কলসশিংনা পাউ ফাওদোক্লনবা য়ান্নবা অপূনবা সেন্টর অমা কদায়দা থমসিগে হায়না খন্নবা সেসন অমদা য়াওই। ময়ামদুদা ঐনা হৌদোকই – "এসিয়া পেসিফিক লমগী ওইনা মফম অমত্তংদা সেন্টর ওইনা মহুত্তা ইন্দিয়াগী সেন্টর অমা, পাকিস্তানগী অমা, শ্রীলঙ্কাগী অমা অসুম্না থমসি।"

ঐনা হৌদোকপা ৱাফম অদু ময়াম্না য়ানিংলে। অমনা হৌদোকই – "ইন্দিয়াগী ওইবা সেন্টরদি মণিপুরদা থম্লসি।"

ঐনা হায় – "মণিপুরদদি মদুগী ইনফ্রাস্ট্রকচর লৈতে। মণিপুর ইউ আর আই সি সিগী (কোওপরেসন সার্কলগী) মশাগী লম লৈজদে। কম্প্যুটরগী, ইন্টরনেটকী ফেসিলিটি লৈতে। অদুনা মদু ওইবা য়ারোই।"

দিল্লিদগী লাকপী বন্দনা পুরী হায়বীদু চোংথোরকই। মহাক দিল্লিগী রাজিন্দর নগরদা লৈবা সালৱান পব্লিক স্কুলগী প্রিনসিপাল ওইরি। মাগী স্কুল অদুদা কম্প্যুটরগী ফেসিলিটি লৈ, অদুগা মাগী ছাত্র ছাত্রীশিং কয়াবু পাউ থাদোক থাজিন তৌবদা পাখোন শীজিন্নবা য়াগনি হায়রে। মতৌ অসুম্না শ্রীলঙ্কাগী পাকিস্তানগী, ইন্দোনেসিয়াগীসু মফম অমমম লেপ্লম্রে।

কম্প্যুটরগী ৱাফম লাকপসিদা ঐগী লন্নাই ওইবা ৱা অমা হেক হেক নীংশিংই। পিটসবর্গতা লৈরিঙৈদুদা ঐনা নিয়ুয়োর্কতা ইনাওনুপী শিলাদা ই মেল অমা থাগে হায়দুনা কনফরেন্সকী শিল্লি লাংলিংবশিংদুদা হংই। পৈশাগা অইবা ৱারোলদুগা শিন্নরগা য়াগদবোই নিংলুই। অদুগদি নুপীদুনা কম্প্যুটর কাগী শোদু ঐঙোন্দা

পীথোরকই। অদুগী অর্থদি কা অদুদা কম্প্যুটর লৈবনি। শো হাংদোক্লগা নশানা ই মেলদু থারুচো হায়বনি। ঐদি কম্প্যুটর শীজিন্নবা হৈতবনিনা শোদু লৌদনা লাক্লে। ঐগীদমক ই মেল অমতা থাবীয়ু হায়নবা মী অতৈ খঙনদবনা থাদনা তোকলে।

খল্লুরগা ইতোমতা ইকাইজরকই। লাইরিক ময়েক চৎতবা মীনা মাগী নুংশিজখ্রবা মরুপ মপাংনা, মরী মতানা পীরকপা চিঠি পাবা ঙমদবা অদুগা পাংখকনি।

আমেরিকাদদি মী অয়াম্বা কম্প্যুটর হৈ। পীকলিবা অঙাং চহি ৬ তা ঙাইরিবা শিলাগী মচানুপা করনগী কাদা কম্প্যুটর অমা থম্বী। মদুদা মহাক্লা গেমস মখল মখল শান্নে। শিলাসু মাগী নুপা নির্ম্মলসু মাগী মাগী থবক্কী ঈ পাউ থাদোক থাজিন মশাগী কম্প্যুটরনা অদুম তৌই।

কনফরেন্স অদুদা ঙহাক পোত্থাবা, চানুং থকপগী মতমদুদসু মী অমা অনীদি বেগতগী পোরটেবল কম্প্যুটরদু পুথোক্লুনা চা থক্লা থক্লা রিসার্সকী দাত্তানচিংবা খোমজিনবা থেংনরকই।

তাং ২৮। ৬। ২০০০ গী নুংথিলদুদদি পব্লিক ফোরম পাঙথোকই। ফোরমদু পিটসবর্গ সহরগী মীশিংগা দিলিগেটশিংগা উন্নদুনা ৱাখল ফোংদোকমিন্নবা শান্তিগী পাউজেল শন্দোকমিন্নবা শিনবনি। মদু ফোরমদু পিটসবর্গকী সোলজরস এন্দ সেলরস মেমোরিয়েল হোলদা পাঙথোকই। মরৈবাক্কীদমক মথব্রায় কত্থোকখ্রবা খোঙ লানমী অমসুং ঈশিং লানমীশিংদা নিংশিংনবা শাবা বিলদিংদু ওন্থোক্লা চাউখ্রে। ওন্থোক্লা চীংলেম্মা ফজখ্রে। চঙফমগী যুম্বী মখোঙদুদা হকতুনা ইরি –

409, 745 Soldiers entertained in this Hall. 79,460 and wounded provided for at the Soldier's Home – Total 489,205.

হোল মনুংদা ষ্টেজ অদুগী পাক চাউখ্রবা ফকলাংদুদনা অচৌবা ময়েকনা ইদুনা লৈবদু অমুক উরে। চঙশিল্লগদি খঙলে মদু আব্রাহম লিমকনগী ফাওরবা গেষ্টীসবর্গকী ভাষণদুনি হায়বসে।

Four score and seven years ago. Our fathers brought forth on this continent a new nation conceived in liberty and dedicated to the proposition that all men are created equal. Now we are engaged in a great civil warm testing together that nation or any nation so conceives ....... It is rather for us to be here dedicated to the great task remaining before us that from these honoured dead we take increased devotion to that course for which they gave the last full measure of devotion. That we here highly resolve that these dead shall not have dead in action – That this nation under god, shall have a new birth of freedom - And that Govt. of the people."

**Abramham Lincon**

Gettysburg. Nov. 19, 1863

অব্রাহম লিনকনগী ফজখ্রবা ব্রাখল্লোন অদুবু লৌশিল্লগা কনফরেঙ্গতা শরুক য়ারিবা স্বামী অগ্নীবেশনা অসুম্না ফোংদোকখি – "ঐখোয়না অব্রাহম লিনকনগী



কনফরেন্সকী খন্নৈনবদা শরুক য়ারিব সাউথ ইষ্ট এসিয়াগী দিলিগেৎ খরা

ফজত্রবা ৱাখল্লোন অসি ইউ আর আইগীদা পানশিল্লগা পৃথিবী অসিদা শান্তি পুরকপদা অচৌবা থৌদাং লৌমিন্নরসি"।

পব্লিক ফোরমগী থৌরম হৌদোকপদুদসু মণিপুরগী পুং য়ৈবা কলাকারশিংদুনা অমুক ষ্টেজদা পুং চোলোম তৌরে। একজিক্যুটিভ দাইরেক্তর চালর্স গীভসনা পুং য়ৈবশিংদুবু থাগৎলি মাগী ভাষণদা। মহাক্না মখা শমথরকই – দাঃ টি দি সিংহনা কৌদুনা মহাক মণিপুরদা মার্চ ২০০০ গী ৫-৭ দা মণিপুরদা চৎলুই। মদুদা মণিপুর ইউ আর আই সিসিগী মেম্বরশিংনা মহাকপু তরাম্না ওক্লকই। মফম অদুদা ইউ আর আইগী প্রোগ্রাম নিংথিনা চথরম্বা অদু উবদা মহাক ওম্থোক্লা নুংঙাইবা পোকই হায়না ফোংদোকই।

পৃথিবীগী মফম কয়াদা ইউ আর আই সিসিশিংনা পাঙথোকখিবা থৌরমশিং ভিদিও ফিল্মদা উখোরকই। অদুগা মকোক ইথং থংনা মণিপুরদা পাঙথোকখিবা পীছ মার্চ অদুনা ইহান হানবদা উখোকলকই।

চালর্স গীভসকী ভাষন, মণিপুরগী ভিদিও ফিল্ম, মণিপুরগী পুং চোলোম মোইবুং খোংবা, মৈতৈ নুপীগী ফনেক ইন্নফি অমসুং খন্ননৈবদা ঐখোয়না নিংথিনা শরুক য়াবা কয়া অদুনা মণিপুরবু হন্না হন্না পৃথিবীগী মীয়ামদা তাকপগী খুদোংচাবদু কনফরেন্স অদুনা পীরে হায়না মণিপুরদগী চৎপা ঐখোয়না হরাওবা ফোংদোক্লে।

কনফরেন্স অদু লোইশিল্লকপদা মদুদা শরুক য়াখিবা স্পিরিচুয়েল ট্রেদিসনশিং: বাহাই, বুষ্টি, কাওদাই, জিয়ুইস, মুসলীম, শিন্টো, সিখ, তাওইষ্ট, ইউনিটরিয়া, ৱিকান, জোরোষ্ট্রিয়ান অমসুং অতৈ অতৈ ধর্ম্মগী কাংলুপশিংগী মীহুৎশিংনা মখোয় মখোয়গী ধর্ম্মগী নত্রগা ইনদেজিনস ট্রেদিসনগী সিমবোল য়েকপা ফিরাল অমমম পায়দুনা ষ্টেজদা কাখৎলকই। ময়াম পূন্না লাইশোল অসুম্না শোনমিন্নদুনা সভাদু লোইশিল্লি।

"May all the religions and spiritual traditions of the world live together in peace.

May peace prevail on Earth. □

# পিটসবর্গ সহরদা

কনফরেন্স অদুগী মতেংনা পিটবসগগী মরু মরু ওইবা মফম খর য়েংবগী, মফমদুদা লৈবা ভারতমচাশিং খর উন্নবগী তাঞ্জা অমা ঐহাকনা ফংবা ঙমলকখি।

চাউথ্রবা সহর অদু থুংনা চৎতুনা কোয়বদি মতমনা তেনবনা ওইথোকপা য়াখিদে। অদুবু উরকপা খরা অদু ঐঙোন্দদি ইনৌ নৌবা এক্সেপরিয়েন্স ঙাকনি।

পিটসবর্গ হায়রিবা মফম অসি আমেরিকাগী পেনসিলভেনিয়া ষ্টেটকী



পিটসবর্গ সহরগী শক্তম অমা

কোনুংনি। মায়কৈ মরীদা ৱাংলবা, অশংবা চীংনা কোয়শিনবা, ওহাইয়ো, এলিঘেনী, আলবামা তুরেল অহুম্না চিল্লোক্লবা মফমদা লৈবা মহৌশাগী ফজবগা, খুৎশেমগী ফজবগা পূন্না লৈমিন্নবা লমদমনি। আমেরিকাগী ইতিহাসকা থাগোন্নবা মফমনি। ইতিহাসনা শাক্ষি ওইরি মফমদুদা বৃটিশ লানমীনা অৱাংথংবা আমেরিকাবু খুদুম চনশিল্লবদা নহা ওইরিবা লাম্মী জর্জ্জ ৱাশিংটননা আমেরিকাগী নিংতম লান থেংনখি।

ঙসি পিটসবর্গতি আমেরিকাগী চাউথোকনিংঙাই, লেমজনিংঙাই ওইবা সহর অমা ওইরে। মফম অসিদা গ্লাসতনা শাবা কেথেদ্রেলসিং অমসুং থায়নগী ওইবা লিরবা ইংজবা তপচবা শক্তম কয়াগী মরক্তা হরাও তয়ান্বা অমসুং এদভেনচরগী মশকসু উবা ফংই।

পিটসবর্গ কোয়বদি লায়না থোকই মরমদি লম্বীচৎপনা খঙনবা নাপু মচুনা খুদম কয়া পী পীদুনা উৎলি। মায়কৈ তাকপা খুদমশিংদুনা সহরদুবু দিস্ত্রীক মঙা থোক্লা খায়দোকই। খুদমশিংদুনা বিজিনেসকী মফম, লাইব্রেরী, ইউনিভরসিটি, পার্ক, পোষ্ট অফিস, পার্কিং মফমনচিংবা খঙহল্লি।

লম্বীদা কার তোংদুনা চৎপদা উরকই সহর অদুদা লৈরিবা স্পোর্টর্স ষ্টেদিয়ম, বোটানিকেল গার্ডেন, পার্কনচিংবা মনুংদা চঙদুনা কৃপ্পা য়েংবগী তাঞ্জাদি ফংবা ঙমখিদ্রে। লম্বী চৎপা খুদিং হঞ্জিন হঞ্জিননা উই চীংলেমলবা তুরেল অহুমদু য়েংবদা কয়াদা ফজখ্রবা! তুরেলশিং অদুগী মথক্তা শারিবা থোংশিং অদুনা পেনসিলভেনিয়াগী তোঙান তোঙানবা মফম ৮৮ দা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী মীশিংবু হেন্না নকশিন্নহন্দুনা মখোয় খুদিং নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবগী খুদোংচাবা পীরি। থোংনা শান্তি পুরকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবদু নীংশিংদুনা পিটসবর্গতা শান্তিগী মীফম পাঙথোকলিবনিকো হায়বদু থোংশিং অদু উরুবদা নৌহৌনা নীংশিংই।

পিটসবর্গ সহরগী শিংথাবা য়াবা ঐনা চৎলুবা মফম অমদি ভেঙ্কটেশ্বর মন্দির অদুনি। পিটসবর্গকী নোংচুপথংবা চিদাইদা পেন হিলসকী ইশং শংবা ফজথ্রবা চীংথাক অদদা মন্দিরদু লৈ।

ঐখোয়না কার তোংদুনা কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটিদগী মফমদু য়ৌনা চৎপদা মিনিট ৪৫ রোম চংই। টি দি সিংহ (দামুদোর স্বামী) গী সেবকশিংনা ঐখোয়বু লৌরবননি। আমেরিকাদা স্বামীজিগী সেবক ভক্ত য়াম্না লৈ। মতম খর ঐখোয়না কনফরেন্সকীদমক লৈবদুদা স্বামীজিবু উন্নবা ভক্ত সেবক শিষ্যশিং য়াম্না লাকই। কনফরেন্সকী চান্ন থক্লবা শিল্লিবদু হৈনদে হায়বদুদা মখোয়না নুমিৎ খুদিং মন্দিরদগী নিরামিশ চাক ইনশাং থিল্লকই। প্রসাদিদু ফংবগী খুদোংচাবদু ঐসু হেক হেক ফংই।

মন্দির অদু মফম অদুদা খুন্দাদুনা লৈরবা ভারত মচাশিংনা দোল্লর ৯২৫০০০ চঙনা শাবা হিন্দুগী মন্দিরনি। ভারত মচাশিংনা মখোয়গী পোক্লফম লমদমগী কল্চরবু মফমদুদা য়োকখৎনবগীদমক খৃঃ ১৯৭৬ জুন ৩০ দগী হৌনা শেমগৎলকখিবনি। মখোয়না থবায় মাঙনা তোৎনদুনা তেনখ্রবা থা ৮ গী মনুংদা মন্দিরদু শাবা লোইশিন্দুনা লাই লাংপা হৌখিবনি হায়।



পিটসবর্গতা লৈরিবা ভেঙ্কটেশ্বর মন্দির

ঐখোয়না মফম অদু লৌবদা অহল অহুং মাঙনা মী কয়ানা ঐখোয়বু তেংবাঙ্গা ওৎলমই। মন্দিরগী প্রেসিদেন্টকী হৌশিল পুন্নিবীদু খা ভারত চন্যান। মহাক্না ঐখোয়বু লমজিংদুনা মন্দিরগী তোঙান তোঙানবা দিপার্টমেন্ট, মান্দপ, লাইব্রেরী, ওদিটোরিয়মনচিংবা লৈরিবদু য়েংমিন্নরে। মন্দির অদুদা চত্থরিবা থবক থৌরম, পুজা লাংজা, নিতি নিয়মনচিংবদু চৎনা চৎনা মহাক্না ৱারী লিদুনা ঐখোয়দা খঙহল্লি।

পুরোহিত মরীনা মন্দির অদুদা লাইগী সেবা চৎলি। নুমিৎ খুদিংগী ওইনা অয়ুক্কী পুং ৯ তাবদা সুপ্রভাতমক, পুং ৯.৪৫ দা ভেঙ্কটেস্বরগী সহস্রনাম অর্চ্চনা ১০.৩০

দা সত্যনারায়নগী পুজা, নুমিৎয়ুংবা অমসুং নুংথিলগী পুং ৪ তাবদা কল্যান উৎসব পুং ৫.৩০ দা লক্ষ্মীগী সহস্রনাম অর্চ্চনা, পুং ৬ তাবদা অমুক ভেঙ্কটেশ্বরগী সহশ্রনাম অর্চ্চনা, নুমিদাং পুং ৭ তাবদা শয়ন উৎসব পাঙথোকই হায়।

মতম মতমগী ওইবা ধর্ম্মগী উৎসব কুম্মৈ দিপাবলী, কুম্ভ অভিষেক, সহস্র কালাস অভিষেক অমসুং জগোয় ঈশৈনচিংবা কলচরেল প্রোগ্রাম কয়াসু মন্দিরগী ওদিটোরিয়মদা পাঙথোকই। লোয়ননা লুহোংবা, নাহুৎপা, রিসেপসননচিংবসু টেম্পল মেনেজমেন্টনা দোনেসন লৌরগা পাঙথোক্তুনা মফম অদুদা লৈরিবা হিন্দুশিংগী অধ্যাত্মিক অমসুং সমাজগী ওইবা সেন্টর অমগী থৌদাংসু মন্দির অদুনা লৌরি।

মতমগী মতুংইন্না পিটসবর্গতা লৈবা ভারতমচা-শিংগী মীশিং হেনগৎলকপনা মন্দিরগী মফম, দিপার্টমেন্ট লাইব্রেরীনচিংবদু হেন্না পাকথোক চাউথোকহনবগী তঙাইফদবা লাক্লে হায়না থৌ পুরীদুনা ফোংদোকই। মদুগীদমক মেনেজমেন্টনা প্রুকারম হায়বা প্রোজেক্ট অমা দোল্লর মিলিয়ন মরী চঙনা লৌখৎপা হৌরে। মদু অথুবা মতম ইংকুমজা ২০০১ কালেন থাদদি লোইশিল্লগনি হায়। মখোয়না শেমগৎ শাগৎলিবদুসু ঐখোয়দা উহল্লকই।



মন্দির মনুংদা লাৎলিবা ভেঙ্ক টেশ্বরগী মুর্ত্তি

অদুগী তুংদা ঐখোয়বু মন্দির মনুংদা পুশিন্দুনা মদুদা লাৎলিবা শ্রীভেঙ্কটেশ্বর, লক্ষ্মীদেবী অমসুং অতৈ দেবতাশিংগী দর্শন ফংহল্লে। সন্ধ্যার্তি কৎপদুসু য়াওজবা ফংলে। দামুদোর স্বামীজিনা সংকীর্ত্তন শকলে, পুং য়ৈবনা পুং য়ৈরে, মোইবুং খোঙ্গৎলে। ওদিটোরিয়ম অদুদা। তিল্লিবা ময়ামদুনা অপেনবা ফোংদোকলে। লাইগী প্রসাদি ফংমিন্নরবা তুংদা ময়ামনা ঐখোয়বু নুংশিনা বিদাই পীরকই। □

# ৱেষ্ট ভরজিনিয়াদা

ৱেষ্ট ভরজিনিয়াদি আমেরিকাগী খর পিকতকপা মহৌশাগী ফজবনা লৈতেংবা পুক্লিং হুরবা মফমনি। চীং, উমং তুরেল কয়া লৈ। নিয়ু বৃন্দাবন হায়না মিংথোনবা ইন্টরনেসনেল সেন্টর ফোর কৃষ্ণ কনসসনেসকী ভক্তশিংগী শেংলবা তীর্থ মফম অমা ৱেষ্ট ভরজিনিয়াদা লৈ। আপালেচিয়ান চীংশাং নাপোমদগী হাইথবকপা অৱাংবা তম্পাক্কী মফম অমদা নিয়ু বৃন্দাবন লৈ।

পিটসবর্গ কনফরেন্সকী চিল্লবা সেসন মনুংদা তাং ২৮ গী নুংথিলদা দামুদোর স্বামী মহারাজগী লুচিং মখাদা নিয়ু বৃন্দাবনদা চৎপগী খুদোংচাবা ঐহাকসু ফংখি। ব্রহ্মকুমারী সিসটর্স অনী, অতৈ ভক্ত খরসু ঐখোয়গা লোয়নৈ। লম্বী নাকল অনিদা অশংবা উপাল ৱাপালশিং তুং হন্না হন্না চৎখি। কারনা য়াঙনা মাঙলোমদা থৌগৎলি।

পিটসবর্গক্তা পাঙথোক্লিবা কনফরেন্স মফমদুদগী নিয়ু বৃন্দাবন লৈরিবা ৱেষ্ট ভরজিনিয়াগী মোন্দ ভিল্লা হায়বা মফমদু য়ৌবদা পুং ১.৩০ খর হেন্না চঙই।

ঐখোয়বু লুচিংবীরিবা দামুদোর স্বামী মহারাজনা খৃঃ ১৯৭২ দা মাগী গুরু শ্রীপ্রভুপাদগা লোয়ননা অহানবা ওইনা মফম অদুদা লাকলমই হায়। অদুগী তুংদা শোক ২০০০ গী অহৌবদা অমুক হন্না মফমদুদা ভক্ত খরগা লোয়ননা লাকলমলে অদুগা ঐখোয়বু পুবিদুনা অমুক পিটসবর্গতা কনফরেন্স য়াওরবা অদুগী তাঞ্জাদা অমুক্কা মফমসিদা লাক্লিবনি। স্বামীজিবু উবদা মফমদুদা লৈবম্বা ভক্তশিং সেবকশিংনা

হরাও তরাম্না ওকই।



নিয়ু বৃন্দাবন করম্না শের্মখিবগে হায়বগী ব্রারীসু স্বামী মহারাজনা ঐখোয়দা তাকপি। লিদুনা খঙহনবী –

শ্রীল ভক্তি সিদ্ধান্ত সরস্বতি (১৮৭৪-১৯৩৬) না ভক্তি বেদান্ত স্বামী প্রভুপাদগী গুরুনি। নোংচুপকী লমশিংদা চৎতুনা মীশিংদা কৃষ্ণ কনসসনেসকী ব্রাখল্লোল শন্দোকলুনবা গুরু মাবু থৌদাং শীন্নখিবনি। প্রভুপাদগী হান্নগী মিংদি অভয়চরন দেনি। মহাক কলিকাতাদা শোক ১৮৯৬ তা কৃষ্ণবু নিংজবা বেঙ্গলি

ইমুং অমদা পোকপনি। সন্ন্যাসী ওইরবা তুংদা নোংচুপকী লমশিংদা চৎতুনা ভগবৎ কলচর শন্দোকপা হৌখিবনি। খৃঃ ১৯৬৬ তা শ্রীপ্রভুপাদনা কিরতানন্দ স্বামী য়াওনা ভক্ত খবদংগা লোয়ননা আমেরিকাদা ইন্টরনেসনেল সোসাইটি ফোর কৃষ্ণ কনসসনেস হৌদোকখিবনি।

গুরু প্রভুপাদনা কিরতানন্দ স্বামীদা অমুক শিন্নদুনা ৱেষ্ট ভরজিনিয়াদা নিয়ু বৃন্দবন প্রোজেক্ট শেমগৎখি। কৃষ্ণগী সেবাদা কখোকলবা ইসকনগী ভক্ত খরদংনা ঈংথ্রব নিংথামথাগী মতমদা য়াম্না পীকথ্রবা তেক কায়রবা লৌতাংশং অমদা নিয়ু বৃন্দাবনদ্ শেমগৎপা হৌখিলোন। মতম অদুদদি মফম অদুদা ইলেকট্রিসিটি, অচেনবা ঈশিং লৈরম্দ্রা নত্তে। মফম অদু অমোং অকায লংথোকফম, পৈফম ওইরম্লনি। অমোং অকায়দু হোন্দোকপা, নিংথিজনা প্লান তৌদুনা নিয়ু বৃন্দাবন শেমগৎপা হৌখি। শ্রীল প্রভুপাদনা শোক ১৯৬৯ দা মফমদুদা লাকলগা মতম খর লৈরম্মই। মফম অদুগী চীংমচা ওবেৎত্রা মন্দির তরেৎ শান্নবগী রাখলস্ ফোংদোকলমই। অদুগী মতুং ইন্না ভক্তশিংনা [illegible] নায়োকুদুনা প্রোজেক্টতু পাযখৎপা হৌখিবনি।

গুরুনা অমুক শোক ১৯৭১ দা মফমদুদা লাকপদাদি নিয়ু বন্দবনগী লম



**পেলেস অফ গোল্ডকী লৈকোল মনাক্তা অইবী, ব্রহ্ম কুমারী সিস্টর্স, দামুদর স্বামী, ভাক্ত অমা**

অদু হান্না একর ১১৩ ওইরম্বদগী একর ৩৬০ য়ৌনা পাকথোক চাউথোকলে। ভক্তশিংসু মশীং য়ামখৎলক্তুনা ৭৫ য়ৌরকখি। মতম মতাং অদুদনি শ্রীদামুদর স্বামীনা গুরু প্রভুপাদগা লোয়ননা মফমদুদা য়ৌরকখি হায়বদু। নিয়ু বৃন্দাবনগী শেংলবা নুংশিৎ ফংবা মফম অমদা লাইরিক ইদুনা লৈনবা গুরুগী লৈনবা য়ুম অমা শাগে হায়না স্বামী কিরতানন্দনা খনবা হৌখি। অদুগী মতুংইন্না ভক্তশিংনা অতৈ য়ুমশাবশিংগী মতেং লৌদনা প্রভুপাদগী পেলেস ওফ গোল্ড হায়না খঙনবা ফজখ্রবা বিলদিং অমা নিয়ু বৃন্দাবনদা শাগৎখি।

ঙসিদি মফম অদু ফজপ্রবা তীর্থ মফম অমা ওইরে। সনাগী কোনুংনি, য়েংবদা মপা লৈতনা ফজে। অদুননি নিয়ুয়োর্ক টাইমসতা, মদুবু আমেরিকাগী তাজমহলনি হায়না শিংথারিবদু । আমেরিকাবু য়ৌরবদি প্রভুপাদগী সনাগী কোনুং শোয়দনা য়েংগদবনি। অদু ওইরবদি শেল চংখিবগী মমল হঞ্জিল্লে হায়নরিবনি।

ঐখোয়না তোংলিবা কার অদুনা মোন্দ ভিলাগী থেক খোয় তৌবা লম্বী অদুগী মতুংইন্না চংশিল্লি। খর চৎলগা মন্দিরগী য়ুমথক্তা থেৎলিবা ফিরালদুনা নুংশিৎতা ফর ফর হাইনা হুম্না পাইরিবদুনা ঐখোয়গী মীৎয়েং চিংশিল্লে। খর অমুক চংশিল্লগদি নুংশানা য়ৈবদা থকতোকলকপা মঙাল অদুনা ঐখোয়বু মিৎ থকহনখি।

মন্দিরদগী থাপতক লৈরিবা কার থাফম অদুদা ঐখোয়গী কারদু থারে। অদুদগী খোঙনা মন্দিরগী চেকপল মনাক্কী লম্বীদুদা চঙশিন্দুনা মন্দির য়ৌরে।



পেলেস অফ গোল্ড

নোংচুপথংবা মন্দিরগী হোজং মনাক্তুদা ঙহাক লেপ্তুনা মন্দিরগী অকোয়বদু য়েংদুনা লৈ।

চীশাং থক্কী অশংবা উমং অদুনা চীংখাদা লৈরিবা তম্পাক অদুদা য়েংথরক্লিবা দৃশ্যদু উবদা লাইরৈবাক হায়বদু অসি ওইরমল্লে খল্লি। এপেলেচিয়ান চীংশাংগী তরু তরুবা, ৱাইফুল উফুল থাংদবা শেংলবা নুংশিৎনা মন্দিরগী লৈকোন্দা শাৎলিবা লৈরাংশিংগী লৈনম পুদুনা অকোয়বদুদা নুংশিবা লৈনম য়েল্লরি। লৈনমদু ফংবদা অরাকপা ঐখোয়গী চোকথরম্বা পূম্বা লোইনা হুমদোকতুনা পুবিখ্রে।

খুৎশেমগী ঈশিং চাইবীশিংদগী কাপথোকলকলিবা ঈশিং মরীকশিংদুদা



নুংশাগী মঙালনা য়েবদা চুমথাং খল্লিবদুনা ঐখোয়বু পুমশুম শুমহৎপিরে। খুৎশেমগী পাৎতা ইরুপ্তুনা ঙানু থঙ্গোংনা শান্নরিবদুসু মিৎকী কুম্মৈ মখল অমনি।

মন্দির মনুংদা চঙবদা সনানা শাবা ৱাহোংগী মীহুৎথোং অমসুং ফকলাংদা হৎতুনা থল্লিবা থম্বালগী লৈরোংদু উই। ৱাহোং অমসুং থম্বালগী লৈরোং থোকহল্লিবদুগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী কোকতা ৱাহোং মতু থেৎল্লি। মিৎস্নানা থম্বালনা তমজনিংঙাই ওইবদু নীংশিংহন্নবা হায়দুনা ভক্তশিংনা শেমদুনা হকতুনা শেম্বনি হায়না ঐখোয়গী গাইদ ওইরিবা ভক্ত অদুনা ঐখোয়দা খঙহল্লি।



মন্দির মনুংদা ম্যাল্লিবা ছিন্দেলিয়র চহি ৯৫০ শুরবা

মন্দির মনুংদা নিংথিনা লৈতেংলবা কা তরা লৈ। কাশিং অদু য়েংবা চংশিনবদা শিলিংদা য়ান্দুনা লৈতেংলিবা ছিন্দেলিয়র (পাম্বোম লোংবা মৈ থানফম মখোঙ) দু উই। য়েংবদা ওম্মোক্লা ফজখ্রে পুমলং লংলদনা। ময়ায় থংবা হোল অদুদা য়াল্লিবা ছিন্দেলিয়রদুদি ওম্মোক্লা চাউখ্রে, চহি ৯৫০ শুরবনি ফ্রানসতগীনি হায়। শিলিং অদুদনা কৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈদা, শান্নবা লিলাদু থেৎ তুনা লৈ। হোল অদুনা ভক্তশিংনা অয়ুক অমসুং নুংথিলদা ভজন কীর্ত্তন শকফমনি।

গাইদ অদুনা ঐখোয়দা হায়বদি লৈমায়দুদা থাল্লিবা নুংগী মখলদু ইউরোপ, আফ্রিকা, এসিয়াদগী লৈদুনা পুরকখিবা মখল ৫২ নি। চাউরবা য়ুমজাওদু শাবদা শীজিন্নরিবা থোঙগী উশিংদুনা ভারততগী চিংশু উ ঙাক্তনি। কাশিং অদুগী নুংঙৌনা চনবা ফকলাংদু ঐনা খুৎনা নানবদা শৃৎ নাল্লি।

অরাং থংবা গেলরীদা লৈবা শ্রীপ্রভুপাদগী লাইরিক ইবা পাবা তৌফম কা



প্রভুপাদগী লাইরিক ইফম কা

অদুদি হেন্দোক থোইদোকনা লৈতেং তৌদুনা থমই। মদুদা প্রভুপাদনা লাইরিক ইদুনা লৈবা মুর্ত্তি অচৌবা অমা লৈ। মদু য়েংবদা অহিংবা মী মাল্লি।

কা অদুগী ফকলাংদা লাইশং মচা মচা শেমদুনা মদুদা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লাৎলি। সনাগী গমলাদা লৈ শাৎহন্দুনা মচি মচিদা থমলি। সনানা শাবা নোংশা মকোক অমসু কা অদুদা লৈতেং ওইনা থমই। মদুনা খঙহল্লিবদি প্রভুপাদগী অকিবা লৈতবা অধ্যাত্মিক পাঙ্গল অদুনি হায়না গাইদতুনা ঐখোয়দা তাকই। প্রভুপাদগী সনাগী মন্দির অমসূং গুলাবকী লৈকোলদু য়েংলবা তুংদা ঐখোয়না নিয়ু বৃন্দাবন কম্যুনিতি সেন্টরদু তানা চৎলে।

মফমদুদা লৈরিবা চাউরবা হোল অদুদা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লাৎলি। মদুদা খুৎশা হৈবগী পোৎচৈ থেন্দুনা থম্বা, লাইরিক অমসুং অতৈ খুদোলপোৎ ওইবা য়াবা পোৎচৈ য়োনবা দুকান অমসু লৈ। মনাক অদুদা ভক্তশিংনা শেমগৎপা ষণ লোইবগী ফার্ম অমসু লৈ। ফার্ম অদুনা ষঙ্গোম, ষঙ্গোমগী পোৎথোক ঘী মখল, দহিনচিংবা মরাং কায়না পুথোকতুনা ভক্তশিংনা শেঙ্গোক লৈবা ওমই।

ঐখোয়না নিয়ু বৃন্দাবনদা চৎপা নুমিৎ অদু একাদশিনি। মফম অদুগী বালহৌশঙদা হৌবা শন্দেস অমসুং উহৈ, বাদামনচিংবা খরা ঐখোয়দা ভক্ত কৃষ্ণ প্রিয়া দেবী দাসীনা পীরকই। কৃষ্ণ প্রিয়া দেবীদি কলিকাতাদগীনি। মহাক্না মফম অদুদা অদুম লৈদুনা কৃষ্ণগী সেবা তৌদুনা মফম অদুদা নুমিৎ খুদিং লাকলিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী সেবা তৌদুনা পুনসি লেল্লনি হায়রকই।

লাইরিক য়োনফমদগী বেক টুগোদ হেদ কৌবা স্বামী প্রভুপাদনা হৌদোকলম্বা মেগাজিন অদুনে অতৈ লাইরিক খর লৈরগা অকোয়বদু চৎতুনা ঙহাক য়েংলে।

নিয়ু বৃন্দাবনদা লাই লাৎলিবা, পুজা তৌরিবদু উরুবদা ঐখোয় লৈকাইগী ঐজ্ঞা অরিবম রাধামোহন শর্ম্মবু নীংশিংলকই। নোংমা ঐনা লাই লাৎপগী বিধি নিয়মগী মরমদা খঙনিংদুনা ঐজ্ঞাদা হংলুই।

ঐজ্ঞানা তাকপিরকই – মুর্ত্তি ওইনা লাই লাৎলিবদু পরমাত্মাদুবুনি। সেবা চৎলিবা ভক্ত, বৈষ্ণবশিংনা মখোয়গী ভক্তিনা লাৎলিবা লাই অদুবু জাগ্রৎ ওইহনবা য়াই। ফজবা মন্দির, নিংথিবা ফিজোল, লুনা নানবা, লৈশু, লোয়ননা মতম



শ্রীপ্রভু পাদগী লাইরিক তৌফম কাদা লাৎলিবা রাধা কৃষ্ণগী মুর্তি

কায়দনা নিয়ম চুম্না মুর্তি লাৎপা মফমদুদা ঈশ্বর শোয়দনা লৈবনি।

ইনাকখুনবা লৈবাক আমেরিকাগী কৃষ্ণ ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু, মখোয়গী গুরুবু ফজনা ভক্তিগা লোয়ননা পুজা তৌদুনা লাৎলিবদু উবদা কৃষ্ণগী লৈফম গোলক ধাম হায়বদু অসুম তৌরমগদ্রা খন্না খন্না মফম অদুদগী হল্লকই। ❑

# নিয়ুয়োর্কতা

জুনগী তাং ২৯ দা কনফরেন্স লোইশিল্লে। তাং ৩০ গী অয়ুক্তদি দিলিগেৎশিংদু অমগা অমগা খুৎ শোক্লরে, নুংশিনা লেঙ্গোন্নরে। মণিপুরদগী পুবা লংগী লৈ পরেং অমমম মঙক্তা শিবিরল্লগা ঐখোয়না ময়ামদুগা বিদায় তৌনরকই।

মণিপুরদগী লাকপা ঐখোয়সু মফমদুদা কাইনরে। শ্রীদামুদোর স্বামীজিনা লোয়নরকপা পুংয়ৈবা কলাকার, ভক্তশিংগা লোয়ননা ৱাশিংটন লোমদা, সটনম সিংহনা কানাদাদা মাগী মরীমতাগী নাক্তা, ঐনা নিয়ুয়োর্কতা শিলাগী নাক্তা লাক্লে।

নুমিৎ অদুগী পুং ১০দা পিটসবর্গপু বিদায় তৌরমলগা কারনেগী এয়ারপোর্টতাগী আমেরিকান ইগলসকী ফ্লাইট নম্বর ৫০৫০ তোংদুনা নুংথিল পুং ১.৪৫ দা ঐহাক নিয়ুয়োর্ককী জোন এফ কেনেদী এয়ারপোর্টতা থুংলখি। শিলানা নির্ম্মল অমসুং মচানুপা লোয়ননা ঐবু ওকলমই। নুমিৎ খর মখোয়গী নাক্তা লৈদুনা নিয়ুয়োর্ক সহরগী মরু মরুওইবা মফম খর য়ৌরুবগী খুদোংচাবা ফংলকখি।

নিয়ুয়োর্ক সহর য়েংবদা আমেরিকাগী সংস্কৃতি, ললোন ইতিক্কী, অতৈ অতৈ আমেরিকাগী চাউরাকপা শক্তম অমদি খঙবা ঙম্মী হায়নরিবনি।

নিয়ুয়োর্কতি দ্বীপ ৬ না পুনশিন্দুনা শেমগৎখিবনি। দ্বীপশিং অদুদি –

মানহাটান, ব্রুকলিন, ক্যুইন্স, ব্রোংস, লোং আইল্যাণ্ড, ষ্টেটন আইলেন্দনি। দ্বীপশিংদু থোংগী অমসুং টনেল (শুরুংগী) মতেংনা অমগা অমগা শম্নহল্লি।

ইউনাইটেদ ষ্টেটস অফ আমেরিকা হায়বা, পৃথিবীগী মনুংদা পাকচাউবদা মরীশুবা মফম ফংলিবা, মীশিং য়াম্বদনা অহুমশুবা মফম ফংলিবা দেশ অসিগী চখোক চৎশিন তৌবগী থোঙ্গাল, গেট ব্রে হায়বদুনি নিয়ুয়োর্ক সহর অসিদি।

পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগী মফম অসিদা মী কয়ানা মাগী মাগী মরমদমগী কলচর পুদুনা মফম অসিদা খুন্দারে। মফমসিদা খুন্দাদুনা লৈরবা অচৌবা কাংলুপ খরদি ইন্দিয়ান, চাইনিজ, আইরিস, ইটালিয়াননচিংবা। সহর অসিগী মীশিং মিলিয়ন ৭.৩ নি।

নিয়ুয়োর্ককী লম্বী থোং মহৌশাগী ফজরবা চীং তুরেল, পাৎ, খুৎশেমগী ফজরবা বিলদিং, স্কাইস্ক্রেপরস, পার্ক, মৈগী কুম্মৈ, উরু উরুবদা ফজবগী ফজবা নিংথিবগী নিংথিবা ঙাক ওই। মহৌশাগী ফজববুদি ইরমদম মণিপুরদগী হেনবা নত্তে। অশংবা চীংশাংনা পল-শানা কোইশিনবা, তুরেলনা থেকনা খোয়না চেল্লিবা, তম্পাক্কী মরক মরক্তা পাৎশিংনা তম্ফা থিনবগুম হৎলিবা পিক্লবা লমদম মণিপুরসু উবশিংগী পুক্নিং শুমহৎলিবনি। তৌবতবু মতমগী অহোংবা লাকপশিদা চীংদগী উমংদগী উ-ব্রা অথিংবা লৈতনা য়ান্থৎতুনা মরু ইকোক কোকলে। পাৎ তুরেল কয়া ফুনজিন্দুনা য়ুম কৈ, অফিস, দুকানশিং শাজিল্লকখ্রে। অসিনা মহৌশাগী ফজবা খুদোলশিং লোইনা মাঙখ্রগদ্রা হায়বগী চিংনবা অকিবদি পোকপা হৌরে মণিপুরগীদি।

আমেরিকাগীদি মহৌশাগী খুৎশেমশিংবু তেকত কায়দনা ঙাক্লুনা থমলি। ইচম চম্বা খুদম অমতং হায়রবদা ১৭শুবা সতাব্দীদগী লৈরক্লবা চহী কুইরবা হদসন তুরেলগী খোংবাল অদু ঙসিসু মশক কায়হন্দনা থল্লি। কেটসকীল চীংগী চীংথক্তা হৌরিবা উপালশিং পুমশং শংনা মশক কায়দনা অদুম হৌরি। চীংনা, তুরেলনা পাৎশিংনা খুৎশেমগী ব্রাং চাউরবা দলাল লক্তা চীংলেম্না হাইনা হুম্না শান্নজরি। অসিনি খেন্নবা হায়ববু।

"আমেরিকাগী খুঙ্গং করম তৌবগে ঐহাক অমুক্তা য়েংগে" ঐনা হায়।

শিলানা "আমেরিকাদা খুঙ্গংগা সহরগা ইমান মান্নে। খুঙ্গংগী লমদা খর পাকচাউবা মী খর লনবগী ৱাদনি"।

জুলাইগী তাং ৮ দু থাংজ নুমিৎনি। থবক কন্না শুরবা মতুং চয়োলগী অরোইবা ৱিক এন্দ হায়দুনা মীশিংনা লমকোইবা, কুম্মৈ ফিয়োং চৎনবা নুমিৎনি। ঐনা খুঙ্গংগী শক্তম য়েংনিংই হায়বদুগী শিলাগা নির্ম্মলগনা ঐবু পুদুনা চৎলে মিনি ৱাসকা হায়বা অথাপ্পদা লৈরিবা চীংশাং পরেং অদুগী নাক্তা। চীংদু পংৱাং ৱাংদে। চীংথক্তুদি পুমশং শংই। কন্ট্রি সাইদনি সহরদগী থাপতোক্লগা লৈবনি। নহাশিংনা হাইকিং চৎনবা মফমনি। চীংদুদা হৌবা উপাল, লৈপালদগী হৈনম-লৈনম পুদুনা, অইংবা নুংশিৎনা হকচাংদা য়ৈরে। ফার্মদা নিংথিজনা থারিবা লৈশিং অদুনা লৈকোলদা গমলাদা ফজ ফজনা শাৎলি।

মিনি ৱাসকা য়ৌনবা চৎপা লম্বী অদুদা এপলগী, চুজাক্কী পাক্ল পাক্লবা লবুক ফার্মশিং লৈ। এপল পাম্বীদা ঙাংশং ঙাংবা মুল্লবা মুনদ্রিবা মহৈদু মতুম মতুম য়ান্থদুনা তেকথমখৈ পাল্লিবদু উবদা Words Worth কী Daffodil দা – Ten thousand at a glànce হায়বদু নীংশিংহল্লি।

খর চৎলগা ইঙ্গ্লাং, মনা মশিং উহৈ ৱাহৈ, লৈ চার, ফার্মগী পোত্থোকশিং য়োনবা দুকান অমা থেংনরে। মদুদা ফার্মগী পোত্থোকশিংদু ফজনা থেন্দুনা থমই – মখল মখলগী হৈ লৈ, ষঙ্গোমগী পোৎথোকশিং। মফমদুদগী অপাম্বা হৈ রা খরা লৈরে। আইস ক্রীম লৈদুনা চারে। ঙহাক মফমদুদা কোইচৎ চৎতুনা অকোয়বদু য়েংদুনা পোত্থারে। মীৎকী অপেনবা ওইরে। দুকান মমাং অদুদা লৈ য়েংবা লাকপা পোৎ-চৈ লৈবা লাকপা মীশিংগী কার ময়াম থাদুনা, লৈ অয়েংবা, অরৈবা লাকপশিংগী। ফার্ম তৌরিবা, দুকান ফল্লিবশিংগীসু মশাগী কার অদুম লৈ। আমেরিকাদা খুঙ্গংগা সহরগা খেন্নবা থোইনা লৈতে হায়বদু চুমলে। Seeing is believing হায়বদুনি। খুঙ্গংদসু কার, স্কুল, পুলিস, রেষ্টুরেন্ট, ওইল পম্প লৈ। খুঙ্গংদসু উফুল লৈখোম থাংদে।

লম্বী লমশাং চৎপদুদা মীশিংনা মখোয় মখোয়না চানিংবা অপাম্বা অচাপোৎশিং মেকদোনেল দুকান্দগী লৈরগা কার মনুংদা অদুম চাই। মেকদোনেল কম্পনীনা

চথরিবা কারবারসু অঙকপনি। মফম কয়াদা দুকান কয়া থমদুনা অচা-অথক য়োল্লি। অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তসু কম্পনী অসিগী থৌশিল অসিনা খুদুম চনশিল্লকলি।

মেক দোনেলদা অপিকপা অঙাংশিংনা পামজবা অচাপোৎ পিজবদা, হোট দোগ, আইজ ক্রিমনচিংবা লৈবদা ফজ ফজপ্রবা অনৌ অনৌবা মখলগী শান্নপোৎ অমমম হেক হেক লেম্লা হাপই। অদুনা অঙাংশিংনা মমা মপাবু তোয়না মফম অদুদা লাকহল্লি। ঐখোয়না লম্বীদা চৎপদা Mc Donald হায়না থাবদু হেক উবগা ইচানুপা করননা নিংঙাই হৌরকই। মমা মপাবু শোয়দনা অচাপোৎ অমদি লৈহনবা শোয়দরে। মদু মাগী শান্নপোৎ ফংনবনি। মদুদা পোৎ লৈবগী মওংদুসু ওল্হোকনা নুংঙাইবা মওং অমনি। কারনা কম্প্যুটর লৈরিবা থোংজিল মপাদু ফাওবা থৌজিল্লে। লৈনিংবা পোৎ অদু কম্প্যুটর অদুদা চিন্না হায়রমলে। খোঙকাপ অহুম মরীদং অমুক কারদু থৌজিল্লে। কম্প্যুটর অমদা পোৎ লৈরিবা মী অদুনা মশাগী কার্দ অদু থিংজিল্লে। কার্দ অদুদগী লৌগদবা পৈশা অদু ককহৌরগা কার্দ অদু অমুক ইল্হোরক্লে। মথংগী থোংজিল অদুদা তরু তরুবা ইউনিফোর্ম শেৎপী নুপীমচা অমনা পোৎচৈদু খুৎতা শিন্নরে, থেঙ্ক য়ু হায়নরে। অচাপোৎ চানা চানা থবক চৎনরে। পূম্নমক অদুদা চঙবা মতমদু মিনিট তরাদনি।

আমেরিকাদদি থবক য়াম্না চিনবনা লম থাপ্পা থাপ্পা গাড়ী তোংদুনা থবক তৌবা চৎনবনিনা য়ুমদা চাকখুমদা চাক থোংদুনা চাবগী মতম অদু হোটেলনা, রেষ্টুরেন্টনা, মোটেলনা, মেকদোনেলনা কনবিরে।

ভারততদি নুপীশিংনা মখোয়গী মতমদা অয়াম্বা চাকখুমদা অদুম মাঙদুনা লৈরবনি। অকে অমৌগী হরাও তয়ামগী মতম ইফং ফংজবা ঙমদনা লৈবা নুপী কয়ানি। বুইমেন্স এমপাৱারমেন্টকী মতাংদা আমেরিকাদগী ইন্দিয়ানা অসিগুম্বা ৱাফম কয়া তমনিংঙাই লৈ।

চাবা থকপগী লৈবগুম লম্বীদা গাড়ীগী থাউ হানবদসু লন্নাই সেল্ফ সারভিস তৌবা থেংনৈ। থাউ গেল্লন কয়া লৌগদগে হায়বদু ইশা ইশানা থাউদু অদুম হানজে। থাউদুগী মমলদু কম্প্যুটরনা অসুক্কি হায়না উৎলকই। মশাগী কার্দ শীজিন্নদুনা

পৈশাদু পীরমই।

ইশানা থাউ হাঞ্জরোই হায়রগনা মফমদুদা লৈরিবা মীগী মতেং লৌবদি য়াই। অদুবু সারভিস চার্জ য়াম্না পীরম্বা তাই।

মিনি ব্রাসকাদগী হল্লকপদা নুংথিলগী পুং ২ তারে। ঐহাক চাবা থকপদা বেরা চেল্লি হায়বসি খঙদুনা শিলানা ইন্দিয়ান রেষ্টুরেন্ট অমদা পুশিল্লে। ঐনা পাম্বা ইন্দিয়ান দিস খল্লগা চাকলেন চারসি হায়দুনা চঙলে। রেষ্টুরেন্ট অদুগী মমিংনা মুগলরাজ কৌই। নিয়ুয়োর্ককী ৭ সাউথ রাইনবেক রুট নম্বর 20 দনি। মনুং অদুদগী টেবল চেয়ারদু ওম্ভোকনা নিংথিনা লৈতেং তৌই। ফজবা টেবলফিদা অরংবা লিকলি গিলাস। বেক গ্রাউন্দা ম্যুজিক। ব্রেটরনা পুথোরকই মেনুগী লিষ্ট য়াওবা চেদু। মদুদা মখল মখলগী অচাপোৎ চিকন দিলাইটস, সিফুদ দিলাইটস, বালটি দিলাটস, তন্দুরী স্পেসিয়েল্লিটিস কোরাবী, দিসেস, বিরিয়ানী স্পেসিয়েটিস, বিয়ার ব্রাইন চেফস মিৎ থালিদা – $ 17.95 নি বিভরেসেনচিংবা ইন্দিয়ান ব্রেদ মখল খর। মমলদি অমমমদা দোল্লর ১৫ / ১৬ তগী তাবা য়াওদে। ঐখোয়না হোটেল অমদা চংলগা চাক, হব্রাই, মনামশিংগী শাক, আচারনচিংবা য়াওবা চাকলুক অমা লৈদুনা চাবগী মওংদি লৈতে। আইটেম অমখক অনিখক লৈদুনা চাবগী ব্রানি। ঐহাক চেদুদা য়েংমখৈ য়েংলগা করি লৈদুনা চাগদগে খনফম খঙদ্রে। ঐনা শিলাদা হায়রে "ঐহাক করি অমতা চানিংদ্রে, চৎলসি"। "এঃ মদু য়ারোই লাক্লবনিনা, করিনো অমদি চাবা তাই।"

ফন কুইনা ঈশৈ তাদুনা লৈরগা পল্লাউ হৌহল্লে। মদুসু চেং ইচং চংলদুনা চাবা য়াদ্রে। দোল্লর ১০ পিরম্লগা খরদং তংলগা লাকই। ফজৈ, মমল য়ামই, অহাওবনি হায়রগসু চাবা হৈত্রবদি করমদি তৌগনি।

হল্লকপা লম্বীদা ইতিহাসকা সাগোন্নবা মোনুমেন্টশিং লৈবা হদসন ভেলী হিস্তরিকেল মোনুমেন্টশিং য়েংলকই। আমেরিকাদা ইহান হান্না খুন্দাবা মীশিং অদুনা লৈরম্বা য়ুমশিং অদু হান্নগী মওং কায়হন্দনা ঙসি অদুম ঙাক শেন্দুনা মফমদুদা থল্লি। য়ুমশিং অদুগী মমাংদা সাইন বোর্দতা য়ুম অদু খৃষ্টাব্দ কয়াদা কনানা শারম্বনো হায়বনচিংবা ইদুনা লৈ। নিয়ু পল্জ(New paltz) হায়বা মফমদুদনি, খৃঃ ১৭২০,

১৬৪৪, ১৭৯৯ দা চেকনা শাবা য়ুম লৈহৌই। য়ুমশিং অদু ঙসিসু অহনবগুম উরি। মফম অদু ওন্থোকনা চিক্লা ইংনা লূনা নাননা মফমদুগী এদমিন্ষ্ট্রেসননা ঙাক শেন্দুনা থল্লি।

ঙসি ওইরিবা আমেরিকাগী ফিভম অসি ওইনবা হোৎনরকপদা হৌরকপদা করম্বা ফিভমদা লৈরম্বগে হায়বদু মোনুমেন্টশিং অদু য়েংলগা খঙবা ঙমই।

লম্বী চৎপদুদা মফম কয়াদা সিমিত্রি লৈরম্বা থেংনৈ। শিখিবা মীশিং অদুগী মমিং মথা, শোক হকপা নুং পরেং পরেং খিল্লি। মাগী মাগী মরীমতা কয়ানা লৈ চবুন পুরক্তুনা মদুদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলৈ। লৈ চবুন ময়াম সিমিত্রিদা লৈহৌই। মোংফমশিংদু উরুবদা নীংশিংহল্লি -- পোকপা শিবদি তাইবংপান মপু মাগী খুঙা লৈবনি হায়বদু। কৈদৌঙৈ শিগদগে হায়বা কনানসু হায়বা ঙম্বা নত্তে।

এনা হংই – "অতৈ লমদগী লাকপা কনাগুম্বা মী অমনা শিববদি কবম তৌবা তাই?"

"অদুগীদমক ফুট ৬ কা লম মচেৎ অমা লৈরগা হকচাংদু ফম্বগী থনক পাঙথোক্লে। মশাগী ওইবা লম মবাংকাইনা লৈজবা মী কয়ানা মোংফম ওইবা য়াবা লম যোন্থোকই। লৈবা মোনবগী থনক্তা শাংদোনা শাক্তিনা তৌবিনবা মাপু লৈ।

"হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীদি শিনগা হকচাংদু মৈদা থাদোকই। অদুগীদি কবম তৌবা তাই?"

"অশিবা হকচাংদু ইলেক্ট্রিক ক্রিমেটোরিয়মদা মৈ থাবা তাই।"

"মী মশা অদুগী ইংখোল লৈজবনসু মচি অমদা শিং চনশৎত্তুনা মদুদা পোৎলোইবা য়াদ্রা?"

"মদু য়াদে। হকচাং মৈ থাবগী মনম মৈখু লোকেক্তনদু মাইননা থিংই। কনাগুম্বনা নিযমদু থুগায়রবদি পুলিস লাক্তুনা ফানগা মীশিংদু পুখিনা থেংনখ্রে" হায়না শিলানা লীরকই।

মদু ইনভাইরনমেন্টপু কন্নবগীদমক মীশিংনা ঙা ক্তুনা চৎলিবা আমেরিকাগী আইন্নি। ☐

# নিয়ুয়োর্ক সিটি (১)

জুলাইগী তাং ২ দা নিয়ুয়োর্ককী মনহটন, বেটরী পার্ক, ষ্টেচু অফ লিবরটিনচিংবা য়েংবা চৎলি। ঐখোয়না লৈরিবা মফম অদুদগী পুং ২ হেন্না চঙনা কারনা চৎলি। থোং অমা অনী লাল্লগা চৎলি। লানবা খুদিংগী টনেল লানবা খুদিংগী শেল পীরমই।



মনহটনদা লৈরিবা ব্রাংল ব্রাংলবা দলান ময়ামদু য়েংখৎপদা ঙক নাই। করম্ন বু শারিগদবা স্টীল অমসুং গ্লাসনা শাবা শৃৎ শৃৎ নানবা চপ চপ য়ুংবা দলালগী ফকলাংদুদা করম্না কৈরাক থাদুনা মথং মথং শাগৎখিবনো খল্লকই। য়ুহারাবা থোকপদা করিশু তৌদবা জাৎলা? মখাথংবা ফ্লোরদা লৈবা মীশিংদুদি অতিয়াদা থোকলিবা নুমিৎ থা থব্রানমিচাক উবা ফংলরিরোই। মণিপুরদদি নুমিৎ কয়ানি ইলেকত্রিক ফংদে। হোসপিতালদা অনাবা ওপরেসন তৌরিঙৈদা ফাওবা মৈ মুৎলি। অদুম্না তৌরবদি দলালশিংদুগী মথক থংবা কাদু য়ৌনা মীশিংনা কাখৎ কুমথ তৌবা ঙমলিদ্রা অসিনচিংবা ব্রাখল মণ্ডল মণ্ডল খন্দুনা চংশিল্লি বেটরী পার্ক য়ৌবা ফাওবা।

আমেরিকাগী, নিয়ুয়োর্ককী মফম কয়াদা পার্কশিং লৈ। ময়ামগী তিনফমনি পোত্থাফমনি। অঙাংশিংগী শান্নফমনি।

বেটরী পার্ক লৈরিবদু – Ellis Island বু কোয়শিল্লিবা সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দুদনি। মফমদুদগী জহাজ মচা মচা তোংদুনা ষ্টেচু অফ লিবর্টি লৈরিবা মফমদুদা চৎলি।



ষ্টেচু অফ লিবর্টীগী বেক গ্রাউন্দদা

তোর্ব্বান অদুদা লেপ্লগা দুরবীনগী মতেংনা ষ্টেচু অফ লিবর্টিদু ইনক নক্লা উবা ফংই। ষ্টেচু অফ লিবরটিনা লৈরিবদু নিয়ুয়োর্ককী ইলিস ইথৎতা মুর্ত্তিদু লৈ। খৃঃ ১৭৭৬ তা আমেরিকাগী নিংতম্বগী সহী তৌনবগী চহি ১০০ শুবা নীংশিং থৌরমদা ফ্রান্সকী মীশিংনা খুদোলপোৎ ওইনা খিনখিবনি। মুর্ত্তি অদু ফুট ১৪৮.৬ ৱাংই। বেটরী পার্ক অদুদা নুমিদাংৱাইগী মতমদা মী য়াম্না তিল্লে। অচাপোৎ য়োনবা, অতৈ পোটচৈ য়োনবা ষ্টোল মচা মচাশিং লৈ। পার্ক অদুদা তিল্লিবা মীশিংদু পৃথিবীগী



বেটরী পার্ককী ষ্টোল অমগী মনাক্তা অইবী

মফম কয়াদগীনি। কুচু ঙৌবা, অমুবা, মরু কোকপা, মশা চাউবা, মশক ফজবা থিবা মী শুরে। মানা মানা শেৎনিংবা ফিজোল শেৎলি। মদুদা কনানসু ইন্টরেষ্ট লৌদে। ঐনা ফনেক ইনফি শেৎ ইনদুনা চৎলি। পার্ককী মচি অমদা নুপা অমনা ভাইওলিন্দা "রঘুপতি রাঘব রাজা রাম..." শক্কৎলকই। মহাত্মা গান্ধীনা পামজনা শকখিবা রামধুন অদুনা ঐগী পুক্লিংবু চিংশিনখি।

পার্ক অদুগী মফম কয়াদা মমিং লৈবা আমেরিকাগী নীংতম লান্দা শরুক য়াখিবা মী কয়াগী অশাবা মুর্ত্তি খিল্লি। অনীশুবা লাঞ্জাওদা সমুদ্র অদুদা থিবা খঙদনা মাঙখ্রবা লান্মীশিংগী মিং ইদুনা থমলিবা ৱার মোমেরিয়েল অদুনা পার্ক অদুদা

কোইরকলিবশিংদা আমেরিকাগী নিংতমলালগী, ইতিহাসকী ৱারী কয়াবু নিংশিংহল্লি।



ৱার মেমোরিয়েল মনাক্তা অইবী

নুমিদাংৱাইরমগী মতমদুদা পার্ক অদুগী, ইথৎ অদুগী, ষ্টেচু অফ লিবর্টিগী দৃশ্যদু ঙসিসু মিৎতা শংশং উদুনা লৈরি। কোরৌগী মশেক্লা লাইজ ঈপাকথক্তুদা য়ৌরি। জহাজ মচাশিং মথং মথং ষ্টেচু অফ লিবর্টি তম্না চৎখি, হল্লকই মীয়াম পুরদুনা। নহা খরনা ঈশিংদা মোটোর বোট থৌদুনা শান্নরি। নোংথক্তনা এরোপ্লেন, হেলিকোপটরশিংনা চেকলা পাইবগুম পাইখ্রি ইথৎ অদু লান্দুনা মথং মথং। ঐগী ঘড়িদা পুং ৯ তারে। অদুবু মফমদুগী কুম্মেদু য়েংদুনা শাথৌগনি কাউরমাল্লে কোরৌহনবদি ময়ানয়াই য়ৌদ্রি মতমদু ফাওবা।

বেটরী পার্কতগী হল্লকপদা নিয়ুয়োর্ক সিটিদা লৈরিবা ইউনাইটেদ নেসনগী বিলদিং অদুদা জাতি কয়াগী ফিরাল পাইদুনা লৈরিবদু উই। মদু উবদা মীওইবগী হক কন্নবগীদমক ইউ এননা হোৎনবগী ৱারী, ইউ এন হৌদোকখিবগী ৱারী, অনিশুবা লাঞ্জাওনা এতোম বোমনা হিরোসিমা, নাগাসাকি তুম্না মাংহনখিবগী ৱারী মথং মথং নীংশিহল্লি।

লম্বী পরেং অমদদি শোরোকতুদা কার ময়াম থাদুনা লৈবা উই। ৱাংখ্র ৱাংখ্রবা

বিলদিং অদুদা লৈরিবা মীশিংগী কারনি। মফমদুদা মীদি অমত্তা উদে। লম্বীদুদা কারগী হোর্ন খোংলবদি দোল্লার ৫০০ ফাইন তৌগনি হায়না ইদুনা থেৎলি। নুমিদাং চুপ্পা থবক শুরুরগা নুংথিলদা মীশিংদু তূমদুনা পোত্থারিবদু কাইদনবনি হায়বা কোন্না খঙবা ঙমলকই। ঐখোয়না অসুম গাড়ী থৌদুনা চৎপনা নিয়ুয়োর্ককী টাইম স্কার যৌবদা নুমিদাং ওইরে। অয়ুক নুংথিলদা লম্বীদা মী অমতা খোঙনা চৎপা উদবনি। নুমিদাং ওইরবা মতমদুদদি মী ময়ামদু কদোম কদোমদগীনো মুকথ্রুবী পাইগুম থোরক্লে। নুমিদাং চুপ্পা মখোয়না কুম্মৈ য়েংদৌরিবনি, হরাও কুম্মৈদা শরুক য়াদৌরিবনি, দুকান্দগী পোৎচৈ লৈদৌরিনি। অসিনি মফমদুদা চৎনরিবা মওং।

এম্পায়ার ষ্টেট বিলদিং অদুদা বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজিগী অয়ৌবী শীজিন্নদুনা কম্প্যুটরগী মৈগী লৈতেং কুম্মৈ উৎলি। এম্পায়ার ষ্টেট বিলদিংদু খৃঃ ১৯৩১ দা শাবা লোইবনি। মদু ফুট ১২৫০ ৱাংবনি। অতুম্বা মতোনগী শরুক অদুনা ফুট ১২.৩০ নি। হান্নদি মদুনা ইফেল টৱারদগী ৱাংবা হেল্লম্বনি। মখাদা লৈরিবা দুকান অনীদুগী মনাক্তা ঙহাক লৈদুনা য়েংলকই। পার্কিংদা কার থাফম ফংদবনা মনুংদা চঙদুনা য়েংবদি ফংলক্তে।

*　　*　　*　　*

বোদাউন পার্কতা চৎলুবা নুমিৎতু জুলাইগী তাং ৪ নি। নুমিৎ অদুদি আমেরিকাগী নিংতমখিবা নুমিৎনি। আমেরিকা সহর খুদিংদা মফম কযাদা মৈগী কুম্মৈ তৌই। আমেরিকাগী কোনুং ৱাশিংটন দি সিদদি পেরেদ তৌই। পিটসবর্গতা কায়নখ্রবা শ্রীদামুদর স্বামীজিদি পেরেদ অদু য়েংগনি হায়। ঐনা পান্নবদি মদুদা শরুক য়ারুসি হায়বনি। নিয়ুয়োর্কতগীসু মফমদুদা চৎপা যাবনি। শিলাগা নির্ম্মলগনদি চৎসি হাযবনি। মদুগীদমক পুং ৮ চংনা গাডীনা চৎকদবা অমুক পুং ৮ চংনা হল্লক্কদবদু ঐনা পামদ্রে। ঐগী খ্বাং নাবদু হৌরক্কুনা য়ুমদা হনবদা অপনবা থোক্কদ্রা চিংনদুনা আমেরিকাগী য়েংবা যাবা মফম কযা য়েংদনা লাকপা তাখি।

বোদাউন পার্কতসু মৈগী কুম্মৈ ফজনা তৌই। মদু য়েংলসি হায়দুনা মফমদুদা চৎলুবনি। পার্ক অদু পিকিপাসিদগী নক্লা অদুম লৈরে। পার্ক যৌরগদি মৈগী কুম্মৈদু সেপটেম্বরগী তাং ২ দা ওইনা পাঙথোকগনি হায়না ইদুনা থেৎলম্বা থেংনরে।

পার্ক অদুনা লৈরিবদু হ্দসন তুরেলগী তোর্ব্বান নাক্তনি। তারমদাইগী মেঙলবা নুংশা মঙালনা তুরেলগী পাক্লবা ঈপাক্তা য়ৈররি। লাইজনা তনিক



বোদাউন পার্কতা অঙাংশিংনা শান্নরিবা

তনিকলি। পার্ক অদুদা অঙাংশিংনা শান্ননবা ঈশিং পেরে কাপখৎলি। ঈশিং কাপখৎলকলিবা অদুগী মরিকতুদা নুংশা মঙালনা য়ৈবদা চুমথাং খল্লি। অঙাং খর ঈশিংদুদা শান্নরে, করনসু মদুদা ঙহাক য়াওহল্লে।

পার্ককী মনাক হ্দসন তুরেলগী তোর্ব্বানদুদা ট্রেন চেল্লকই। মী কয়ানা লম্পাক অদুদা পিকনিক তৌরি, ঈশৈ শকপ, যন্ত্র খোংবা য়াওরি। খর অমনা অচা অথক পুথোকতুনা চামিন্নরি মচি মচিদা মী কয়ানা, হৱাও তয়াম্বা ফোংদোক্তুনা নিংতম্বা নুমিৎপু তরাম্না ওকলিবদু ঙহাক য়েংলগা হল্লকই।

* * * *

নিয়ুয়োর্ককী মমিং লৈবা পার্ক অমদি হাইদ পার্কনি। আমেরিকাদা লৈরিবা নেসনেল পার্ক ৫৪ গী মনুংদা মদুসু অমনি। জাতিগী, ইতিহাসগী, কলচরগী হেরিটেজ ওইরিবা আমেরিকাগী মফম ৩৭০ গী মনুংদা অমা ওইরিবা মফমনি।

আমেরিকানা পৃথিবীগী মনুংদা ইহান হান্না খৃঃ ১৮৭২ দা নেসনেল পার্ক হৌদোকখিবনি। পার্ক খুদিংগী তোঙান তোঙানবা শক্তম অমমম লৈ। শা ঙাগী

য়োকখৎপগী, মহৌশাগী খুদোলশিংবু য়োকখৎপগী পার্ক মখল মখল লৈখ্রে। হাইদ পার্কতা ঐখোয়না চৎলুবদুনা তাং ৮ জুলাইনি।

কার তোংদুনা লম্বী শাংনা চৎলবা তুংদা হদসন তুরেলগী নোংপোকথংবা তোর্ব্বান্দা মহৌশাগী ফজপ্রবা দৃশ্য লৈবা লম্পাক অমদা য়ৌরে। মদুদনি হাইদ পার্ক লৈরিবদু। আমেরিকাগী মমিং চৎলবা নিয়ুয়োর্ক টাইমসনা অদুবু নিয়ুয়োর্ক অমসুং আলবানীগী মরক্তা লৈবা খ্বাইদগী ফজবা মফমনি হায়না শিংথায়।

পার্ক অদুদা চৎতুনা কোয়না য়েংবা হৌই। পার্ক অদু একর ৬০০ কী লমনি।



ফ্রেদরীক উইলিয়ম ভেন্দরভিলট অমসুং মাগী নুপী লুই ভেন্দরভিল্ট



ভেন্দরভিল্ট বিলদিংগী মনুংদা লৈবা দাইনীং রুম।

থুংনা চৎপা ওইথোকতে। মদুদা মখল মখা কয়াগী ফজত্ত্রবা চাওর চাওরবা চহি কয়া পুনশিরবা উচান, হেমলোকনচিংবা পাম্বীশিং হৌরি। ফজবা লৈ শাৎপা পাম্বী,

ফজবা মহৈ য়ানবা পাম্বীশিং কয়া অমসু য়াওরি। পার্ক অদুগী হৈকোল উপাল, লৈকোল, হৈপাল লৈপাল মরক্তুদা কোয়দুনা য়েংদুনা ঙহাক লৈরে।

মী অতৈসু মফম অদুদা য়াম্না য়েংবা লাক্লে। অয়ুক পুং ৯ দগী নুংথিল পুং ৫ ফাওবগী মনুংদা মীয়াম্না য়েংনবা পার্ক অদু হাংদুনা লৈ।

পার্ক অদু খৃঃ ১৮৯৫ দা ফ্রেদরীক উইলিয়ম ভেন্দর ভিলটনা লম লৈরগা মশাগী লৈননবা মফম ওইনা শেমগৎলম্বনি। ফেদরীক ভেন্দরভিলটতকী মপাবুং হেনরী উলিয়ম ভেন্দরভিলট অমসুং মপুবোক কোদোমর ভেন্দরভিলটতি মখোয় মখোয়গী মতমদা আমেরিকাগী খ্বাইদগী ইনাকখুনবা মীশকনি। মপা মপুগী লন্থুম সত্ত্ব ফংহৌবনে, মশানা কন্না নোমদুনা শেল তানবনে – ফ্রেদরীকসু থোয়দোক্না ইনাক খুনবা মীশক ওইখি। মাগী শাগৈ নাতৈ মরীমতাদগী ফ্রেদরীকতি তোপ তোপ্পা গুন চেল্লি। মহাক লাইরিক লাইশু হৈবা মীনি। মতমদুগী শেল য়াম্না পায়বা ইনাক খুনবা মীশিংদি মখোয়গী শেল অদু করম্না শীজিন্নগদগে খঙদবনা মখোয়না হি হোন্দুনা শগোল লোইদুনা, গাড়ী লমজেল তান্নহন্দুনা অমসুং ইমুংগী হরাও তয়ামদা শেলদু শীজিন্নে। মখোয়না ফজবা মমল য়াম্বা ফিরোল শেৎ অপাকপা তুপী উপতুনা হরাও কুম্মে য়েংবা চৎলি। বোল রুমদা, জগোই শাফমদা চৎলি। অদুবু ফ্রেদরীকতি হরাও কুম্মে, অতৈ অতৈ ফংসনদা য়াওবগী মহুত্তা উব্রা, লৈশু মরক্তা লৈজবনা হেন্না পামখি। মীশিংনা উপাল লৈপাল মরক্তা পোথাজদুনা নুংঙাইনবগীদমক মহাক্লা মাগী ময়ুম ইংখোল অদু পার্ক ওইনা শেমগৎলম্বনি।

অদুতা নত্তে মহাক য়েল ইউনিভরসিটি অমসুং অতৈ অতৈ ওরগেনাইজেসন কয়াদসু পুকচেল চাউনা শেলগী মতেং পাংই। মাগী নুপী লুই ভেন্দরভিলটসি পার্ক অদুদা লৈরিবা সেন্ট জেমস চাপেলগী লাইব্রেরীগী বিলদিংসু শারমই। মদুদা কা অমা শেমগৎতুনা নুপীশিংদা অব্রাংবা থাক্কী শিক্ষা পীন্নবা হোৎনরমই। সহর অদুদা রের্দ ক্রোস, দিস্ত্রীক হেলথ নর্সীং সার্ভিস পুরকপদসু লুইগী খুদোল য়াওরি। পার্ক অদুগী ব্রাংমদসু লুই ভেন্দরভিলটনা অফবা থবক কয়া পায়খৎলমই। ব্রার্কিং গার্লসকীদমদক সেন্ট এন্থোনী হোম, সেন্ট জোন অফ দিভাইনগী কেথেদ্রেলনচিংবসু লিংখৎলমই।

অদুগা লোয়ননা মপুবোক কোদোমোরনা থনম্বা শেম্বুম অদুনা মখোয়গী ইমুং মনুংগী মিংচৎ হেনগৎহন্নবসু কন্না হোৎনরমই। পার্ক অদুদা ভেন্দরভিলট ফেমিলিনা লৈরম্বা চাউখ্রবা বিলদিং য়ুমজাও অমা লৈ। মদুগী মনুংদা চঙদুনা য়েংলে। চঙফম কাদা, চাকচাফমদা, তৃমফম কানচিংবদু ফজনা লূনা নান্না লৈতেংদুনা থমই। বিলদিং অদুগী য়ুমশা দেকোরেসন মওং অদু ১৮ শুবা শতাব্দীগী অয়ৌবী থাক্কী আরকিটেকচরনি।

আমেরিকাদা লৈবা শেল পায়বা মীনা তৌথোরকপসি ওন্থোকনা মচু তাখ্রেদকো হায়না খল্লকখি। পির্টসবগতা এন্দ্রু কারনেগীনা মাগী মরল অদু দান তৌথোকতুনা শেমলিবা কারনেগী মেল্লোন ইউনিভর্সিটি, কেথেদ্রেলদা লৈহৌরিবা মানা তমলম্বা খুদোলশিং, নিয়ুয়োর্কতা ভেন্দরভিলট ফেমিলিনা মীয়ামগী নুংঙাইহনবগীদমক শেমগৎলিবদু উরুবদা ঐনা মখোয়বু পুক্লিংদা হন্না হন্না থাগৎলি।

পার্ক অদুবু, য়ুমজাও অদুবু হৈকোল, লৈকোল ঙাকশেন্নদুনা লূনা নান্না লোইশিন খোৎচিন তৌনবা ষ্টাফ ৬০ লৈ হায়।

পার্ক অদুদা পুং অমুক কোয়চৎ চৎতুনা য়েংলে। কপ্লাক চোকলে। হদসন তুরেলদা মাই ওন্দুনা পার্ককী লম্পাক মচি অমদা ফমদুনা ঙহাক পোত্থারগা হল্লকই। ❐

# নিয়ুয়োর্ককী লম্বীদা কার (২)

ঐনা পীকলিঙৈদা মণিপুরদা কার লৈনরমদে। হৱা গাড়ী থৌদুনা লাকপা উবদা অঙাংশিংনা চেন্থোকতুনা য়েংনরমই। গাড়ীদগী থাদোকপা মৈখুগী, থাউগী মনমদু নুংশি হায়দুনা মনমদু নাতোনদা চিংশিন্নরমই। গাড়ীদা অমুক তোংলুরবদি য়াম্না অচৌবা থবক অমা তৌরুবদৌনা চাওথোক্লা ৱারীদৌনা লিনরম্বনি। আমেরিকাদদি কার তোংমনদুনা য়াম্না অৱাবা অমা ওইরে। তোংবা মতমদা হকচাংদা বেলট ফাজিল্লি এরোপ্লেন তোংবদা বেলট ফাবদৌনা। কারগী স্পীদ অদু য়াঙনা থৌবনিনা লম্বী লৈথোক লৈশিন তৌবদা তুদনবনি। পুংদা স্পীদ মাইল ৬৫-৭০ নি থৌরিবা। মাইল কয়া কয়ানি থৌদুনা চৎলিবা।

মণিপুরদা ইম্ফালদগী মোইরাং, কুম্বী, চুরাচান্দপুর, কোহিমা ফাওদং চৎকদবদা ফোরেন কনত্রি অমদা চৎকদগুম ৱানা খন্নে। বসনা লম্বীদা মতেক মতেক লেপ্পুনা চৎপদা নুমিত্তুমদি অদুম কোন্নরে। নোংমদুদা কোন্নে। করিগুম্বদা লম্বী শ্লিপ তারবদি থোইদোক্লা অৱাবা মায়োকনৈ। আমেরিকাগীদি লম্বী থোঙ ওন্থোকনা ফখ্রে। লম্বী পূম্নমক শৃৎ নাল্লি। পাক চাউই, লেন য়ামই। লেন অমগা অমগা হেনজিন্নবা য়াদে। অঙৌবা মচুগী লৈই চিংদুনা লৈ। কারগী ৱা পল্লকপসিদা আমেরিকাদি কারগী লৈবাকনি হায়নিংই। মফম খুদিংমক্তা কারগী কার ঙাক্তা।

ইমুং অমদা কার অনী অহুম, পোৎচৈ পুবা য়াবা গাড়ী অচৌবা অমা অনী লৈবা থেংনৈ। লম্বীদা কার ময়াম ককচেং চৎপগুম মরী মরী চৎলি। নুমিৎ খুদিংগী ফেক্তরীদগী শাবা লোয়বশিংদু চাউখ্রবা ট্রকশিংগী মথক অদুদা মঙা তরুক হাপ্তুনা কার য়োনফম তানা পুদুনা লম্বীদা চৎলি। খর শীজিন্নরবা কার ময়াম অমা মনা মশিং মথা মথা য়োনবগুম পাক্লবা লম্পাক থন্না থন্না থেনদুনা থমই। মী মী অদুগী শেলগী মতুংইন্না, অপাম্বা কারগী ব্রান্দ মার্সিদিস, টোয়োটা, হোন্দা অসিনচিংবা লৈবা য়াই। মীশিংনা অনৌ অনৌবা কার মখল লৈবা তান্নে। কার মনুংদা ফম্লগা রিমোৎ কন্ট্রোলনা গেরেজগী থোঙ হাংই, থোঙ লোনশিনজে। গাড়ী থৌবশিংনা নিয়ম কয়ামরুম ঙাক্তুনা চৎপা তাই। নিয়মদু থুগায়রবদি পুলিসনা ফাদুনা দন্দি ফংবা শোইদ্রে। লম্বীগী মফম খরদদি রাদর, কেমেরা য়ান্দুনা লৈ। থাউমৈ অঙাংবা ঙাল্লিঙৈদুদা খরদং থৌজিল্লবা, নিয়ম অমতং থুগায়বদু ফোটো নমহৌরগা গাড়ী থৌরিবা মীদুদগী ফাইন য়াম্না লৌই।

আমেরিকাগী লম্বী চৎপগী নিয়মদি য়েৎলোমদনি। গাড়ীগী স্টারীংনা ওইরোমদনি। ইন্দিয়াগীদি অয়াম্বা গাড়ীগী স্টারীং য়েৎতা লৈ।

ক্রোসীংদা কারশিংদু কন্না কন্না থৌজিন্নরকই। থেংনরদ্রা হায়দুনা স্বাই লাউবা ফাওই। অদুবু মনাক য়ৌবদা চপ লেপখি। করম্বা গাড়ীনা হান্না চৎকদবনো হায়বা, য়েৎনরা ওইনরা হায়বগী নিয়ম লৈ। মদু ঙাক্লা গাড়ী থৌনবনিনা থেংগায়নবা থোকতে।

মতম খর ঐনা লৈবদুদা কার তোংদুনা লম শাংনা শাংনা চৎপগী অব্রাবা অমা ঐঙোন্দা ফাওরে। ঐগী খ্বাং নাবদু অমুক হৌগৎলকই।

ঐনা য়ুমদগী চৎলমদাইদা খ্বাং নারবসু শোয়দনা চৎলনি ইপুরোইবনা হায়বিরকখিবনি — "নংনা চৎকনু য়াদবনিনা চৎলো। আমেরিকাদা নিংথিনা নশাদু লায়েংথোকউ মফমদুদদি অফবা লায়েং অফবা দাক্তর লৈ হায়বনি" মদুসু নীংশিংই। খর ফরুরগা অমুক নারকপদুদা ঐহাক আমেরিকাদা লৈরিঙৈদা ঐগী ইশাসি লায়েংথোকপা পামখি।

আমেরিকাদদি লায়েংবা হায়বসি অরাইবা লায়েংবা ওইরমদ্রে। লায়েংবগী

ইনসুরেন্স তৌদবা মী অমত্তবু দাক্তরনা য়েংদে।

মী খুদিংনা লায়েংনবগীদমক ইনসুরেন্স য়াওবা তঙাইফদবা ওই। থবক তৌবা মীশিংগীনা মাগী মাগী তলবতগী লায়েংবগী ইনসুরেনস পৈশা কৈ। কনাগু ্র মী অমনা মতম খরগী ওইনা আমেরিকাদা লৈরিঙৈদা নারক য়েকলকপা নত্রগা অশোক অপন থোকপদা লায়েংবা ফংনবা য়ামদ্রবদা থা অমগী দোল্লর ৩০/৪০ গুম্বা চঙনা ইনসুরেন্স তৌবগী চে চাং পায়বা তাই। অদু নত্রবদি গাড়ীনা তকলবসু, খোঙ খুৎ তেকলবসু দাক্তরগী মতেংনা লায়েংবা ফংবা নত্তে।

আমেরিকাদা য়াম্না হৈবা, দাক্তরনা সাইনটিষ্টনা লায়নাগী মরমদা রিসার্চ তৌদুনা অফবা লাইরিক য়াম্না ফোংই। অদুগা হিদাক শেম্বা কম্পানীশিংনসু রিসার্চ তৌদুনা পুথোক্লগা হিদাক শেমই। মদুদা চংখিবা খরচ হঞ্জিন্নবা হিদাক্কী মমলসু য়াম্না ৱাংই। ইন্টরনেটকী মতেংনা লায়নাগী হিদাক্কী মরমদা ঈ পাউ ফংবদি য়াই। মদুগী মতেংনা হিদাক য়োনফমদগী লন্নাই হিদাক লৈদুনা শীজিন্নবনা অয়াম্বনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা সরকরানা হোসপিতাল লিংদুনা প্রজাগীদমক থমই। আমেরিকাদদি সরকারগী হোসপিতাল লৈতে। হোসপিতাল লৈরিবদু প্রাইভেৎ মেনেজমেন্ট ঙাক্তনি। মদুদা লায়েংবা দাক্তরগী মতেং লৌবদা য়াম্না শেল চঙই।

ঐনা ঐগী খ্বাং নাবগী মতাংদা বোন দেনসিটি টেষ্ট তৌবা য়াম্না পামখি। শিলাগী ফেমিলি দাক্তর কেরোল ই মিয়াকে হায়বদুগী মতেং লৌরে। সান ফ্রানসিস হোসপিতাল হায়বদুদা চৎলে। তাং ১৩।৭।২০০০ দনি। হান্না এপোইনমেন্ট লৌরগা অককনবা পুংজাদা উন্নবনি। দাক্তর মিয়াকে হাইবীদু নহা ওইবী, মী পিকতক তৌই। মঙোন্দগী বোন দেনসিটি টেষ্ট তৌহন্নবগীদমক প্রিসকৃপসন লৌবদনি। মদুগী লায়েংমন দোল্লর ১৪০ নি ঐখোয়গী পৈশাদা লুপা ৬৪৪০ নি। ঐখোয়গীসিদা অদুগুম্না য়েংবা ডাক্তরগী ফি অসি লুপা ১০০ পীনৈ। বোন দেনসিটি টেষ্ট অদু কম্প্যুটরগী মতেংননি, মদুগীনা দোল্লর ২৭৮ নি। মথংগী নুমিৎতা গ্রাফ য়েক্কুনা ঐগী শরুগী ওইরিবা মওং অদু খঙহল্লকই রিপোর্টতা। চহি য়ামলকপগী হৌনবা শরু পাথরকলে হায়বগী প্রমান ফংই হায়। মদু খ্বাং নাবগা মরী লৈনদে হায়না খঙহল্লকই। □

# নিয়ুয়োর্ককী জেকসন হাইটস (৩)

আমেরিকাগী সিটিজেনসিপ লৌদুনা লৈরবা ভারতমচা য়াম্না নিয়ুয়োর্কতা লৈ। জেকসন হাইটস হায়না খঙনবা নিয়ুয়োর্ককী কৈথেল অদু ভারতমচাশিংগীনি।

কলিকাতাগী গরিয়াহাটতা, দিল্লীগী চান্দনীচোকতা য়োল্লিবা, লৈনরিবা মওং মতৌ অদুনি। দুকাল মমাংদসু অচোইবা পোৎ হোক্করনা য়োনবা য়াওই।

অকে অমৌ লৈতেংগী পোৎচৈ য়োনবা জ্বেলরী দুকান য়াম্না লৈ। থেন্দুনা থল্লিবা সনাগী লৈতেং য়ামখ্রে। মদুনা মফম অদুদা শেল য়াম্না পায়বা ভারতমচা য়াম্না লৈরে হায়বা তাকই।

সনাগী লৈতেংশিং অদু মণিপুরদা শীজিন্নবা লৈতেংগী পোৎলমগা পুমখেন খেন্নবা ঙাক ওই। মণিপুরগী সনা শাবা খূৎহৈশিংনা শাদুনা পুথোকপা লৈতেংগী পোৎশকতি তোপ তোপ্পনি। মখোয়না ফজবা লৈ, উহৈ, তিলনচিংবা প্রকৃতিগী পোৎলমশিংগী মতৌ তমদুনা শাবা হৈক্রে লিকফাং, মরৈ পরেং অসিনচিংবা উরুরগা জেকসন হাইটসকী দুকানশিংদা লৈহৌরিবশিংদুগা খৈন্নে। মফমদুগী সনা শাবশিংনা মেছিন অফবা, খুৎলাই অফবা শীজিন্নদুনা শাবনিনা লংবদি য়াম্না হেল্লি।

মফমদুদা য়োল্লিবা পোৎচৈ ফিরোলনচিংবা পূম্নমক মমল য়ামই। ঐখোয়গী মিৎয়েংদগী। আমেরিকাগীনা দোল্লরগী হিসাবতা লৈবনি। ভারতকী পৈশানা

কায়থোকলগা দোল্লর ওল্লগা লৈবা তাবনিনা পোৎচৈ লৈদুনা পুরকপা ঙমদে।

হোটেল অমদা চঙদুনা মসলা দোশা চারকই, চু মহি গিলাস অমদা দোল্লর ১৪ পীরমই।

ভারতমচাশিংগী ওইবা কৈথেলদুগা আমেরিকামচাশিংগী ওইবা কৈথেলগসু খেন্নে। আমেরিকানশিংগী কৈথেলদি চাউখ্রবা বিলদিং অমগী মনুংদা ওই। মপালদগী য়েংবদা মফমদুদা পোৎচৈ য়োল্লি হায়বা খঙবা উবা নত্তে। মনুংদা চংখ্রগদি কাখল শেল্ফতা পোৎলমশুনা নিংথিনা থেন্দুনা লৈরমই। বিলদিং অদুমক্তা ফি য়োনফম, খোংউপ য়োনফম, হৈরা ইঙ্খাং মনা মশিং, হিদাক লাংথক, খুজু খুৎলাই হারদ ব্রায়ার, অঙাংশিংগী শান্নপোৎ য়োনফম সেকসন খাইদোক্নুনা থমই।

চান্নবা পোৎচৈ, হৈরা পূম্নমক্তু চেরংনা কুপশিন্দুনা মমল ইদুনা লৈ। লৈবা লাকপশিংনা মশা মশানা ট্রোলী অমমম পুশিন্দুনা শেল্ফতগী অপাম অপাম্বা আইটেম অদু লৌদুনা মদুদা হাপচিল্লি। গেটতা লৈরিবা কম্প্যুটর অদুদা পোৎলমশিংদু অমমম উৎলে। পূন্না মমল অসুক ওইরে হায়না উৎলকলে। পৈশা পিসিল্লি হন্দোকরকই। নুপী অমা নত্রগা অনীতনা থবকশিং অদু পাঙথোকই। পোৎচৈ য়োল্লিবা বিলদিং অদু এয়ার কনদিসননি, লূ নাল্লি, উফুল ব্রাইফুল থাংদে, চেকুপনচিংবা অমত্তা লৈমায়দা তাদে, নিলখোংবসু লৈতে।

ফিরোল শেৎন ইন্নবা পোৎচৈ অখন্নবা পোৎখকতা য়োনবা কৈথেলসু লৈ। মদুদসু লৈবা য়োনবগী মওংদি চপ মান্নে। আমেরিকাদা কৈথেল ফম্বগী সিসটেমদু উরুবদা মণিপুরগী খ্বাইরবন্দ কৈথেল, নুপী কৈথেল নীংশিংই। চপ মান্নবা পোৎচৈ, মনামশিং, ঙা চাক খর খর নুপী ময়ামনা কৈথেলশং অমসুং লম্বীগী মতায়দা শন্দোকতুনা য়োল্লিবা মওং পোৎলক্তা মোৎলিবা, মীয়ামনা ইন্নরিবা নিলখোংলিবা মওংদু মিৎতা শং শংনা উরকই। □

# নিয়ুজরসিদা

জুনগী তাং ৩০ দা ঐহাক নিয়ুজরসিদা চৎপগী তাঙ্গা অমা ফংখি। মফমদুদা কোইবা চৎলুবা নত্তে, মণিপুরী মচা অমা লৈ হাযদুনা মাবু থিবা চৎলুবনি। ঐনা থিবিবা মীশকতু ঐজ্ঞা বিহারী শর্ম্মানি। মহাক ঐগী ইপাম কৈশামথোং তোপ লৈরক্কী ফুরাইলাৎপম ঐজ্ঞা চন্দ্র শর্ম্মগী মচানুপানি। হৌজিক্লা আমেরিকাগী সিটিজেনসিপ লৌদুনা, মফম অদুগী নুপী লৌদুনা লৈরবানি।

মণিপুরদগী লাক্লগা মণিপুরদগী ঐগী ইপামগী ইবুং অমা মফম অদুদা লৈরে হাযরগা মাবু উন্নরমদনা করম্না হনগদগে হাযবা ৱাখল অসিদগী ঐনা মাগী লৈফম কোইথি থিবনি।

নুংশিরকই হৌথিবা নহা ওইবিতৈগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌরম। শোক ১৯৫৬ তা ঐনা দি এম কোলেজদা ইন্টরমেদিয়েৎ সাইন্স তমলিতৈদনি। অহুমশুবা ইন্টর ইউনিভরসিটি যুথ ফেষ্টিভেল দিল্লীগী তালকাটোরা গারদেনসতা পাঙথোকই। ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর জৱাহরলাল নেহরুনা ফেষ্টিভেলদু হৌদোকই। ভেষ্টিভেল অদুদা দি এম কোলেজনা জগোইগীদমক গৌহাটী ইউনিভরসিটি রিপ্রজেন্ট তৌই।

দি এম কোলেজগী ছাত্র ৫ ছাত্রী ৫ ঐনে, অরিবম বিমলা দেবী (এম এল এ ওইখিবী, বিমলা দেবী (আকাশবানী ইম্ফালদা পাউ পাবা ওইখিবী) করবী দত্ত

পুরবী দত্ত মচিন মনাওনে কবুই নাগা জগোই শাই। করবীদত্তনা কৃষ্ণগী জগোইসু শাই। ঐজ্ঞা বিহারীনা বাঁশি খোংবা ওইনা ফেষ্টিভেল অদুদা য়াওনবা ঐখোয় চৎমিন্নে। ওজা মদন গোপাল শর্ম্মানা প্রোফেসর ইন চার্জ ওইনা ঐখোয়বু পুখী।

মদুগী খোঙচৎ অদুনা ঐগী পুন্সিদা ইহান হান্না মণিপুরগী মপান্দা চৎপনি। খোঙচৎ অদু ওন্থোকনা নীংশিংনিংঙাই ওইখ্রে। এরোপ্লেন তোংবসু মদুনা অহানবনি। ঐহাক কোক য়াম্না ঙাওবদগী এরোপ্লেন মনুংদা ওই। ওজা মদন গোপালনা লৈক্লে — নবুং পাইলোট বীরেনদি এ :রোপ্লেন থৌরগা মী পুদুনা চৎলি। অদুগা নংদি কয়াদা পাংখিদ্রবনো মণিপুরদগী শি :চর ফাওবদং এরোপ্লেন তোংবদা ওথোকলিবা।

ট্রেননা টনেল শুরুং ফাওদুনা চৎলি, গৌহাটীদগী ব্রহ্মপুত্র লানবদা ষ্ট্রীমর তোংই। পূম্নমক ঐঙোন্দদি অনৌবা ঙাক্তনি। লংফৈদা চৎপদা চাক ইনশাং চাবা হৈতবা খঙদবগী অৱাবা থেংনরকখি।

ট্রেননা নুমিৎ মরী মঙানি চংনা দিল্লীদা চৎপদু য়াম্না ৱাই। অৱাবা কাওথোক্লবনি হায়দুনা ট্রেনগী কম্পার্টমেন্ট মনুংদা ওজা মদন গোপালনা পুং থিল্লে, ঐজ্ঞা বিহারীনা বাঁশি খোঙলে, ঐখোয় ময়ামনা ঈশৈ শক শকতুনা চৎলি।

মদু ঙরাংতা থোকখিবগুম খল্লুই। মদু নীংশিংলুরগা ঐজ্ঞা বিহারীবু মাগী লৈফম নিয়ুজরসিদা চৎতুনা য়াম্না উন্ননিংখি। চৎখৈ চৎলগা মাগী এড্রেস অদু লান্নরমাল্লে উন্নদনা হল্লকলে। অদুবু খোঙচৎ অদুনা নিয়ুজরসিদা কোইবগী তাঞ্জাদুদি ফংলকলে।

নিয়ুজরসি আমেরিকাগী ষ্টেট ৫০ গী মনুংদা পিকতকপা ষ্টেট অমনি। নিয়ুয়োর্কতা নিয়ুজরসিগদি নক্লরে। অদুবু নিয়ুজরসিদি নিয়ুয়োর্ককুম্না অদুক হাক্লা চাওখৎপা, শেমগৎ শাগৎপগী মমি তাবা উদে। গাড়ী থৌদুনা অসুম চৎপদুদা লমদম অদুগী প্রকৃতিগী নিংথিবা চীং তুরেল, অশংবা উমং ৱামং অদুনদি অউবা ঐখোয়গী পুক্লিং শুমহৎলি।

হেন্দোক্লা পুক্লিং চিংশিনখিবদি মফম অদুদা লৈরিবা জেল অদুননি। ঙাংলি ঙাংলি তৌবা জেলগী বিলদিং অদু চীংদোংমচা অমগী মথক্তা লৈ। মদুদগী

য়েংথরকপদা হ্দসন তুরেলনা নিংঙাইদনা চেল্লিবদু উই, নাকল অমরোমদা কেটসকীল মাউনটেনগী শুমহৎপা শক্তম।

জেল মনুংদু ফাইব ষ্টার হোটোলগুম্বনি। মিয়াৎ তারবশিং অদুনা য়েংনবা টি ভি, শান্ননবা, শাজেল তৌনবা শান্নবুং, শান্নবগী খুৎলাই, শান্নপোৎ – ভোল্লিবল, বাস্কেটবোলনচিংবা লৈ। অফবা চিঙ্গাক পীজদুনা শান্নহনদুনা, হরাও তয়াম্না থশ্বীদুনা মরাল লৈরবা মীশিংদুবু অফবা নাগরিক অমা ওইনবা আমেরিকা সরকারগী থৌশিলদুবু থাগৎতবা ঙমদে।

মখোয়শিং অসিগীদমক কনানা শেল পুথোকপগে হংলুবদা খঙই – "প্রজাদগী টেক্স লৌরিবা অদুনা লম্বী থোঙ শেমজিনবা, শেমগৎ শাগৎপা অমসুং মিয়াৎ তারবশিং অদুগীদমক্তসু ফন্নবা শিল্লিবনি সাসন পুরিবশিংনা। অদুনা আমেরিকাদদি টেক্সকী টেক্স ঙাক্তনি। থোঙ লানবা খুদিং, টনেল লানবা খুদিং চৎখিবসু হল্লকপসু টোল টেক্স পীবা তাই।

আমেরিকাদা লেম্না থবক অমতা তৌদে। পূম্নমক পৈশা চঙই। নিয়ুজরসিদা চৎপদু ৱাশিংটন ব্রীজ লাম্বেল্কগা চৎপনি। নুমিৎ অদুদি ট্রাফিক জাম ওইদুনা ওম্বেক্ল কুইনা থোঙ ময়ায়দুদা গাড়ীদু লেপ্তুনা লৈখি। হ্দসন তুরেলগী মথক্তা ৱাং চাউবা চীংলেম্বা থোঙ অদু জর্জ্জ ৱাশিংটনবু নীংশিংনবা মহাক্কী মমিং থোনবনি।

অসুম্না আমেরিকাবু শেমগৎলকপদা অচৌবা শরুক য়াখিবা মীওইশিংগী মমিং লৌদুনা থোঙবু, টনেলবু মীং থোল্লি। আব্রাহম লিনকনগী মীং থোনবা লিনকন টনেলদু নোংমদি লান্দুনা চৎলুই। লম্বী শোয়দুনা টনেলদু লানবা তাখিবনি। মদু অসুম্না তৌবনি। নিয়ুয়োর্ককী সেন্ট্রেল পার্কতা চৎপদা গাড়ী থাফম লৈতবদগী গাড়ী থাফম থিবদা মাংলোমদা গাড়ীদু থৌবনি। মমায় লৈফম জাগা নত্তনা মরক্তা গাড়ী মমায় লৈবদি য়াবা নত্তে। অদুদগীদি লম্বী ওন্নদুনা টনেলদুদা লানশিল্লে। টনেলদুগী অরোইবা শরুক অদু ফাওবা থৌরে। মরী লৈনবা মীনা ঐখোয়না টনেলদুদা লাকপগী মরম হংলে। লম্বী শোয়দুনা লাকপনি হায়বদা মদুগী দণ্ডি ওইনা ফাইন লৌহৌই। লম্বী ওন্নবা অদুগী মপান্না লিনকন টনেলগী ওইরিবা ফিভম, টনেলদু উবা ফংঙকই। লেন অনী লৈ। লাইট ফজনা থাল্লি। মনুংদু শৃৎ

নাল্লি। আমেরিকাগী ষ্টেট অমগা অমগা টনেলনা শমজিন্নবগী মওংদু খঙবা ঙমলকই।

নিয়ুজরসিদগী নিয়ুয়োর্ক লানশিল্লকপদুদা ষ্টেট অনিমক্কী কনট্রি সাইদ, লেন্দ স্কেপ, এরোপ্লেন পাইবা তমফম, কিউলিন্যারী ইনষ্টিটিউটনচিংবা উবা ফংলকই। আমেরিকাদা অচা অথক থোংদুনা য়োনবা তারবদি কিউলিন্যারী ইনষ্টিটিউটদা হান্না তম্বা, ট্রেনীং ফংবা তাই।

মসিনি খেন্নরিবা হায়ববু মণিপুরগীদি কৈথেলগী মচি অমদা, লম্বী শোরোক্কী মতাইদা মী অমনা হেক্তো চা কাংভৌ বোরা, শিংজু য়োনবদা অথিংবা লৈতে।

ঐহাক আমেরিকাদগী য়ুমদা হল্লনি হায়বা তাবদা নির্ম্মলগী, শিলাগী মরুপ মপাংশিংনা মথং মথং চাক্কৌদুনা চারকই। জুলাইগী ৯ দা নির্ম্মলগা মাগী অফিসতা থবক তৌমিন্নবা প্রদিপ পটেলনা চাক্কৌদুনা মাগী ময়ুম পিকিপসিদা দিন্নর চাবা চৎলুই। প্রদিপ পটেল গুজরাটতগীনি। মহাক্কী ইমুং মনুংগী মী-মাগী নুপী, মচা মনে পুম্নমক্কা লোয়ননা ইন্দিয়াগী, আমেরিকাগী খেন্নবা, মান্নবা, কয়া ৱারী শানা শানা গুজরাটি ইঙ্খাং মথেল চামিন্নরকই।

পঞ্জাবতগী নিয়ুয়োর্ককী ৱাপীঞ্জর ফোলসতা লৈবা, শীলাগী মরুপ সুরেশতা অমসুং মাগী নুপা বিরেন্দ্রনা চাক্কৌদুনা পঞ্জাবীগী ইঙ্খাং মথেল চারকই তাং ১১ দা। বিরেন্দ্রদি ঐনা শরুক য়ারুবা পিছ কনফরেন্সকী, ইউ আর আইগী মরমদা য়াম্না ইন্টরবেষ্ট লৌনা ৱারী শান্নে। মঙোন্দা কনফরেন্সকী চে চাং খর পীবমই।

ঐগী য়ুম্ন শগোলবন্দ তেরা কৈথেল পুখ্রম্নম লৈরক্কী খুবাইজম নিংভোল দিপামালানা মাগী ময়ুম ক্রোটন হদসনদা চাক্কৌদুনা য়ুম চৎলমদাই তাং ১৫ দা মৈতৈগী চাক ইঙ্খাং, ইরোনবা বোবা পকৌরানচিংবা অমুক চামিন্নবে। মাগী নুপা প্রভাকর ভট্ট ইঞ্জিনিয়রনি। মণিপুরদা মতম খর থবক তৌরমই। মহাক মণিপুরগী মরমদা য়াম্না খঙই। থবকতগী রিটায়র্দ তৌরবা তুংদা মণিপুরদা লৈনিংবনি। অদুবু মফমদুগী মীশিংনা ময়াংবু য়েংথিবদুদা — কয়া অমা হায়হৌই। মণিপুরগী শান্তি রক্ষাগী মতাং, অতৈ অতৈ ৱারী ৱাতায় শাংনা শান্নরকই। ফোটো

নম্মীনরকই। □



অইবী, মনাওনুপী শীলা, দিপামালা



যামিনী, দিপামালা, নির্ম্মল, প্রভাকর

# আমেরিকাগী খোঙচৎ লোইশিল্লকপদা

ঐনা আমেরিকাদগী হল্লকপদা মী কয়ানা ঐঙোন্দা ৱাহং কয়া হংই – আমেরিকাদগী করি তমনিংঙাই ওইবা, কান্নবা করি পুদুনা লাকপগে? নঙোন্দা করি ইথিল ফাওরকপগে? অসিনচিংবা ৱাহংদু য়াম্না মরু ওই হায়না খল্লি মরমদি ঐখোয় ইরমদম অসিবু হেন্না চাওখৎনবা হোৎনবদা অতৈ অতৈ লমদগী কান্নগদবা বুদ্ধি লৌশিং ৱাখল, টেকনোলোজি লৌশিনবা তমশিনবা য়াম্না মরু ওইবনি।

আমেরিকাগা মণিপুরগা খেন্নবা য়াম্না লৈ। অদুম ওইনমক অমনা অমদগী তমনিংঙাই ওইবা কয়া লৈতবা নত্তে। মণিপুরগী মীদি য়াম্না চমই, পুকচেল ফজে। অরাকপা অতিথিবু তরাম্না ওকতুনা লৈজবা পোৎচৈ পিজ পিথক তৌদুনা মখোয়বু হরাওহন্নবা সেবা তৌবা চৎনৈ। মীগা মীগা লৈনবা মরীদা মণিপুরগীদি য়াম্না নকশিন্নে। মণিপুরগী সমাজদা লুহোং খোংদোংবা, অশি অনা থোকপদা মীয়াম্না হংদুনা লৈত লাইরদা, অৱা নুংঙাইদা শরুক য়ামিন্নে।

আমেরিকাগী কলচরদি মদুগী ওন্ন তৈনবনি। মী উন্নবদা খুৎ শোক্লবা, থাগৎপা ফোংদোকপদু ঙহাক ঙহাক্কী ওইনা তৌই। মী অমগা অমগী লৈনবা মরী লাপথোকনৈ। মদুগী খুদম অমতং হায়রবদা ইনক নক্লা যুমথংননা লৈমিন্নবা মীদু

ফাওবা কৌনদে। কোয়থোক কোইশিন তৌদুনা ব্বারী ব্বাতায় শান্নবা তৌদে। উন্নরগা "হাই" হায়দুনা খুৎ থাঙ্গৎনবদি তৌই। য়ুম্নুদগী হান্না অয়াবা লৌদনা মীদুগী ইংখোল কম্পাউন্দদা চঙলুবা য়াবা নত্তে। লৈ মনা অমা পৎ থৎলুবা য়াবা নত্তে। মী অমনা অমবু থাজনদবগী খুদমনি। মী অমগা অমগা লৈনবা নুংশিনবা, থাজনবা মরীদি য়াম্না ব্বাৎলি। অদুবু য়ুমদা হুরান চিঙ্খিদি তৌনদে। মশা মশাগী গাড়ী, পোৎচৈ মপান্দা হুন্দোক্তুনা নুমিদাংদস্নু অদুম থমই। মদুদা হন্না য়েংনদে। মদু মীশিংদুগী মশাগী অৱাৎ অপা লৈতবদগীনি।

ঐখোয়গীদা নহা ওইবশিংনা মথক থোংবশিংদা খুরা, তাদা মামা, ইচে, ইন্দোল হায়না মিঙ্গৌনবা চৎনৈ। আমেরিকাদদি অঙাং অমনসু মথক থোংবা অহলদা মমিং অদুম কৌবা চৎনৈ। নুপীনা মাগী নুপাগী মমিং ফান্না অদুম কৌনৈ।

চৎনবী হায়বসি লম লমগী মীশিংনা শেম্বনি। মদু ময়াম্না য়ান্নদুনা চৎনবনি। আমেরিকাদা মীশিংনা চাক চারগা মচিল তেংদে। ফোর্ক চামচ শীজিন্নদুনা চাবনিনা খুৎ হামবগী দরকারসু লৈতে। অমাংশং চঙদুনা খোঙহাম খুৎহাম তৌবদসু ঈশিং শীজিন্নদে। চেনা তৈথোকই। বার্ডরুম শীজিন্নবা লোইরবদা খুৎতি য়াম্না হাম্মী।

মীরমদগী লাকপা মীবু থৌওইনা তৌদে। মখোয়গী মরোলগা মান্ননা ঙাংদবদু অদুম হন্থনা য়েংই। কুচু ঙৌবা অমুবা মীগী খেন্নবা লৈতে হায়না মপানথোংদা হায়রগসু খেন্নবগী মওংদি অদুম উবা ফংই। মখোয় লাই নিংব্রা নিংদব্রা খঙদে। মখোয়না লুহোং খোঙদোংবদা চর্চ্চতা পাঙথোকই। হরাওকুম্মৌদা ঐখোয়গী লমদা থাবল চোংবা, চাকচা হৈজানবদা মাইক পান্দুনা তৌবগুম মফমদুদা তৌদে, লুহোংবদা কার পরেং লেংদুনা চৎপা অসিনচিংবা তৌবা থেংনদে। ৱিক এন্দদা ক্লবতা চৎপা, লম কোইবা সিনেমা য়েংবা অসিগুম্বদি থেংনৈ।

আমেরিকাগী লম্বী থোং য়াম্না ফৈ। কংফাল লম্বীদা কার, বস, ভান, ট্রক্কা, ঈশিং লম্বীদা জহাজনা, নোংথক্তুনা এরোপ্লেন, হেলিকোপটরনা চখোক চৎশিন

তৌবা, লল্লোন ইতিক তৌবদা য়াম্না খুদোং চাহল্লি। কংফাল লম্বীদু ওম্থোকনা পাকচাওই। লূ নাল্লি। লম্বীদা উফুল ৱাইফুল চেজেৎ চেকুম চাইথোক্তে। লম্বীগী নাকল অনীমক্তা অশংবা উপাল লৈপাল হৌহন্দুনা য়েংবদা ফজহল্লি, মীৎ ঈংহল্লি, অকোয়বগী নুংশিৎ শেংহল্লি। য়ুমদসু মীশিংনা মাগী মাগী ইংখোলগী কম্পাউন্দদু চয়োলগী ওইনা নাপী মতোল ককতুনা ফজনা থমই। ঐদি থবক শংদে, পৈশা লৈতে হায়দুনা নাপী ৱাংনা হৌহন্দুনা থম্বা য়াবা নত্তে। য়ুম ইংখোলদু ইমোৎ মোৎনা থম্বা তারবদি আইন লৈবদু শীজিন্নদুনা য়ুম্বদু দণ্ডি ফংই। নাপী ককতুনা তেন্না চাং মান্ননা থম্নবা মী নেকপা তাই নত্রগা লন্নাই তৌজবা তাই। নাপী ককপা লাকপা মীদুনা মশাগী গাড়ীদা মেছিন হাপচিন্দুনা পুরক্লগা হনখি। পুংদা দোল্লর ৩৫ গী চাংদা পৈশা ফংই। থবকতা চিলহাওসু থিদে। আমেবিকাদদি দিগনিতি অফ লেবর লৈ। অমোৎ অকায় শেংদোকপা মী, নাপী ককপা মী, শম খুজিল ককপা মীসু অফিসতা থবক তৌরিবা অফিসব অমনা নোংমদা ফংবা পৈশাগী চাংগা মান্ননা ফংই। অদুনা মীশিংনা অফবা চিঞ্জাক চাবা, ফজবা ফিবোল শেৎপা, মশাগী গাড়ী লৈবা ঙমই। অদুনা হায়নরিবনি আমেরিকাদদি লাইরবা লৈতে। নুপা অমগী শমককপদা দোল্লর ১৪ নি। শম ককপদু নুপীনা অয়াম্বা তৌই। মখোয়দু ট্রেনিং ফংলগা থবকতু তৌরিবা ঙাকনি।

আমেরিকাদা লূ নানবগী মতাংদদি আমেরিকাগী লম্বী শোরোক য়ুম ইংখোলদা নত্তনা কৈথেল, রেস্টুরেন্ট, পার্ক তুরেল তোর্ব্বান, বস, ট্রেন এরোপ্লেন মনুং ফাওবা শৃৎ নাল্লি। চান্নবা পোৎচৈ বিস্কুটনচিংবা য়োল্লকপা প্লাষ্টিক খাউ, চেজেৎ, চেনচিংবদু শীজিন্নরবা মতুংদা মফমচানা চানা লোইশিল্লি। এরোপ্লেন মনুংদা ফাওবা এয়ার হোষ্টেসশিংনা অচৌবা বেগ অমদা চেজেৎ, চেকুমদু খোমজিল্লগা পুনশিন্দুনা পুথোকখি। য়ুমগী অমোৎ অকায়, কৌটানচিংবদু য়ুম্বুশিংনা য়োমশিন্দুনা থমই। হাপ্তাগী ওইনা নোংমা মদু লৌবা গাড়ী লাকই। ফত্তবা পোৎশিং অদু খন্দোক খঞ্জিন তৌরগা খরনা রিসাইকল তৌনবা থাখি। খরনা মৈ থাদোকই। খরনা ফুমজিল্লি। লম্বী শোরোক্তা উহৈ ৱাহৈ মকু, চেজেৎ চুরুট মথিনচিংবা থাদবা য়াদে।

অদুম তৌরবদি মীদু দণ্ডি ফংই।

ঐখোয়গীসিদা মীশিংনা নিংঙাইবা লৈতনা লম্বী শোরোক্তা, তুরেল খোংবান্দা, নালাদা, কৈথেল পোৎলকনচিংবদা হুন্দোকলিবা শীজিন্নরবা প্লাষ্টিক্কী পোৎ, মীগী অমাং অশোয়, অমোৎ অকায় পংলং লংথোকলিবা শক্তম, মদুনা ঈশিং নুংশিৎ মোৎহন্দুনা হকচাং ফৎহন্দ্রিবা কয়াসি আমেরিকাগী মীশিংনা উরগদি ওন্থোকনা তুক্কচগনি। ঐখোয়বু হন্থনা য়েংবা শোয়দবনি।

ইন্দিয়াসু আমেরিকাসু দিমোক্রেসি চৎপা লৈবাকনি। মীগী অধিকার নিংতম্বা সংবীধাননা পীরিবনি। আইন কয়া লৈরিবনি। খেন্নবা হায়ববু আমেরিকাদদি মীশিংনা সংবীধানবু, আইনবু ফজনা কিনা লুনা ঙাকতুনা চৎলি। পুলিসনবু নিয়মশিং অদু ঙাকহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই। মরাল লৈবগীদমক মী অমবু ফারবদি শেঞ্জা থুমজাগী মতেংনা নম্থোকপগী ৱাদি লৈত্রে। আমেরিকাদা মী অমগা অমগা খেন্নদেদি হায়। অদুবু অঙৌবা জাতিগা অমুবগা খেন্নবা উবা ফংই। লোয়ননা লাইরবগা ইনাকখুনবগা, লাইরিক-লাইশু হৈবগা-হৈতবগা খেন্নবদুসু অদুম লৈ। ইনাকখুনবগী লৈকাই, লাইরিক-লাইশু লৈকাই তোঙানবা শেমদুনা লৈবা থেংনরকই।

শেঞ্জা থুমজা তৌবগী মতাংদা ঐখোয়গী অসিদা থেংনরিবা অফিসকী ফাইল মাঙখ্রে হায়বনচিংবা ৱাফম আমেরিকাদা লৈতে। মী মী অদুগী ফাইলদু কম্প্যুটরদা থম্লগা অপাম্বা মতমদা অদুমক য়েংবা য়াই। ইন্টরনেটকী মতেংনা লম অতৈগা ঈ পাউ ফাওদোকনবা ঙমই। মবাল অমা তৌরুবসু ফোটোগা কোন্ননা হেক্তা উখোরকই। আমেরিকাদা মতম খর লৈদুনা পেনসিলভেনিয়া ৱেষ্ট ভরজিনিয়া, নিয়ুয়োর্ক, নিয়ুজরসিনচিংবা মফম খরদা য়ৌদুনা নুপীশিংগী এমপাৱারমেন্টকী মতাংদা খরদং থিজিনবগী তাঞ্জা ফংখি।

পিটসবর্গতা লৈরিঙৈ কনফরেন্স তৌরিঙৈ মনুংদা নোংমদি ঐনা কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটিগী রঙ্গোজ হোলদগী কুমথরকই। মখাগী ফ্লোর অদুদা মশা পাতক তৌবী, চহিদি খর ৱাইশিল্লবী নুপী অমা সোফাদা ফমদুনা মোজা লোন্দুনা লৈরমই। মহাক অদু ইউ আর আইবু হৌদোকপা ৱুইলিয়ম-ই স্বীংগী নুপীনি।

ঐনা মনাক্তা চংশিন্দুনা শক তাক্লদুনা মহাক্কা ৱারী হৌই। ঐনা হায় – অদুক য়াম্না মশক নাইবা বিশোপকী নুপী ওইরগা করিগী মোজা লোল্লিবনো?

নোকমি নোকমি তৌদুনা মহাকনা পাউখুম পিরমই। "ঐগী ইশুগীদমক লোনবিরিবনি। ইখুৎনা লোল্লগা ইচা ইশুশিংদা ফুরীৎ ফিরোল থোনবিবসি ঐগী নুংঙাইজবনি।"

নুপীদু মমাংঙৈগী মতমগী নুপীনা য়ুমদা লৈদুনা মচা মশু চান্না য়েংশিনবিবা, কোনবিবা নুপী কাংলুপ অদুগী মনুংদগীনি। অথোৎ অমেংদা হৈনজবীনি। হৌজিক মতমগী কন্থা কলেম্নবা নুপাগুম শেৎ চাবা, শমককলাকক তৌবা অদু নত্তে। ঐনা মাগী ৱাদুদা ৱাপাংশল্লি – "নুংশিবা হায়বসিনা ঐখোয়বু অসিগুম্বা থবক অসি তৌহল্লিবনিনে।"

মহাক য়ানিংই। ঐখোয় অনি ৱারী ফন শাংনা শামিন্নদুনা লঞ্চ মতম ফাওবা লৈরে। ঐনা হংনিং হংনিংবা ৱাফম কয়াসু মঙোন্দা হংদুনা আমেরিকাগী নুপীগী মরমদা ৱাফম কয়া খঙনবা হোৎনরকই।

আমেরিকাগী নুপীশিংদি য়াম্না নীংতমই। মখোয়না তৌবা থবক্তা সমাজনা অপনবা পীদে। মখোয়না শেৎনিংবা শেৎলি চানিংবা চাই। থবক শু নোম্বদসু মসিনা নুপানা তৌগদবনি, মসিনা নুপীনা তৌগদবনি হায়না খায়দোকপসু তৌদে। য়ুমগী চাকখুমগী থবকসু নুপীতনা তৌদে। নুপাসু নুপীসু অমনা অমগী মতেং পাংনৈ। করিগুম্বা ফংসন অমা তৌবগীদমক শেমদোক শেমজিন তৌবা দম্বুর খনদোক খনজিন তৌবগীদমক নুপা নেকলুবা থেংনৈ। নুপা অদু তঙাইফদবা থবক অমগী চৎখ্রে হায়দুনা মাগী নুপীদুনা মহুৎ শিন্দুনা লাকই। খুজু খুৎলাই হাপচিল্লগা নুপীদুনা গাড়ী থৌরগা লাকই। হোরাই, নুংথং পায়দুনা শেমজিন শাজিনবগী থবক্তু তৌরবা থেংনরুই।

আমেরিকাদদি স্কুলগী অঙাং থিনবা গাড়ী নুপীশিংতনা থৌই। মদু মমা মপানা মচাশিংবু নুপীদা শিন্নবনা হেন্না থাজবদগীনি হায়। নুপীশিংনা অফিসতা, ফার্মদা, ফেক্তরীদা দুকান্দা, কৈথেলদা, হোটেলদা থবক অমা নত্রে অমা তৌই। মদুগীদমক মশানা কার থৌদুনা নত্রগা ট্রেন তোংদুনা লম শাংনা শাংনা থবক মফমদা চৎলি।

ফুল টাইমগী থবক ওইরগনা অয়ুক পুং ৮ দা চৎলি, পুং ৬ তা য়ুমদা হল্লকই। অঙাং পীকলিঙৈ মতমদনা নুপীশিংনা পার্ট টাইম থবক তৌনৈ।

নুপীশিংনা চাকখুমদা থোং থাকপগী থবক্তা মতম শাংনা চংহন্দে। অয়ুক্কী ব্রেক ফাষ্ট চারগা চাকলেন্দি মাগী মাগী থবক তৌরিবা মফমদুগী কানটিন্দগী লৈদুনা চানৈ। নুমিদাংগী চরাদি য়ুমদা ইমুং মনুংগী মীশিং মচামশু লোয়ননা পূন্না ৱারী ৱাতায় শাদুনা চামিন থকমিন্নবা তৌই। মদুগীদমক থোং থাকপা তৌবদসু মতম চংহন্দনবা চাকখুমদা ইলেক্ট্রিক্কী ওভন, মাইক্রো ৱেভনচিংবা শীজিন্নে। অদুনা চা কোফী শেম্বা, চাক ইঙ্খাং থোং থাকপদা, শাহনবদা অসুক্কী মতিক থুনা পাঙথোকই। অয়াম্বা মতমদা রেদীমেদ চিঞ্জাক লৈদুনা শীজিন্নে। কপ প্লেট, ফোর্ক, চামচ, কোললিক ফেংবা চামবা মতমদসু ৱাশিং মেছিনগী মতেংনা ইরায় লায়না পাঙথোকই।

নুপীশিংনা থবক কন্না শু নোমই। মখোয়না হকচাং ফহনবা চীঞ্জাকসু ফজনা চাই। পোত্থানবা, হরাও তয়ামনা শরুক য়ান্নবগীদমক মতম কায়থোকই। ছুটি নুমিৎতা থাংজ নোংমাইজিংদা অথাপ অথাপ্পা মফমদা লমকোইবা চৎলি। হরাও কুম্মেগীদমক্তা ক্লাসতা চৎলি। সিনেমা য়েংবা চৎলি। অঙাংশিংবু পার্কতা পুদুনা শান্নহল্লি। মফম তাদুদা অচা অথক চাদুনা, ঈশৈ তাদুনা হরাওনা নুংঙাইনা পোত্থাদুনা লৈ।

আমেরিকাগী নুপীশিংদি শক চু য়াম্না শেমই। কে মৌই। অহল ওইখ্রবী নুপী ফাওনা মচিনবাল ঙাংনা শংই, খুজিল শংই। থোংউপ অৱাংবী তোংই। ফি অহনবা শেৎলি। কেদ্রগদি মী অতৈনা মখোয়দা হন্না য়েংদে, মতেং পাংবীনবা হায়জবদসু য়াবীদে হায়।

মখোয়দু উরুবদা ঐগী পোক্লফম লমদমগী ইমা ইচে ইনাওশিংবু নীংশিংই। মখোয় কয়ানা চরা অনীশুনা চাদবা ফিরোল নীংথি নুংঙাইনা শেৎনবা লৈতবসু য়াওরি। মপান্থোংগী শক্তমদা কেদ্রবসু মণিপুরগী নুপীশিংদি য়াম্না লূ নানবদদি মপা লৈতে হায়বা য়াই। মণিপুরদা নুপীগী এমপাৱারমেন্টকী মতাংদা ৱা ঙাংনবদা মৈরা পাইবীগী ৱা হৌদোকনৈ। মদু মণিপুরগী নুপীগী অপূনবা শক্তি উখোকপগী

তোপ তোপ্পা ইহৌনি হায়না য়াম্না লেমজনা ফোংদোকনৈ।

মণিপুরদা প্রোহিবিসন চৎনরিবনি। হায়বদি আইননা য়ু থকপা থিংলিবনি। অদুবু মীশিংনা আইনবু থৌওইদদুনা য়ু অদুম থকই। য়ু থকপা মীশিংনা ঙাওশিন্নবা ইমুংদা অমসুং সমাজদা অমাং অতা কয়া থোকহল্লি। মদুগী মায়োক্তা নুপীশিংনা মৈরা পায়দুনা অহিং মিৎশেং খাঙদুনা নিশা থিংবদগী মখোয়বু মৈরা পাইবী হায়না খঙনখি। নুপীশিংনা থবক কন্না শু নোমগদবা মতম কায়থোক্লুনা মৈরা পায়দুনা, অহিং মিৎশেং খাঙদুনা নিশা থিংবগী কলচর অমা শেমগৎলকখিবনি।

আমেরিকাদা য়ু থকপদা অথিংবা লৈতে। য়ু হায়বসি চিঞ্জাক্কী মথেল অমনি হুইসকি, চারদোনেট, মারলোট, জিনফানদেল, সৌভিগনোন ব্লাঙ্কনচিংবা য়ুগী মখল, বিয়ারগী মখলদা বদৱিজর, মিল্লর, কোরোনানচিংবা কয়ানি য়োল্লিবা। মীশিংনা থকনিংবা মখলদু লৈদুনা অদুম থকই নুপাসু নুপীসু। অদুবু লম্বীদা য়ু ঙাওবা মী অমত্তা থেংনদে। য়ু থক্লগা গাড়ী থৌবদি আইন্না থিংই মশানা য়ু য়াম্না থকলুরবদি মাগীদমক অতোপ্পা মী অমবু গাড়ীদু থৌহনবা তাই। মীশিংনা আইনবু ফজনা ঙাক্লুনা চৎপনা আমেরিকাদা মৈরা পাইবী লৈহৌদে। আমেরিকাদা মী খুদিংমক নীয়ম ঙাক্লুনা চৎপদি নত্তে। নীয়ম থুগাইবা মী কয়া লৈ। য়ু থক্লগা কার থৌবদা এক্সিদেন্ট থোকপদগী মী কয়া শিরিবনি।

আমেরিকাদা নুপীশিং য়াম্না নিংতমই হায়দুনসু নুপাশিং নুপীশিং নুপীদা ওৎনৈবা, ইভটিজিং তৌবদি লৈ। ঐনা নিয়ুয়োর্কতা লৈরিঙৈদা বেটরী পার্কতা থোকপা ইভটিজিংগী থৌদোক অমা থেংনৈ। ফ্রান্সতগী লাকপী ফোরেনর নুপী অমা, মাগী নুপাগী মমাংমক্তদা নুপা ময়াম চংদুনা মফি মরোল শেগাইবীদুনা মফি থোকপিখি, ইকাইবা নংহনখি। অদুগুম্বা থৌদোকতু অতৈ মফম কয়াদসু অদুম থোকপজাৎনি। নুপানা নুপী ফুবা, নুপী থিনা তৌবা আমেরিকাদসু লৈ। ফুবদগী হেন্দোক্লুনা হাৎপা ফাওবা য়াওরিবনি। অদুনবু আমেরিকাগী নুপীশিংনসু নুপীগী অধিকারগী মৎপিবগী মায়োক্তা, জেন্দর বাইয়জ লৈবগী মায়োক্তা ইহৌ চথরিবনি।

অদুগুম্বা নুপীদা ওৎপী নৈবীবগী থবক অমা থোকপদা আমেরিকাদদি লোৎশিনবা, খুমজিন্নবা তৌদে। মদুবু কুপ্না থিজিন্দুনা মরাল লৈবা মীদু দণ্ডি ফংবদি

শোয়দ্রে। অসিনি ভারতকীগা খেন্নবা। নুপা নুপী খায়নবগী চাং অসিসু আমেরিকাদা য়াম্না ৱাংই। খায়নরবা মতুংদসু নুপীনা হন্না লুহোংবদসু নোক্লবগী ৱা লৈতে।

মচাশিংনা চাউরক্লুনা লুহোংলবা তুংদদি মমা মপাদগী তোঙান্না লৈখিদুনা মানা মানা পাম্বা মওংদা চত্থনখি। মচাদুনা অহল ওইরবা মমা মপাবু সেবা তৌদুনা য়ুমদা লৈমিন্নদে। অদুগী মহুৎতা অহল ওইরবশিংগী লৈফমদা থম্বা চৎনৈ।

আমেরিকাদা অঙাংবুদি য়াম্না লুনা চান্না তৌবগী য়াম্না ফংই। রিসার্চ তৌদুনা অঙাংশিংগীদমক অফবা চিঞ্জাক শেমই, শান্নপোৎ মখল মখল পুথোকই। কৈথেলদা চৎপদা অঙাংশিংগী শান্নপোৎ য়োনবা দুকান য়াম্না লৈ। মদুদা অনৌবা টেকনোলোজি শীজিন্নদুনা পুথোকপা নুপামচাশিংনা পামজবা মখলগী শান্নপোৎশিং সুপরমেন, বেটসমেন, এষ্ট্রোনোট, স্নোমেন, রোবোৎনচিংবা অমসুং নুপীমচাশিংনা পামজবা শান্নপোৎ বাৱী দোলস, ইলেকট্রোনিক্কী মতেংনা ৱা ঙাংহনবা, মী, শা, উচেকনচিংবা লোয়ননা এদুকেটিভ টোইজশিং, য়ুমকৈ পানখৎপা শিদোকপা এরোপ্লেনচিংবা শিদোকপা পানখৎপা মখল মখাগী শান্নপোৎশিং লৈরিবদুদা য়েংবদা পুং কয়ানি চংলিবা।

শান্নপোৎ য়াম্না পুথোকতুনা কারবার চত্থরকপা কম্পানী কয়া লৈরকপদুদা পাখৎতুনা মী কাংবু অমনা অমুক রিসার্চ তৌই। মখোয়না পুথোকই "শান্নপোৎকদা লোয়নদুনা লৈহনবনা অঙাংশিংবু নেচরদগী থৈদোকহল্লে।"

আমেরিকাগী লম্বীদা থৌনরিবা কারগী স্পীদতি পুংদা মাইল ৬০-৭০ গী মথক্তনি। অদুবু অঙাংগীদমক্তা য়েংদুনা শান্নবুং মপাদা, স্কুল লৈবা মপাদদি স্পীদ অদু ২৫-৩০ দা হন্থবা তাই। মদু নিয়মনি থুগায়বা য়াদবা।

অঙাং থিনবা স্কুল বস পুম্নমক নাপু মচু লোইনা শংই। মফম অমদা গাড়ী অদু লেপ্তুনা অঙাংশিং কুমথবা, কাখৎপা তৌরিঙৈদা মায়কৈ মরীদগী লাকপা গাড়ী মখৈ চপ লেপ্তুনা ঙাইদুনা লৈ। কয়াদা ফজখ্রবা নিয়মনো ঙাকতুনা চৎনরিবা অঙাংশিংগী য়াইফনবগীদমক্তা! গাড়ীশিংদু থৌদুনা অঙাং থিন্দোক থিনজিন তৌরিবনা নুপীশিংনি। মমা মপা ওইবশিংনা নুপীদা থাজবা থম্বননি মরমদি আমেরিকাদা নুপা ফত্তবশিং অঙাংশিংবু মোলেষ্ট তৌবা ওৎপী নৈবীবসু তোয়না

থোকই হায়।

করিগুম্বা মমা মপাশিংনা অঙাংশিংবু তাথি তাওইনা তৌবগী পাউ ফংলবদি সোসিয়েল ৱার্করশিং লাক্তুনা অঙাংদুবু পুখি। ষ্টেটনা অঙাংশিংদুবু য়োকই। মরাল লৈবা মীশিংবু দন্দি পী। অসুম্না আমেরিকাদা নৌরিবা অঙাংশিংবু জাতিগী তুংগী অফবা নাগরিক ওইহন্নবা নিংথিনা শেমগৎপিবগী মহৈনা শান্নখোৎনবগী লমদা, লাইরিক লাইশুগী লমদা মীথোয় মীহেনবা ওইরিবনি।

আমেরিকা পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওখৎপা লৈবাকশিংগী মনুংদা অমনি হায়না শিংথানরি। চাওখৎপগী মরমদি মীশিংনা পুকচেল শেংনা সেবা তৌবা, মরৈবাক্কী লৈজরিবা প্রকৃতিগী খুদোলবু মাঙহন্দনা থবক কন্না শু নোম্বা, আইন ঙাকপা চৎপা অসিননিকো হায়না ঐনা খল্লকই।

ঐগী আমেরিকা খোঙচৎকী পাউদম অসি মতাং অসিদা তেনশিনজবগে। বিদাই লৌজরি আমেরিকা। ❑







## ডাঃ যামিনী দেবী

ডাঃ যামিনী দেবী (চোংথাম নিংঙোল পুখ্রম্বম ওংবী) কৈশামথোং তোপ লৈরক ইম্ফালদা ইং কুমজা ১৯৩৬ কী দিসেম্বর ১৫ দা পোকই। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা স্কুল, কোলেজদা তম্লকপদা মকোক ওইদুনা বৃত্তি ফংখি। শান্ন-খোংনবদসু প্রইজ অমসুং মেদল কয়া ফংখি। ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি অফ এদুকেশননা, মহাক্না ফিজিকেল এদুকেশনগী থৌরম কয়াদা ফজনা পাংথোকপগী "থ্রি ষ্টারস" পীখি। মহাক এম এদ (এলাহাবাদ ইউনিভরসিটি), সি পি এদ (পাটনা ইউনিভরসিটি), পি এচ দি (গৌহাটী ইউনিভরসিটি), দিপ্লোমা জরনেলিজম (বৃটিশ ইন্সটিটিউট, বোম্বে) নি। মহাক্না ফিজিকেল এদুকেশনগী ওজা (দি এম কোলেজ কম্বাইন্দ), এদুকেশনগী লেকচরর, রিদর (জি পি উইমেন্স কোলেজ) ওইনা সার্ভিস তৌরগা দি এম কোলেজ কম্মার্সকী প্রিন্সিপাল ওইনা খৃঃ ১৯৯৮ তা থবকতগী পোথাখি।

হৌজিকসু মহাক তোঙান তোঙানবা একাদেমীক, কলচরেল, সোসিয়েল ওরগেনাইজেসনগী মেম্বর ওইনা সমাজগী থবক থৌরমদা থৌদাং য়াবি। মহাক অসি ব্রোদ কাষ্টরনি, অইবীনি। মহাক্না লাইরিক ২০ গী মথক্তা ইদুনা ফোংখ্রে। মানা ইবা "খঙনিংবশিংদো" হায়বা অঙাংগী লাইরিক্তা খ্বাইদগী ফবা অনীশুবা মনা মণিপুর সরকারনা পীখি। মহাক কলমনিষ্ট অমদি "লৈলাংবা" কৌবা জরনেল অমসু মহাক্না ইদিতর ওইনা মতম খর ফোংলমই। রিসার্চকী পেপর কয়া জরনেলশিংদা ফোংই। মহাক্না লমজিং লমতাক পীদুনা মণিপুর ইউনিভরসিটিগী মখাদা স্কোলার অহুমদা পি এচ ডি পীখি। মহাক হৌজিক সমাজগী চাওখৎ-থৌরম ঃ মরুওইনা নুপী অমসুং অঙাংগী য়াইফবগী মতাংদা থবক থৌরম কয়া পায়খৎলি।

## অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

**(ক) তম্নবা লাইরিকশিং- টেক্স বুক ওইনাঃ**

(১) *ফিজিকেল এড়ুকেশনঃ* ক্লাস বানগী - ১৯৬১; ক্লাস থ্রীগী - ১৯৮১; ক্লাস ফোরগী - ১৯৮২; ক্লাস ফাইবকী - ১৯৮৩; ক্লাস আইটকী - ১৯৮৩; ক্লাস আইটকী (ইংলিস) - ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী - ১৯৯১।

(২) *অঙাংগী বিজ্ঞান* - ১৯৬৭; *ভুগোল অনৌবা* - ১৯৬৮।

**(খ) রিশার্শ পব্লিকেশন ওইনা ঃ**

এড়ুকেশন ইন মণিপুব (ইংলিস) - ১৯৮১;
ফিজিকেল এড়ুকেশন ইন দি স্কুলস অফ মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১;
ফিজিকেল এড়ুকেশন এণ্ড এডজসমেন্ট (ইংলিস) - ১৯৯১;
ফিজিকেল এড়ুকেশন এণ্ড স্পোর্টস (ইংলিস) - ১৯৯২।

**(গ) সাহিত্যগী মচাক ওইনা ঃ**

খোমজিনবা ৱারেং (রেডিওদা ঙাঙখিবশিং) - ১৯৭৩, ফিজিকেল এড়ুকেশন (নুপীশিংগী) (ৱারেং) - ১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (ৱারেং) - ১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল - ১৯৮৩; খঙনীংবশিংদো (অঙাংগী লাইরিক তান্নবদা অনীশুবা মনা ফঙখ্রবা) - ১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্কুদা (লমকোই ৱারী) - ১৯৯৪; কোম্বীং অপরেসন (বারী মচা) - ১৯৯৬; নুপীগী য়াকায়রোল (ৱারেং) - ১৯৯৭; কোরৌহনবনা ইরোনুংদগী খোংদোয়রকপা লমদমদুদা (লমকোয় ৱারী) - ১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা বারী (বারী মচা) - ১৯৯৯; কোহিনুরগী মশাইগোন্দা (লমকোই বারী) - ২০০০; আমেরিকাগী খোঙচৎতা - ২০০১।